## কংলা নুঙলোন লাই





## কুরুমিরেল লোইতাম থাচা পাখংপা
## আঙোমনে নিংথৌচানে খঙআে ।।

লাইকোনুং কংলা ফম্পাল্মেন্ সঙ্লেল মাখোং ৮ আঙোম সল্লাই মা ...পা মাচুনে পূলৈলোমপা পাখংপানে আঙৌ আঙাং য়ান্নৈ।। কংলা পাখংপা ফমপাল্কি লৈফমনে।। কুরুমিরেল্ লোইতাম থাচা পাখংপা ললোম্পা পাখংপা কৌয়ে।। পাফল্ য়ুমপী ৮ মক্কি ফালখোং পাফলসু ...য়ে।। কংলা ফমপাল্লাং পাফল য়ুমপী য়ুংফম্ রুখুল্ তৌফম্ ৮ আসি ...ইপা য়াতে খঙ্আে।। কংলা মাআেংনে।। মারম খুতিংতা আফাপা ...ইয়ে।। ।।




লাইরিকী মামিং - কংলা নুঙলোন লাইফমনে।।

সি[illegible] - হিজম চনু ফজবী,
সেক্রেটরি,
লুব্নাং নোংহুমশঙ
সিংজমৈ ৱাইখোম লইকাই য়ীম্ফাল।



মমল লুপা - মাখুম অথাবা লুপা:-১৪৫

মমল লুপা অপাবা লুপা:- ৯৫/-

লাইরিক মসিং - লিশিং অমা (১০০০)

অহানবা খুৎনম - হিয়াঙ্গৈ ১৫/১৬ থানিল, য়ুমশকৈশা
তাং ১৬/১১/২০০৫

অফোংবা - (১) হিজম ইবেমহল দেবী অমসুং হিজম ইবোহল
অনিনা লুব্নাং নোংহুমসঙগীদমক্তা ফোঙজবা
সিংজমৈ ৱাইখোম লইকাই য়ীম্ফাল, মণিপুর।

ফংফম থোকপা হক কল্লীবা - লুব্নাং নোংহুমসঙ,
সিংজমৈ ৱাইখোম লইকাই য়ীম্ফাল।

অথিংবা - লুব্নাং নোংহুম সঙগী অয়াবা য়াউদনা লাইরিক অসি মপুম ৱোইনা নত্ত্রগা মচেৎ ৱোইনা, কংলাগী মেপ ১সুং পাফল লাইয়েকনচিংবসিং অসি মৱোং অমদা সিন্দোক্তুনা নমথোকপা ১সুং ফোঙদোকপা য়াদে। করিগুম্বদা মথৌ তারকপা লৈরবদি হান্নানা অয়াবা লৌবীয়ু।।❁।।

মখুম - অনচি লোংজমচা সেনপোং কাইপোং য়্নাথোই পীবা

মখুমগী পাফল য়েকপীবা - লোংজম লবঙ্গো সিংহ, কৈসামথোঙ লোংজম
লৈরক, য়ীম্ফাল।।

নম্ফম - আই.বি. ওফসেট প্রিন্টর্স,
কংলা প্রীন্টর্স,
পাউনা কৈথেল, গভনর রোড, য়ীম্ফাল।।

লাইরিক ফংফম - (১) রাজেস বুক ষ্টোর, গভনর রোড
পাউনা কৈথেল । য়ীম্ফাল,
(২) লুব্নাং নোংহুমসঙ, য়ীম্ফাল।।❁।।

# কচ্চাবা



হাদা পনথৌ আপোকপা, য়ীয়ু নুংবান্ হোঙনেম ণুরাং নিংথৌ পুনসিবাগী, স্নায়ীমাদাগী হুই থারকপা, মানোংয়াই নুংবান নুঙ্গোংপাম্বাসু, **হিজম চাদি য়ীবোবী কুরু মাইচৌরো ।।**

হাদা পণাণেম আপোকপী, মায়ু তুবি য়োইনোংদা নোংদা ণাইরেণ পাখংবাগী, স্নায়ীমাদাগী হুই থারকপা, মানোংয়াই ণাইরেণ মৈদিংঙু নিংথেম পামহৈবাসু, **নিংথেমচাদি মায়ুমে চানু স্নায়াইমাত্রো ।।**

তাইবংপাণজাগী নোংদোন ণাইবইপাক মাপু খায়োম চীঙদা কোরৌ খোঙ্গাখ্রাবা হাদা পনথৌ পণাণেমরো, নাবিংঙাগী মিংণেনবু তাংজা শৈতোন্দা পন্না, পায়মা সিম্নোণোম্বী নামোম ণাংণেন তোনথক, অইনা খোৎজৈ খুত্তা পায়দুনা হৈতা হৈতা চারে তাবুনুংদাগী সিন্দোকচাবা হী-য়াই, **"কংণা নুঙশোণ ণাইফমনে"** হায়না কোণোয়নাবা আনিসুবা খুংদোণ ণাইরিকসে, পণাণেম পনথৌগী স্না খুয়া খাদা নাপারী নামোমসিংগা ণোয়নানা নাসুসিংনা কচ্চারীয়ে।। ণংনাবা শৈতানা ণৌসিনবিয়ুকো।। ।।

**নাপারী নামোমসিং ১ সুং নাসুসিং**

সিংজামৈ রাইখোম ণইকাই য়ীস্কাণ।।

# ꯂꯥꯢꯅꯤꯡꯊꯧ ꯁꯦꯃꯥꯒꯤ ꯁꯦꯍꯨꯟ ꯁꯍꯩ
## (সিন্দোক্চাবীগী ৱারোল খরা)

হন্দক ঐহাক্না আনিসুবা লাইরিক ওইনা মীয়াম মামাংদা সিন্দোক্লুনা পুথোক্চারিবা আসি লমদম'সিগী ওইনা য়াম্না মারু ওইরীবা ইপা ইপুসিংগী য়েলহৌঙৈগী ইনাৎ চৎনা লোলচৎকী লাইনিংফম ১সুং লৈঙাক ফমগী মায়োল ওইরিবা কংলা কোনুংলেল আসিগী মারমদা মারী মাখোং তাক্লুনা ইবীরম্বা আরিবা খুৎই লাইরিক পুয়াসিংগী মানুংদাগী লৌখৎচাবানী ।। ঐহাক্না থোয়দোক্না লুৱাং নোংহুম সঙগী থৌবুরেল ১ ওইনা লৈপাক্কীদামক্তা ৪সুবা খুদোল আসি কংলৈচা খ্বাই তারাগী মাফমদা থৌগলজাবানী ।।

হিরম আসি ঐহাক্না হৈরে সিংলে হায়না তৌজাবা নৎচাদে।। পামজামনবাদাগী হোৎনাজাবানী, নিংসিংজানীংবাদি নোঙ্গাখ্রাবা পন্থৌ ইপা ইবুংঙো, মাণিপুর পন্তিত্ লোইসঙ্, শ্রীশ্রীগোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড, ম্নাকোনুংগী কুরু মাইচৌ (পন্তিত অচৌবা) ওইবীরম্বানা হিংলীঙৈদা ইবেন্মা নঙ্ পুয়াসিংসে লৈপাক্কী ফাগাদাবা লম্বীদা হোৎনারকউ তাকপীরম্বাদাগীনি ।। আদুবু থাবক আসি পাংথোক্নাবা হোৎনাজাবাদা ঐহাক্কী ইতেং ফাজানা চাউনা পাংবীরিবা ১সুং আরিবা খুৎই লাইরিক্কী মারমদা লমজিং বীরিবা অঞ্চি লোংজমচা সেনপোং কাইপোং ম্নাথোইপীবা, মাহাক্না প্রুফ্ ককপানাচিংবাগা লোয়ন্না লাইরিক্ আসিগী ৱাহৌদোক, আতৈ সক্তম খরা ১দি মাতাং ১৭ খক্কী নৈনা ৱারোল হাপ্পীদুনা থৌদাং লৌবীরি ।।

লাইরিক আসিমক্ থোয়দোক্না কংলা লাইফমলেল, আরিবা কোনুং আসিগী ওইবা লাইফম কায়াগী আরুবা ইরাৎ থৌনি, কুরু মাইচৌ ১সুং নিংথৌসিংনা তৌগাদাবা, তাউরোইনাই(লাইয়িংথৌ ম্নামাহী), পাখংবাগী থাংজিংগী, লৈমারেলগী ১দি থেঙ্গৌরোলগী মারমদা মাইচৌসিংনা, তৌরম্বা, মীচম ১না, মানুংদা য়াওরিবা কাহেন্না হক্লাবা লাইথৌসিংসি হেক তৌরুরাবাদি মাসাদা নত্তানা লৈপাক্কী, নামুংগানী হায়বা ৱাফম, কুরুসিংগী মাখুৎসুসিং আদু তাক্লুনা ইরী।। আদুনা পুয়া আসি কংলাগী মারমদা থিজিল্লীবা ১সুং তুংগী হৌরকলীবা কংলৈচাসিংনা য়েলহৌঙৈগী

মৈতৈ/মীতৈগী ওইবা ইনাৎকী ৱাখললোলসিং চৎনারোলসিং কায়াদু থিজিল্লকপাদা মিৎ নাকোং ওইবাগা লোয়ন্না কংলা কোনুংলেল আসিগা পুৱারীগী থৌদোক্তা কোন্নাবা লাইনিংলোলগী লৈঙাক ৱারী ১দি লাইফম লাইসঙ, লোইসঙসিং নিংথিনা তাকলাবানী খনজে, হিরম আসিগা মারী লৈনানা য়েলহৌঙেগী আরিবা মৈতৈসিংগী ওইবা খুভম সক্তমসিংবু আমুক হন্না, নৌহৌন্না সেমগৎ সাগৎলকপাদা মাতেং ওইন্নাবা, কংলৈচাসিংগীদামক্তা য়েংজাদুনা থক্কী হৌখ্রবা ইপা ইপুসিংনা য়েকপীরমলাবা কংলা কোনুংলেলগী নোংসাল(মেপ) মাখল খরাগা লোয়ন্না পাফল লাইয়েক খরাসু হাপচারী।।

লাইরিক আসিগী মাসাগী মাচত্তা খরপুন/লোলচন (Spelling) আদু কাইহন্দানাবা হোৎনাজে।। আদুনা লাইরিক আসিবু পাবীগাদৌরিবা ১সুং পাবীরিবা কংলৈচাসিংনা ৱারৌবীরোয় হায়না নিংসিংজারী।। মারমদি ইরমদম আসিগী ইসাগী ওইজাবা থক্কী হৌখ্রাবা কোনুংগী কুরু মাইচৌসিংনা লেপলমলাবা পাথাপ আদু মাচা মাসুসিং ওইবা ঐখোয়না ঙাকপা'সি ইরৈপাক কনবাগী থৌদাংনী, মীরমগী আৱাইবা মায়েক্কী Spelling কাংলোনদাসু য়ারিবামাখৈ খুৎ থাজাদে।। আদুগা আমানা হৌজিক হৌজিক ইসাগী মায়েক্কী ইহৌ হৌদুনা মায়েক আসিবু চৎনা হন্নাবা কন্না হোৎনারিবাসিংনাসু ইরমদমগী মায়েক্তা পুথোক্তাবা আসিদা ঙাক্পীনাবা নিংসিংজারী।। মাথংগী খুৎনম্ ১দা থৌগল্ তৌজাগে।। মিৎয়েং আমারোমদা কংলা লাইফমলেলগী ৱাফম্ আসি মীয়ামদা পা ক্ সন্না খঙহন্নাবা, তাঙাইফাদানা আৱাইবা মায়েক্তা থমজাবানী।।

লাইরিক্ আসি পুথোক্লাবা হোৎনাজারক্পাদা পুক্লীং থৌগৎপীরিবাসিং মিং ওইনা পাঙ্গারাবাদা লোইসঙ্ আসিগীসু ভাইস্ প্রসিডেন্ট, লোয়ন্না লোইসঙ্'সিগী ৱাফমগা কোন্না লাইরিকসিগী মারমদা ৱারোল খারাসু ইবীরক্লীবা ইরৈকায়গী মারুপ্ ডাঃ ৱাইখোম রোমেস্ ১দি কংলাগী আরিবা মেপ্সিং আসি ফোটো নম্ নানাবা হোৎনাবাদা মাতেং পাংবীরিবা N.R.C. গী ওজা সৌক্রাক্পম্ ভুবোন্, এডিটর, দ ওরিয়েন্ট ভিঝন, মতমগী য়াকাইরোলগী সব্ এডিটর লাইশ্রম বিজয় মাথংদা চোংথাম্চা কেকে মৈতৈ কেমেরা হাউস, পাউনা কৈথেল, লোয়ন্না লোংজম্ সোমেরেন্দ্রো/আরুন,

মাখুম্‌গী লাইয়েকপীরিবা ওজা লোংজম লবঙ্গো সিংহ, থোয়দোক্লা লৈপাক্কী মাসক্‌ নাইরীবাসিং মিং ওইনা পঞ্জারাবাদা পাবুং নামৈরাক্‌পম্‌ ইবোচৌবা সিংহ, পন্ডিত আচৌবা, মাণিপুর পন্ডিত লোইসঙ্‌ মাকোনুং শ্রী শ্রী গোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড ।। সোরারেল্‌সু পাবুং লোংজম্‌ রামসিং মৈতৈ, আঙোম্‌নিংথৌ ১সুং ইবুংঙো নিংথেম লৈসেম্বা মাজাওবা, ইনিংথৌ, মাকোনুং ইম্ফাল ১দি কংলা ফোর্ট বোর্ডকী মেম্বর, ওজা সাইরেম নীলবীর, রিটিয়ার্ড প্রিন্সিপাল, দি:এম: কলেজ (কর্ম্মস), ওজা সাপম্‌ ভৈগ্যা/সনাতোম্বা, সিউপরইন্টেন্ডন্ট ওব্‌ আর্কিওলোজি গোর্ভনমেন্ট ওব্‌ মাণিপুর, কংলা ইম্ফাল ।।

লোয়ন্না ইচেম্মা ডাঃ কেঃ ঐচঃ সারোজিনী দেবী ডাইরেক্তর, ডিপার্টমেন্ট ওব্‌ আর্ট এন্দ কলচর গোভর্নমেন্ট ওব্‌ মাণিপুর, ১দি ইচেম্মা ডাঃ কেঃ সুসিলা ডিপ্যুটি ডাইরেক্তর, মাণিপুর স্টেট আর্কাইভস গোভনমেন্ট ওব্‌ মাণিপুর, কৈসামপাৎ, লমদম আসিগী সকনাইরবা সকনাইরাবীসিংনা লাইরিক্‌ অসিগী মারমদা মামল য়াম্‌লাবা ৱাহৈ ৱারোল খরা খরাদং ইবীরক্লীবা মাখোয় পুম্নামক্কী মাফমদা ইকাই খুম্নাজাবা উচ্চারী ।। অদুগা মাখা তারকপাদা আই: বী: ওফসেট প্রিন্টর্স পাউনা কৈথেলগী থিয়াম দিনেস ১দি কংলা প্রিন্টর্স, আনিমক্কী প্রোপ্রাইয়েটরসিং ১সুং আতৈ স্টাপসিংবুসু তৌবীমল্‌ খঙ্‌বা উচ্চারী ।। আরোইবাদা আরাল্‌ আন্থই ১সুং Spelling সোইবা চিংথা নানথাবা য়াউরাবাসু তাক্‌পীরক্লাবাদি হারাউ হারাউ লৌসিঙ্গাবাগা লোয়ন্না মাথংগী খুৎনমদা হেক্‌ য়ারিবা মাখৈ মারী লৈনাবা কায়া হাপ্‌চিন্দুনা আচৌবা লাইরিক্‌ আমা ওইনা পুথোক্‌চাগানী ।।

ꯍꯤꯖꯝ ꯆꯥꯅꯨ ꯐꯖꯕꯤ
(হিজম্‌চানু ফাজাবী)
সিংজামৈ ৱাইখোম্‌ লইকাই য়ীম্ফাল,
সেক্রেতারী
লুৱাং নোংহ্ম সঙ্‌ য়ীম্ফাল।।
মেরা ২৫ নি, সাগোলসেন, তাং ২৭/১০/২০০৫ ।।



# ব্রারোল অমা অনিদং

হন্দক লুব্রাং নোংছমসঙনা লমদম অসিগী য়াম্না মরু ওইরবা অরিবা লাইরিক "কংলা নুঙলোন লাইফমনে" হায়না কৌবা অমা পুথোকপীরকপা অসিনা হৌজিক হৌজিক য়েলহৌঙেগী মৈতৈগী লাইনিং লাইসোল অমসুং অরিবা কংলা কোনুংগী মরমদা থিজিন্নকলীবা অসিদা লমজিং মৈরা ওইরগনী হায়না ঐহাক্না পুক্নীংদা ফাওজে।।

ঐহাকতী পুয়াগী লমদা থোয়দোক্না খঙজবদি নংচদে, অদুবু লাইরিক অসি পারুবদগী পুক্নীংদা ফাওরকপা ব্রারোল খরা থমজরি।। লাইরিক অসিগী ব্রামাং য়ানবগী তাঙকক অসিসু কংলাগী কোনুংগী মশক মরম খরা তাকনবা, উৎপগী ব্রাখললোন উজে।। অমদি ঐখোয়বু লোয় চল্লম্বা বৃটিশনা য়েকলম্বা মেপশিং অতোপ্পা অমনা কংলাবু কম্মনবা হোৎনরম্বা কাংবুনা য়েকথোকপা মেপ, লোয়ম্না ইপা ইপুসিংনা য়েকলম্বা কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈগী লাইয়েক ১সু হাম্নীরী, অদুগা মফম অসিবু লৈখা তারকখিবগী মরম, কংলাদা পানখিবা ইনিংথৌ খরগী ব্রাফম, ১দি চীংবুরোই তমবুরোই সিংগা পুম্না মেরা থাদা হয়াউ কুম্মে পাংথোকপগী ব্রাফম, লোয়ম্না কংলাগী মরমদা ইবিরম্বা পুয়া লাইরিকশিং মীয়াম্না খঙবদা কান্নরবা মমিং কয়া পল্লী।। অসিদসু নত্তনা শগোল কাঙজে শান্নরম্বগী ব্রা, মাইগৈ ৪গী অকোয়বদা থাঙ্গাপাৎ ১সুং সনাথোঙ হোজঙ চেকনা সারম্বগী ব্রারোলনচিংবা ইরি।।

মখা চৎথরকপদা, লাইরিক অসিগী মনুং কংলা লাইফম লেনগী শরুক অসিদসু কোনুং মনুংদা লৈরীবা লাইফম তিনফম, ইরম খোঙলম, নুংজেঙ পুখ্রি, নুংগোইবী, কুচু, নোংছমসঙ, লুব্রাং নোংছমসঙনচিংবাগী ব্রারোল, ১দি লৈমা নিংথৌগী লাংফম ১সুং পুজি নিবগী, ইরাৎ থৌনিগী পোৎলম কংলাদা লৈবা নুঙসিংগী মমিংসিং, লাইরেল তাউরোইনাইগী মখোক মাপল(৯)গী লাইচৎ লাইমিংগী মরম,

য়াংবী ইরাৎপগী থৌনিরোল ১দি, য়েক্লবনা লাকচদনবগী থেঙ্গৌরোল চোংবগী ব্রাফম, সনাথোঙ মরিমক্তা(৪) লৈবা লাইশিংগী থৌনিরোল, লৈপাক্কী মাইচৌশিংনা কংলৈ নিংথৌশিংদা তাকপীরম্বা ইবুধৌ পাখংবা ১সুং থাংজিংগী, য়ুমজাও লৈমাগী, পান্থোইবী, নোংথাংলৈমা, লৈমরেললনচিংবগী লাইব্রা লাইশোলসিং, কংলা উখুল ৮গী লাই মমিংশিং, কুরু পাখংবগী ময়েক সল্লাই ৭কী মশক লোয়ন্না কংলাদা লৈরিবা লাইফম তিনফমসিংদা খুদম চাংদম তৌরকলবাদা, খুরুম্নবা মরমনচিংবা কয়া মরিক চুম্না তাকলী।।

ইপা ইপুশিংনা লুনা খন্নদুনা থম্নরিবা কংলাগী কুরু পাখংবা পাফল লাইয়েকশিং ১দি অরিবা কংলাগী মেপ মান্নদবা মখল কয়া হাপ্পীরিবা অসিনি থোয়দোক্লা মীয়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইরি।। লাইরিক অসিগী মশাগী লমায় মনিংদা, মরক মরক্তা মতাংচাবা য়েংবিদুনা ফুট নোটনচিংবা ব্রারোল হাপ্পীরিবা ব্রাফম অসিসু মিৎ নাকোঙ ওইনীংঙাই ওইরি। অদুনা লাইওইখ্রবা লৈপাক্কী মাইচৌ ওইবীরম্বা অমগী মজা ইবেম্মা, লুব্রাং নোংহুমসঙগী সেক্রেটরী, ইচা ইবেম্মা হিজম চনু ফজবীনা মৈতৈগী অরিবা ময়েক্তগী সিন্দোক্লুনা পুথোকপীরিবা লাইরিক অসিনা ইমা মৈতৈ ম্নালৈপাক কংলৈগী মতম কুইনা ইরোলনুংদা লুপলুরবা, মমি শামলুরবা, লৈঙাকলোনগী পুব্রারীগী লাইনিং লাইসোল ১সুং কংলাগী মরমদা লৈপাক মীয়াম্না খরগী মখৈদি থিজিল্লকপদা য়াম্না মতেং ওইরগনি।।

অরোইবদা ইচা ইবেম্মনা মতুংদসু অসিগুম্বা মৈতৈ ইনাৎকী পুব্রারীগী ওইবা পুয়া লাইরিক কয়া পুথোকপীরকপা ঙম্বা ওইরসনু হায়না লাইনিংথৌ মালেম অঙানবা সনামহী ১সুং ইবুধৌ পাখংবা অনিগী মফমদা থৌনিজরী।।

Longjam Ramsingh Meitei

(লোংজম রামসিং মৈতৈ)

তাং ১২-১০-২০০৫

অঙোম নিংথৌ মণিপুর ম্নাকোনুং

ইম্ফাল

রোয়্যাল কাউনসিল অব মণিপুর

# ৱাহৈ খরদং

অরিব লাইরিক 'কংলা নুঙলোন লাইফমনে' হায়বসী প্রেস্ত লৈরিঙৈ, লোইশিল্লকপগী ওইন ময়েক-মশোলগী অশোয়-অঙাম য়েংশিল্লিঙৈগী কোপী অমা মকোক্তগী অরোইব লামায় ফাওব য়াম্ন কৃপ্ন পাজরে ।। লাইরিক অসীদ কংলাদি য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসীদ লৈরক্লব য়েক শলাইশিংগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী লাইফমশিং, অরিব লাইনীংগ মরী লৈনব ঈয়োকোম অমসুং খোঙলম কয়াগী অমসুং লৈশেমলোনগ মরী লৈনব মফম কয়াগী লৈফম ওইব লাইফমলেন অমনি হায়ব খঙহনবত নত্তন কংলাদ লৈরিব লাইফমশিং অদুদ করম্ন ঈরাৎ থৌনিগদগে হায়বগী থৌৱোঙ খরসু খঙহল্লি।। কংলাদি লাইনীংগী, নাৎকী, লৈঙাক পুৱারীগী অমসুং অরিব পোৎলম থিজিল খোৎচিনবনচিংবা হীরম কয়াদ মীৎয়েং থমদুন য়েংশিনফম থোকপ মফমনি ।। অরিব লাইনীং অমসুং নাৎকী মরমদ থিজিল হৃমজিনব পাম্ব মীশকশিংদ লাইরিক অসীন য়াম্ন কান্নরব মচাক কয়া পীব ঙমগনি ।। লাইরিক অসীগী লামায় খরগী লানীংদ ৱাহৈ খরবু শন্দোক্ল তাকপগী ৱারোল খর খরা য়াওশিনব অসীনসু লাইরিক অসীগী মশাগী ওইন মতীক মঙাল লৈজরব অসীগী মথক্ত অমুক্ক হেন্ন নৌহৌন মতীক মঙাল লৈহল্লে।। মসীন থিজিনবশিংদ অমুক্ক হেন্ন কান্নব পীরগনি।। লোইশিল্লকপদ হাযজনিংবদি ঐখোয় ইশাগী ওইব লাইনীং অমসুং নাৎ কনব অমসুং য়োকখৎপদ য়াম্ন মতেং ওইরগদব লাইরিক অসীবু অরিব ময়েক্তগী বাংলা ময়েক্ত শিন্দোক্তুন লৈবাক মীয়ামদ ফংহনবিরিবী ইচা ইবেম্ম হিজম চনু ফজবীবু, অসীগুম্ন মতীক মঙাল লৈরব অতোপ্প লাইরিক কয়াসু শিন্দোক্তুন লৈবাক মীয়ামদ ফংহনবীব ঙম্নবগী পাঙ্গল থৌনা, ৱাখল-লৌশিং অদু তাউরোইনাই চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন থৌজাল লনকুবীব ওইরসনু।।০।।

**সাইরেম নীলবীর**

**রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল**

**দি:এম: কলেজ (কমার্স) ইম্ফাল**

(মেম্বর, কংলা ফোর্ত বোর্দ, কংলা)

তাং ৬/১০/০৫




Phone 220619

OFFICE OF THE
**SUPERINTENDENT OF ARCHAEOLOGY**
**GOVERNMENT OF MANIPUR**
**Kangla, Imphal - 795 001**

*Ref No* *Date* 25/10/05

# ৱামাং য়ানবা

"**কংলা নুঙলোন লাইফমনে**" হায়না কৌবা অমা পুথোকরল্লিবসি ঐহাক পাজরে।। মসি কংলৈ চাসিংগী য়াম্না মরু ওইরীবা কংলা লাইফমলেন অসিগা মরী লৈন্ননা ইরম্বা পুয়াশিংগী মরক্তগী য়াম্না মরু ওইবা পুয়ানী হায়না লৌবা য়াই। খুৎই লাইরিক অসিদা কংলা লাইফমলেন অসিনা হৌরকপগী ৱারী অমসুং মসিগী মরুওইবা লাইফমশিং অমসুং মফমশিংগী মীং থোনখিবা অদুবু ময়েকশেংনা উৎলি। অদুগা কংলা লাইফমলেন অসিদা লৈরিবা নুঙশিংগী অমদি মফমশিংগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনদুনা উৎলি। অদুগা ইরাৎথৌনীনচিংবা তৌবদা চংবা মরুওইবা ৱাফম অমসুং মসিগী ৱাখললোশিং উৎলি। লাইরিক অসিনা লাইফমলেনবু নুংশিবীবা অমদি কংলাগী মরমদা নৈনজবা মহৈরোইশিং অমসুং কংলৈচাশিংগী মফমদা অনৌবা মঙাল অমা পীরগনি। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা পুয়া কয়াবু লুৱাং নোংহমসঙগী সেক্রেতরী ওইরীবী হিজম চনু ফজবীনা সিন্দোকখরে অমসুং কয়া অমসু মতুংদা সিন্দোরক্তুনা মীয়ামগী থৌগল তৌরকপা ওইসনু।

সাগম ভৈগ্যা (সনাতোম্বা)
**সিউপরইন্টেন্ডেন্ট ওব আরকিওলোজি**
*মণিপুর সরকার*



**DIRECTOR**
DEPARTMENT OF ART & CULTURE
GOVERNMENT OF MANIPUR

PALACE COM[redacted]
IMPHAL - 795[redacted]
MANIPUR ST[redacted]
Phone (0385)[redacted]
Mobile 94360[redacted]
Telefax (0385)[redacted]



# ৱাহৈ খরদং

**'কংলা নুংলোন লাইফমনে'** কৌবা হিজম চনু ফজবীনা অরিবা খুৎইদা ইপা-ইপুনা তুংগী মিরোলগীদমক থম্বিরম্বা 'কংলা নুংলোন লাইফমলেন' কৌবা লাইরিকপু ঙসিগী কুনমাথোইশুবা শতাব্দীনা চংলকপদা মণিপুরদা লৈরিবা মীওই খুদিংনা মপা-মপুগী খুভম কংলাবু মণিপুর প্রজাগী লাইশং অমদি পৃথ্বীদা লেমজনিংঙাই ওইরবা 'কংলাবু' শেমগৎ শাগৎপগী থৌরাং কয়া মণিপুর সরকারনা লৌখৎলকপগা লোইন্ননা, ফজবীনা লাইরিকসিবু পুথোকপিরকপসি ঙসিগীমিরোন্দা য়াম্না কান্নহনগনি হাইবা আশা থমজরি। লাইরিকসিদা য়েক তরেৎ, শল্লাই মপালগী সেংলবা লাইফমলেনসিগী মফম কয়া শৈথারি।

কংলা অসি লমদমসিগী খুন্নাইসিগী লৈশেমলোন, মিশেমলোন, লাইনিং-লাইশোন, লৈঙাকলোন, নিংথৌ খুল লৈফম, লৈতাই-নোংতাইফম, থাংলোন, তারোন, থেঙ্গৌরোল, সরিৎ-শরাৎ, শাফা-লানফা, ঈশৈ-নোংমাই অমদি পোকপা-শিবা, তাইবংপাল মপু শিদবনা লৈবা মফম "কংলা থোন(৭) থোল্লামৈ" কৌই হাইনা লমদমসিগী মাইচৌশিংনা হাইবিবম্মী হাইদুনা লাইরিকসিদা তাকপিরি। অচুম্বমক কংলা থোন(৭) অসিমক কংলাগী মরমদা ময়েক শেংনা তাকপা লাইয়েক্কা কোন্নবা লাইরিক্লি।

লাইরিক অসিদা 'কংলা' হাইবা ৱাহৈ অসিগী য়েলহৌঙৈগী ইপা-ইপুশিংনা থাজনরিবা 'লৈশেমলোন'গী মতুংইন্না 'পাফল লিল্লা নিংথৌগী

তাংজ লুরেলতোনবু "কং" অদুগা পাফল লৈপুবগী তাংজ লৈখোকতোন মমৈবু "লা" কৌই।। অতোপ্পা কান্নরবা ৱাহন্থোক অমসু লাইরিকসিনা ময়েক শেংনা তাক্লিবদি কংলাবু কোনুং কৌই হাইরিবগী অর্থদি 'অসিপতি (লাইনিংথৌ সনামহীদি) তাউরোইনাই' সাদুনা লৈপাকপু-পূনা-মমৈপু ময়ানা চীকনা কোইনা পূত্তুনা লৈরে। অদুগা পাখংপনা ফমপাল ওইনরে। মফমতি কংলানে। আতুকী কংলাকী মেন মখাপু লৈরোলসুং, নোংলোলসুং (৭) খলনা, খোং(৭) মেমনা ফাৎলিপনি, খোংলম(৭)না কোইনা চেল্লি হাইবগী 'কোনুং' কৌএ।।

অসিগুম্বা ৱাহন্থোক অসিনা ঙসিগী মণিপুরগী মীওই কয়াগী মিৎ-নাকোং ওইহনগনি অমসুং নৌনা থিজিন-হুমজিল্লিবা নহারোল কয়াবু মমিৎ পাংহনগনি। লাইরিকসিদা শলাইশিংগী কংলা অসিদা নিংথৌরেল কয়া মথং-মথং পাল্লম্বগী ৱারী লীখুনসু ফংলি। লোইন-লোইন্ননা ইতিহাসকী পরিংদা নিংথৌ কয়ানা কংলাগী কোনুং অমদি লাইফমলেন কয়াবু শেমগৎ-শাগৎপা অমদি লমদমসিগী চৎন-লোনচৎ, অমদি পরিং নাইনা চৎথরকখিবা শান্ন-মশান্না কয়া, লাইনিং-লাইশোনগী মফম কয়া তাকপা লাইরিক ওইরি। লাইরিকসিদা কান্নরবা লাইয়েক(৪) অমদি কংলাগী অয়েকপা মেপ (৬) য়াউদুনা মীয়াম্বু কান্নবা ফংহনগনি হাইবা আশা থমজরি।

ইবেমা ফজবীগী লাইরিকসিনা ঙসিগী মিরোলশিংদা কান্নবা পিবগা লোইন্ননা মণিপুরগী কোনুং, ইম্ফাল সহরগী ময়াইদা লৈরিবা ঙসিগী লাইফমলেন 'কংলা' না পৃথ্বীগী মিরোন কয়াগী মমিৎ থকহনবগা লোইন্ননা লাইরিকসিনা মীয়ামবু কান্নহনবগা লোইন্ননা, ফজবীনা মতুংদসু অসিগুম্বা ইরমদমসিগী কান্নরবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙম্বা ইবুধৌ পাখংবনা কুবিসনু অমসুং লুৱাং-নোংহুম শঙগী মঙাল পাক্লা শন্দোকপা ওইসনু হাইদুনা ঈশ্বরদা নিজরী।

# ব্রাহৈ খরা

ইবেন্মা হিজম চনু ফজবীনা মৈতৈ ময়েক্কগী সিন্দোকপীরকপা "কংলা নুঙলোন লাইফমনে" হায়বা লাইরিক অসি প্রুফ ককলিঙৈগী ওইনা লৈরিঙৈদা পাজরে, হান্না পুথোকপীখিবা অদুদগী হন্দক্কী লাইরিক অসিনা হেন্না মপুং ফাবা মওংদা পুথোকপগুম উজারে।।

মৈতৈগী/মৈত্রবাক্কী ওইনা মালেম লৈশেমঙৈদগী শাগোন্নরকলবা কংলানি।। লৈশেমলোনগী মীৎয়েংদা য়েংলবগু, লাইফমলেন অমা ওইনা য়েংলবগু, মৈহৌরোনগী মীৎয়েংদা য়েংলবগু, নাৎকী মাইকৈরোমদগী য়েংলবগু, কংলা ঐখোয়গা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মফম অমা ওইরি।।

তাইবং মীতমঙৈদগী তৎনা থানবা য়াদ্রবা কংলা ঐখোয়গী শেংলবা মফমনি।। তশেংনদি ইবেন্মগী লাইরিক অসি মতম অমদা সনা কোনুংদা থমদুনা তিনথৌ লাইথৌ অমদি অতোপ্পা থৌরম কয়াদা শীজিন্নবা থন্নব্বা খুৎই লাইরিকনি।। অদুবু মতম খোংলৈ মতুং ইন্না, ঙসিদি ইবেন্মাগী হোৎনজমন্না তাংলবা লাইরিক অসি মালেম অসিগী মীওইবা জাতিগী পুক্লিং লৌশিং ওইনবা পুথোকপিরকলে।।

লাইরিক অসিগী ফীবাননুংদা তারিবা খুৎয়েক কয়া, মরু ওইনা মেপ কয়া মাংখিদৌরববু পুথোকপীরকলে।। মসিনা হৌরকলিবা রিছার্চ স্কোলর কয়াদা অটৌবা তেংবাং অমা ওইরগনি।

মতুংদগু অসিগুম্বা কান্নবা, অফবা, হেন্না মপুং ফাবা লাইরিক কয়া পুথোরকখিবা ওইসনু, লোইন্না পুন্সি নুংশাংবা, ঈশ্বর অমদি লৈবাক মীয়ামগী থৌগল হেন্না মাইপাক্লা তৌবা ঙম্বা ওইসনু হায়না তাইবং মপুদা নীজরি।।

(Dr. K. Sushila)
Deputy Director
Manipur State Archives,
Govt. of Manipur
Keishampat, Imphal

Dated 27/10/2005

Dr. Waikhom Romesh,
M.A. Manipuri, Ph. D., NET. UGC New Delhi
Awardee, Junior Fellowship, Ministry of Tourism & Culture
Department of Culture, Government of India

President,
Kakwa Lairembi Ima Leimarel Sidabi Thougal Lup,
Head Office . Singjamei Waikhom Leikai, Kangleipak
Vice President
Luwang Nonghum Sang, Kangleipak
Former General Secretary
Manipur University Student's Union,
Kanchipur

# পুয়াসিগী মরমদা খরদং

মালেমগী মীৎয়েংদা শগোল কাংজে অসি ঙসিদগী হঙৎনা য়েংবদা কংলৈপাক মণিপুরদা শান্নবা হৌখিবসি চহী ৫১০৫ শুজিল্লকলে।। ইজরিবা ঐহাক্তা হেক্ত হায়জিনবা নত্তে।। ইং ১৯৯১ গী ''গীনিস বুক ওব ৱার্ল্ড রেকোর্দ''কী লামায় ২৮৮ দা পীরিবা শগোল কাংজে হৌদোকখিবগী চহীদু য়েংলগা হায়জবনি।। অদুগা ৱাফম অমনা হায়রিবা অসিমক লমদমসিগী পণ্ডিত লৈখিদ্রবা অতোম্বাপু শর্ম্মনসু মাগী লাইরিক ''শ্রীমদ্ভগবদগীতা'' দসু খৃঃ ১৯৫৬ তা মিতৈ কুম ৫০৫৭ শুরে হায়না ইরি।। অদুনদি হৌজিকসি মিতৈ কুমদা চহী ৫,১০৬ শুজিল্লকলে।। হায়জনিংলিবা ৱাফমদি কংলৈপাক মণিপুরগী ৱারী ৱাখোংসি ফন য়াম্না লীরবা ৱারীনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী।।

হৌজিক লাক্লিবা ৱাফমদি কংলা কোনুং লেলসি কয়াম কুইরে।। মসিনি লুরিবা।। হায়বদসু অরাইবা নত্তে।। অদুবু হায়দবদি য়াদে।। অদুননি হায়জরিবা, কংলা কোনুংলেলসি ঙসিদি চহী ৫,১০৫ শুরে।। মরমদি নিংথৌ কাংবগী মতমসি খৃষ্টনা পোক্লিত্তৈ, নোংদা লাইরেল পাখংবনা ফম্বাল কাদ্রিত্তৈগী আ মমাঙদনি।। মহাকথক্তনি লমদমসিদা শগোল কাংজে শান্নবা হৌদোকখি হায়বসি (কাংজেরোল পুয়া)।। অদুগা মালেমগী মীয়াম্না য়ান্নরিবা ৱাফমনা কংলৈপাক মণিপুরদা শগোল কাংজে শান্নবা হৌখিবসি খৃষ্টনা প্রোক্লিত্তৈগী মমাং চহী ৩,১০০দনি(Guiness Book of World Record, 1991)।। ৱাফমশিংসিদগী খঙবা ঙম্বদি কাংবগী মতমসি খৃষ্টনা পোক্লিত্তৈগী মমাঙ চহী ৩,১০০ অসি ওইগনি।।

নিংথৌ কাংবগী মতম খৃষ্টনা পোক্লিঙৈগী চহী ৩১০০ অসিগা খৃষ্টনা পোক্লবা মতুং চহী ২০০5 অনিসি পুন্সিন্নরগা ঙসিগী কংলৈপাক মণিপুরগী পুব্রারিসি চহী ৫,১০৫ মপুং ফারক্লে।। মরমসিনা অয়াম্বা মতমদা লমদমসিগী কোনুং ওইখিবা কংলা কোনুংলেল অসিসু কংলৈপাক মণিপুর অসিগা শাগোন্নরগা লাকপনা অরিবা কোনুং কংলা ঙসিদি চহী ৫,১০৫ মপুং ফারকলে হায়বদা থোইনা লাল্লোই।।

"কংলা নুঙলোন লাইফমনে" হায়রিবা পুয়া লাইরিক অসি অব্রাৎ-অপা, অশোয় অঙাম য়েংশিল্লিঙৈগী মতমদা উবা ফংজখি।। লাইরিক অসিগী মরমদা ঐহাক্না ব্রাফম খরা থমজগদৌরিবসি ইতিকতি নত্তে।। মরমদি পুয়া লাইরিক অসি মতম শাংনা শেন্নবিরমলিবা মাইচৌসিগী মতিক ময়াম শৈথাবদা লোইনাইরোই।। মৈদিংঙু বোধচন্দ্রগী মতমদা লুব্রাং পণ্ডিত অদুগা মৈদিংঙু ওকেন্দ্রোগী মতমদা মাইচৌ পুরেল ওইবিরন্নবা অদুদসু নত্তনা কংলৈপাক্কী অশেংবা লাইফমশিংবু মীয়ানচাশিংনা মাঙহন্নবগী থৌরাংলাকপা কয়া মতিং লৈনা চোংথোক্লুনা কন্ননবা হোৎনবিখিবা মাইচৌনি।। মাইচৌনা অসিগুন্নবা মরু ওইপ্রবা কংলা লাইফমলেনগী লাইরিক অমা মীয়ামদা পাক হেক ফোঙদোক্লমদবা অসিসু নুংগী ওইবা ব্রা করি লৈবনো হায়বদু ইশা ইতোম্তা হংজরিবা ব্রাফমনি।। অদুবু হৌজিক্তি মচা ইবেম্মা হিজম চনু ফজবীনা মপাবুংনা থম্বিরমলিবা পুয়া অসি লৈপাক মীয়ামদা খঙহননিংবগী তাঞ্জা অমা লাকপসি মতম ওইরে খঞ্জে।।

লাইরিক অসিগী ব্রাহৌদোক্তগী খঙবা ঙম্বদি লমদম অসিগী লৈশেম নোংশেম, লাইনীং লাইশোন, হরাউ কুম্মৈ, ঈরাৎ-থৌনি, শান্ন-থোৎনবনচিংবা কয়া কংলা লাইফমলেনদগী ওইরকই হায়বসিনি।। অদুগা কংলাগী পাক চাওবা, কংলা কোনুংনা লৈথা অরকপা, কংলা কৌরকথিবগী লাইগী ওইবা ব্রারী, থোন ৭ থোক্লাংমৈগী নুংগী ওইবা ব্রাফম, কংলাদা খৃষ্টনা পোক্লিঙৈগী মমাংদা পাল্লবা নিংথৌশিংবু য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি।।

লাইরিকসিনা তাক্লিবা মরুওইবা ব্রাকমশিংদি কংলা মনুংদা মরুওইবা লাইফম, ঈরাৎ থৌনিফম কয়ামুক লৈ হায়রবসিনি।। করি করম্বা ঈরাৎ থৌনি তৌবদা করম করম্বা পোৎচং-চৈজং চংগদগে হায়বনচিংবসু য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি।। কুরু ৩ উনফমনচিংবা, অমাইবা অমাইবীগী মফম অমসুং লৈফমশিং থিন থিন্দুনা তাক্লি।। কংলা লাইফমগী নুংগী ওইবা কোলোই মিংলেন খংলবদি নিংথৌ অমদি ফম্নাইবা ওইবা ভম্বগী ব্রাফম কয়া য়াওরি।। লৈপাক নিংথৌগী ফংতবা লাংফম কোক্লনবা, নিংথৌ পুন্সিনবা, লৈপাক মীয়াম্না অৱা-চৈথেং নংলবদা অৱা-অনা কোক্লনবা ঈরাৎ থৌনি তৌনবা পোৎচং চৈজং ফিরোই ফিঙাম্নচিংবা কয়াসু তাক্লি।। কংলাগা মরী লৈনবা লাইরিক অতৈদা থেংনদবা ব্রাফম কয়া লাইরিক অসিদা থেংনৈ।। চীংঙু য়ায়পীলেল সীতপা মাইচৌ পুলেল কুপু লাংওল ওইরিবা লাকয়েল মরি তাইরিবা লৈতাই ঙমতাইরিবা লৌরেম্বা খোংনাংথাবা অমদি মাইচৌ কোনোক থেংক্রা অনিনা অহিং তাংলৌ অথেংবা নোংয়াই মতুং অচিকপদা লৈমা নিংথৌ অমদি লৈপাক্নীদমক 'ঙমতাই থৌনিরোল' পাংথোকপগী ব্রারোল য়াওরিবা অসিনা লাইরিক অতৈদগী থোইনা হেল্লি হায়বসি হায়দবা ঙমলোই।।

কংলা লাইফমলেন অসিগী মনুংদা লৈরিবা য়ায়ওইরবা নুঙশিং অসিগী লাইশক অমসুং মচু মমেনশিংসু মফম মতম মতাং চানা চানা মশক তাক্লমই।। অসিদসু নত্তনা লাইফমলেন অসিদা হৌরিবা অমসুং মতম অমদা হৌরম্বা পাম্মেল কয়াসু কংলাগী লাইফমলেন অসিগা মরী লৈনৈ হায়বসি কংলা নোংশালশিংদগী খঙবা ঙম্মী।। মরম অসিনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংসি ঙল্লিঙৈ মতমদা চীং, পাৎ, তুরেল, উজাউ, চীংজাউ অমসুং নুঙনচিংবশিংবু লাইনি হায়না নীংনরম্বগী খুদমনি হায়না লৌবা য়াই।। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কংলাগী নোংশাল(কংলাগী মেপ)শিং অসিদগী য়াম্না ময়েক শেংনা অরিবা কংলাগী পাক চাওবসি হৌজিক হৌজিক চেল্লিবা ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈরিবা লৈপাক্লী নিংথৌগী ঈরাৎ থৌনিফম কয়া কংলা মনুংদা পাংথোকই হায়রিবা লাইফমশিংসিনা লৈরিবা মফমশিংসি ফাওবনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী।।

পুয়া লাইরিক অসিদা য়াম্না নুংঙাইবা মতাং অমদি সনামহীগা পাখংবগা অনিনা মপাগী ফম্বাল মুন্নবগী মতাংসিনি।। মখোয় অনিনা ফম্বাল মুন্নরকপা মতমদা চুম্নতগী চীন্দা পাউদানদুনা খংনবগী মহৎতা খূৎসু খূৎলাই পায়দুনা খংনবা অসিনি।। ফম্বাল লাল হায়বসিদি চুম্নগী লালদি নত্তে।। তাইবং হকচাংবু মাং তাকহন্নবগী লালনি।। অদুননি সনামহীনা লাঙ্গোল হুললে অদুগা পাখংবনা উতুপ, তেংপাক লৈতুম, থৌরী কোঙ্গোই, থাং-তেললনচিংবা পায়বগী ব্রাফম লাইরিকসিদা য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওরী।। অদুগা ব্রাফম অমনা তাইবং মীওইবনা "মৈরা চীং" হায়রিবা য়াম্না মরু ওইখ্রবা চীং অসিবু কদায়দা লৈবনো হায়না খিনরকপদা নুংলোন শুবা (ফিলোসোফর) শিংনা মৈরা চীংদি-তাইবং মীওইবগী য়াম্না মরু ওইখ্রবা হকচাংগী কোকললেল লেম্ফুবুনি হায়না হায়নরি।। অদুনদি কংলা লাইফম্বু থাজনরীবা মীপুম খুদিংমক্কনা পুম্নমক মফম অসিদা হংলগা, থিরগা ঐখোয়গী পারী পুরীগী লীক্লমচৎ খঙবা ঙমগনি হায়বসি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কংলা মনুংদা মৈরা চীং লৈ হায়বসিনা মসানা তাকচরবা ব্রাফমনি।।

লোইসিল্লকপদা ঐহাক্না লুব্রাং নোংহুম শঙগী ঙমথং লুচীংপুরেল অমা ওইনা লৈপাক মীয়ামদা খঙহঞ্জনিংবদি লাইরিক অসিবু অরিবা ময়েক্তগী হৌজিক্কী মীরোলনা পাবা ঙম্নবা ময়েক্তা শিন্দোক পিরিবীগী মখূৎতা পুয়া লাইরিক লীশিংগী মথক্তা লৈরে।। লাইরিক অহুম অমসু লুব্রাং নোংহুমশঙনা হান্ননা মীয়ামদা ফোঙদোকচক্লে।। লাইরিক মরী অমসু হৌজিক উনমগীদমক প্রেসতা লৈরি।। মরম অসিনা লৈপাক্কী য়ায়ফনবা মফম অমসুং মতাং চানা চানা লাইরিকশিং মীয়াম মাংদা ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা অদুমতং পীবীনবা লৈপাক মীয়ামদা হায়জরী।।

17 Oct. 05

# কংলা

## (ব্রাহৌদোক ১সুং আতৈ সক্তম খরা)

-কংলা লাইফমলেল ইরমদম য়েলহৌঙৈগী ইপা ইপুসিংনা হায়নারমলিবা, চীংলোল ৯না কৌইসিনবা "চীংনা কোয়না পন সাবা হাউনা কোয়না পনঙাকপা" কৌনা সৈথানারীবা চীংবূরোই তমবূরোইসিংনা খুন্দারীবা সানালৈপাক লমদম আসিগী মৈতৈ খুন্নাইনা ফুরুপ কাংলুপ লিংদুনা হৌরকঙৈ, তম্পাক আনেম্বাদা খুন্দরকপ্তা সাগোন্নারকলাবা মাফম আমানী। হায়রীবা সানালৈপাক আসিগী কোনুংলেল ওইরীবা মাফম আসিনা চীংবূরোই তমবূরোই কংলৈচাসিংগী আসুপ্পা লাইবক লেপ্পাফম কংলৈপুঙ হৌজিক্তি মাণিপুর কৌরীবা ইরৈপাক আসিগী মায়ায় পোংলৈকোল, ইম্ফাল (য়ুম্ফাল)গী মায়োলমক্তাদা লৈরীবা তুরেল আচৌবানা মায়ায়দা নোংপোক নোংচুপ্ খায়দুনা চেল্লীবা ঐখোয়গী য়েক ৭ সল্লাই ৯গী নিংথৌমাচাসিংগী সেংলাবা লাইফমলেন্নী।।❋।।

মায়োল আসিনা খুন্নাইগী য়ুমফম ওইরারাগা লমদম আসিগী লৈসেমলোল, মীসেমলোল, লাইনিং কাংলোল, লৈঙাক লৈকললোল (চৈরাক বায়েল ১সুং কুচু থৌদাফম), নিংথৌ খুল লিংফম অনচি লাইয়ুম থানামুকমু খোর্জেলাংফম লৈতাই নোংদাইফম, লৈনুং আমমলোলগীবা (বাংভুরোল), থাংলোল, তারোল, থেঙ্গৌরোল, সারিৎ-সারাক, সাগলানফারোল মুক্না লমজেল, হিয়াংকুমমৈ, উকাই কাপ্পা, য়ুমসা কৈসারোল, থকসি-খাসিরোল লৌউ সিংউবা জাগোয় ইসৈ নোংমাইনচিংবাগা লোয়ন্না পোকপা, সিবা ১সুং হিংবগী মারু লেমফু পুন্নামকপু সেম্বীরীবা তাইবংপানবাগী মাপূসিদাবানা লৈবা মাফমবু "কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ" কৌই, হায়নারীবা বাখললোল আসি থক্তা লাইওইপ্লাবা ইপা ইপু চীংভু মাইচৌ, পোইরৈ-তা-ফাথিবা বাংঙম হায়মন তানবাসিংনা থোনবীরম্মী।।❋।।

কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ হায়না কৌবা মাফম আসি ইম্ফাল মায়োলগী "০" মাইলদাগী লৌরাগা আবাংদা ল্যাটিটিউড্ ২৪.৪৪, নোংপোক্তা

লোনজিটিউড্ ৯৩.৫৮ আনিগী পুনফম ককনাফমগী তাইনাবাগী নোংপোক থংবাদা লৈ।। কংলা লাইজা ইচাউ ইরেলপুংগী লৈমায়দাগী (সি লেভেলদাগী) ফিট ২৬১৯ ৱাংনা লৈরীবা মাতম ১গী নিংথৌ ফম্বাল তোংনাফম আরিবা কোনুংলেন্নী ।। পাকপা চাউবানা মাইগৈ ৪মক্তা লাংখোং থাঙ্গাপাৎনা ইকোয় কোয়সিনবা, ৱান ইঞ্চ=সিক্স হন্দ্রেড ফোরতি ফিটকী (ইঞ্চি ১না ফিট ৬৪০ শাংবা)লমনী হায়না বৃটিশ ওফিসার লেফটেন্যেন্ট সিম্পসনগী একাউন্ট ওব কংলা কেপিটেল, মাণিপুর, সেক্সন এম:দবলিয়ু: ফিল্ড ওপরেসন মাণিপুর ১৮৯১গী রেকোর্ডতা পল্লী, মেপ আদু মাখাদা থমলি:-

RECONNAISSANCE SKETCH OF MANIPUR FORT.

Scale 1 Inch = 640 Feet.



(কর্টেসি:- ওজা ব্রহ্মাচারিময়ুম কুলচন্দ্র শর্ম্মা)

আদুবু মৈতৈ ঐখোয়গী পুয়া কংলাগী মারমদা ইরমবা লাইহিরিকসিংগী মাতুংইন্না আৱাংদা চীংমৈরোং নোংপোক্তা নোংমৈবুং, মাখাদা চীঙঙা পিসুম।। নোংচুপ্তা নমপুল তুরেল ১সুং থাংমৈবন্দ পন্নী আসিনাচিংবানা কোল্লী হায়নরী।।ৠ।।

## (১) কংলা কোনুংলেল লৈখা তারকপা

হিরম আসিমক্তী মাতৌ কারম্না কারি ফিভমদাগী ওইরকখিবানো হায়বা আসিদা আচৌবা লাইহিরিক ১ ওইনা লৈপাক্কী আখণ্ড আহেসিংনা পুকচেল সেংনা ঐগী মীগী য়েংদানা পুথোকফম থোকপানী, আদুবু সমপৎনা সমজিল্লাগা মাংলমচত্তা কংলৈ খুয়াইগী নিংথৌ খারানা ৱাখল থেনখিবানা চীংবূরোই তমবূরোই য়েক ৭ সল্লাই ৯ গী য়ুম্নাক সাগৈসিং লৈনারীবা আসি মাথকথোংবা নিংথৌমাচা মাসূসিং ঙাহাক্তানী হায়বসি কাউথোকখি ।।

মাখোয়গী আপাম্বা কারিনো খণ্ডখিদাবা ১দি ঐখোয়গা য়ুমথংনারীবা লৈপাকসিংনা কারি তৌরক্কানী উখিদানা সুপ্নাতাগী উনা সাবা ফম্বাল আদু খক্তং খন্নাখিবানা ইংনা চিকনা লৈপাক ঙাকপা ঙমখিদাবাগা লোয়ন্না য়েলহৌঙৈগী ইনাৎ, শ্নামাহী লাইনিং পাখংবা লাইনিংনাচিংবা লোল মায়েক লৈখা তারকখি। আসিগুম্বা ফিভমবু উবাদাগী য়ুমথংনারীবা লৈপাক খারানা উসিংখিদে।।

মারম আদুনা মাতমদুগী বৃটিশ ইন্দিয়াগী মাতেং লৌন্নাবা ইহান হান্না খৃ:কুম: ১৭৫১/৫২ দা ৱানোম্বা হৌরে।। মাতুং, চিত্তাগোংদা লৈবা ইষ্ট ইন্দিয়া কমপানীগী চ্যিফ, মিষ্টর হেরী ভেরেলস্টগী মাফমদা হারিদাস গোষিইননা সিল্লাগা খৃ:কুম: ১৭৬২ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৪ দা য়ান্না-ৱারোল ১ ইনাদুনা বৃটিশকী মাতেং লৌনা-নিনাখি ।। আমুক হন্না খৃ:কুম: ১৮২৬ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ২৬, তাসু মাতেং নীখি। আসুম্না মাথং মাথং মীগী মাপাল তাংঙুবানা মারম ওইরাদুনা খৃ:কুম: ১৮৩৫ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ৭ তাগী হৌনা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট, ক্যেপ্তেন জর্জ গোর্ডোননাচিংবা কায়া থারকখি।। মাখোয়না ঐখোয়গী মানুংগী মারক্তা, মাথক্তসু পঞ্জাখিবা ফম্বালগী ইরাং মুন্না খণ্ডবানা ঐখোয়গী নিংথৌ লৈঙাক্তা খুং থিংজিল্লকুনা আচেৎবা য়েংদুনা ঙাইখি ।। তাঞ্জা আসি ইংলন্দগী লৈমারেলবী ভিক্তোরিয়াগী মাদাইরেমসিংনা খৃ:কুম:১৮৯১গী এপ্রিলগী তাং ২৭ অ মাপুং ফানা কংলৈপুঙ মাণিপুরবু মাইথিবা পিদুনা কংলা কোনুংলেল বৃটিশকী মাখুত্তা অফিন্দুনা ফংখি।।

মাতেং পিবীরম্বা বৃটিশকী মাখুত্তা তাম্লাবা কংলৈচাসিংগী কংলা লাইফমলেল কোনুংবু মাখোয়না, আহোংশাংবা দুহোবকী কুমশক ১৮১৩(খৃ:কুম:১৮৯১) দা কংলা শুরুং ফুল্লে।। খাংজেংগী নুঙসুং ফুক্তোকয়ে।। উত্রামাঙদা লৈবা চেকনা শাবা নোংশাসুং কাপখাইয়ে।। মেরাগী ১৯ নি ইমশাকৈশাদা খুরাই লৈশাংথেম ইমফম আয়াপুরেল চোংথানা লৈবা আদুদা চুরাচান্দ মাহারাজগী শঙ্গাই হৌয়ে।। কোনুং শেময়ে।। খুরাই লৈকাই মেনুথোংদাগী হৌবা থাংমৈবন্দ পল্লিনা কোনবাগী লম মাখে তাম্নোকয়ে।। মেনুথোং কৈথেলদাগী হৌবা মাশাং আদু পলতোন সিফাইগী লেন শাই।। সিফাইসুং য়াম্না লৈয়ে।। তোপসুং ৩ থময়ে।।

কংলা শঙ সিদোকয়ে।। লমতাগী ২৩ নি লৈপাকপোকপাদা নুংজেং আপিশকসুং ফুনজিল্লে।। বাঙ্গোন লাইরেম্মাগী লাইফম, নুংগোইবীগী লাইফম, আহল্লুপ শঙলেনগী লাইফম, শুরুং কোনলোইলৈমাগী লাইফম, লাইয়িংথৌ পাঙ্গনবাগী লাইফম আসি পুম্নামাসুং কোনুংগী আতোং আকুৎ পুন্নামকসুং তেময়ে।। চৈরাপকীসুং তেময়ে।। গারোংতি সিদোকতে।। আফিস ওইনৈয়ে।। আঙোম লৈকাইসুং তাম্থোকয়ে।। ২৪ নি ইমশাকৈশাদা আঙোম পুম্নামানা পোরোমপাত্তা লৈজাগে হায়বাবু বর সাহেপ(লেফটেন্যেন্ট কোলোনেল ঐচ:সেন্ট পি:মেক্সিবেল, পোলিটিকেল এজেন্ট) না শন চানাবা লৈতে হায়দুনা য়াদে।। কাংঙাবা মেঙ্গোর, বাঙ্গোল নিংথৌ কোইরেং, পুখ্রনবা কাজাউ ফিঙাং, চিরাই নাগানাচিংবা ফারসি তৌরাগা লোইসিনখি।।

আসুম্না ইংলন্দগী লৈমারেলবী ভিক্তোরিয়াগী মাদাইরেমসিংনা মানিং তম্না থুগাইরাগা তেমথোক্লুনা মাখোয়গী রির্জাব ক্যান্টুনমেন্ট ওইসিল্লাগা কংলৈপুঙ মাণিপুরগী নিংথৌ ওইনা চহি ৫৬ পানখি।([১] মাণিপুর ইতিহাস, ১৯৪২, বাহেঙবম য়ুমজাও সিংহ, [২] চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৮৯, লাইরেলমায়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, [৩] জেনেসিস ওব ইন্দিয়ান ট্রাইব, ১৯৯৩, কে:সি: তেনসুবা, [৪] কংলাশা অমসুং মাতমগী মণিপুর, ২০০৩, মোইরাংথেম ইরাবোৎ সিংহ, [৫] বৃটিশ পোলিটিকেল এজেনসি ইন মাণিপুর ১৮৩৫-১৯৪৭, ২০০৫ দা: কেঐচ: সারোজিনী দেবী)।।❋।।

লোয়ন্না গেজেট ওব ইন্দিয়া ১৯০৯, পার্ট বান পেজ ২০১দা, বাউন্দরী পিল্লরগী বাফম তাক্লুনা য়াউরিবা, ক্যান্টুনমেন্ট ওইখিবা বৃটিশকী রিজার্ব এরিয়া মেপ আদু মাখাদা উৎচারী:-

আসুম্না কংলা কোনুংলেলবু লাইবক থীরকলিবাদি কংলৈ খুন্নাইনা মাংলমচত্তা লমগী সননা মাচি সাংহ্নখিবানা  নোংমা নোংমাগী মাঙথারক্লাবা আরিবা কোনুং কংলাবু কন্নাবা হোৎনারীবা লুপসিংগী মানুংদাগী কংলা প্রিজার্বেসন ডিমান্ড কম্মীতি ইম্ফালনা ১৯৭৩ দা পুথোকপা কংলা কোনুংলেলগী লমগী এরিয়া মেপ আদু মাখাদা থমলী :-

## কোনুংলেলগী লমগী এরিয়া




(কর্টেসি:- মীতৈ আর্য্য মণিপুরী নবে, ১৯৯২, শোয়াম অবাঙম্বা(বলহরি)

(২) কংলা

"কংলা" হাহৈ আসিমক লমদম আসিগী য়েলহৌমী আহল লামনসিংনা থাজানারীবা, লৈসেমলোলগী লাইওই তিনওইগী হারীদা আসুম্না পল্লী।। মাদুদি সমলক্লা, পাফল লিল্লানিংথৌগী তাঙজা লুরেলতোনবু "কং" আদুগা পাফল লৈপুবাগী তাঙজা লৈখোকতোন মামৈবু "লা" কৌই।। আমুক চীঙজু মাপুরেল হাললেল হালপা লাইমারুনা সারোল্লীবা, পাফল লিল্লা নিংথৌনা মাথেক ফৈপু লৈরোংসানা, সুনা লংলৌ খনকুম্ লংলাপুমথাং লোল্দুনা, লাইচা তারংথক্তা মাল্লেম লৈসেমদুনা মামিং মাথং মাথং কৌরাগা হালনা মাল্লেম লৈরোই সিন্না কংকোই মিতম্ হুলনা চোয়নৌসানা য়োইথমপালকি সীঙলেল লৈখোকতোলপু (মামৈবু) য়াঙ্না লৈখৎলকয়ে, হাইপাকি "কংলা নোংলৈয়াঙঅো" তৌনা মিংথোল্লকলে।। আসুম্না লৈরোল ৯ মাপু "লা" কৌয়ে।। নোংলোন ৯ মানা "কং" কৌয়ে।। লাংপুমলাগা কংলামেন কৌয়ে।। ([১] মাল্লেম লৈসেমলোল আরিবা, ১৯৮৯, চোংথামচা জয়ঙানবা [২] তাউরোয়নাইয়াঙপী কংলা নোংলৈয়াং, ২০০৫ অনচিলোংজমচা সেনপোং কাইপোং স্নাথোইপীবা)।।❋।।

(৩) কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ

মিংথোল আসিগী নুংগী ওইবা হাফম আদুদি:-

"লৈপাক ফৈতোম ৯ মাপু থোইনা হাংয়ে হায়পাকি তিললিকোকতোন লাইমাকোল কংলা স্না নোংথৌ ফমপীরেল আথোইপানে।। হারম আমাসুং হায়কে।। কারিকি থোইনা হাংপানো হাইরাপাতি লাইরেল তাউরোই নাইকি মাখোইনে।। আতুকি মাথকতা কংলা সাইয়ে।। কারম্না সারিপানো হায়রাপাতি আমাসুং লাইরেল ১।। থেংকু ১।। হোকলাপা ১।। সন ১।। সামু ১।। লাইচৌ ১।। ৩ মাতি হায়হৈতে।। ৯ মা আসিনা কংলাকি মাখাতা থারিয়ে।। আতুকি কংলা য়িম্চাউপু সানা খুতুপ ৭ থোন্কৎপা হায়পাতি আসিনে।। কংলা লাইফম আসিতা স্নাচীঙ লাইফম লেপলে।। থাবানমিচাক নিংথৌ সিতাপানা চোঙ হোইনা খাললিপানে।। হোই হোইতে হায়পাতি থুপনা থমলমলাকে।। চেৎনা খঙঅো" ([১]সাকোক্ লমলেল আরিবা [২] পাখংপা য়ুম্বী খুৎই)।।❋।।

হারোল আসিগী সক্তম্ লাইয়েক্ আদু মাখাদা হুৎলী:-



কর্টেসি:- ইয়াম্বা নুংলেপ্পম শ্যামকাইহাই ১সুং ইনাউ ৱাহেঙবম বোবী লুৱাং )

**(৪) কংলাবু কোনুং**

মাথক্তা পঞ্জারীবা কংলা হায়বা আসি "কোনুং" কৌই হায়রী।। মাদুদি :- "আসিপাতি (লাইয়িংথৌসানামাহীদি) "তাউরোইনাই" সাতূনা লইপাকপু-পূনা মামৈপু মায়ানা চীক্না কোয়না পূতূনা লৈরে।। আতুকা পাখংপানা ফম্পাল্ য়োইনারে।। মাফমতি কংলানে।। আতুকী কংলাকী মেন্ মাখাপু লইরোল্সুং।। নোংলোল্সুং ৭ খল্না।। খোং ৭ সেম্না ফাৎলিপানে।। খোংলম ৭ মানা কোয়না চেললিয়ে হায়পাকী "কোনুং" কৌয়ে।। (মাথক্কী খুৎই লাইরিক)।।꙰।।

**(৫) কংলাদা পান্খিবা নিংথৌ খরা**

[ক] কংলাদা পুৱারীগী মামাং পুৱারী (প্রিহিষ্টারীগী মাতমদা)দা নিংথৌ কাংবা লৈমারেল কাংখল মাখোয় আনিনা কংলাগী কাংপোকপীদা পান্খি।। (সাকোক্লমলেন অহানবা মৈহৌরোন, ১৯৮৮ শ্রীয়েংখোম ভাগৎ মৈতৈ) নিংথৌ কাংবা আসি আতোপ্পা লাইরিক্তা লিল্তাউরেল পুলৈরোমপা কৌই, মাহাক আসি মাচানিপা ৯ পোকই হায়রী। লাইরিক আসিগী মানুংদা কংলাদা লৈবা য়ুমফম খরাগী নৈনা য়ারোল লামায় ৮ দা পীজারী।।꙰।।

[খ] কুপত্রেং সেনত্রেং কৌবা নিংথৌ মাচিন্ মানাউ আনিনা পুন্না নিংথৌ ওইমিন্নদুনা পানখি।। মাখোয় আনিগী থৌগল তৌরীবা খ্বাইনুংচেংবম পীবা নামু পোংবানা তেন্না কাপ্খি।।(মাথক্কী লাইরিক) লোয়ন্না খাবানা নুমিৎ কাপখিবাগী মাতাংদু, লাইরিকসিগী লাঃ ১২দা নৈনা য়ারোল পীজারী ১দি ২২/২৭ তাসু পল্লী।।꙰।।

[গ] খাবানা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। খাপা লৈরেলহল/খাপা সোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মাপা কৌনা পাম্থোইপী খোঙ্গুলদা পল্লী।।꙰।।

[ঘ] সোরারেল আরিবা আহুম নত্তগা তোকপা মৈসাংবা, সাবী, য়াবা, কৌনা সৈথানারীবা, নিংথৌসিংনা পাল্লী হায়না, ঙাঙ্গোই পরেং, পাখংপা নোংকারোন, পোইরৈতোন খুনথোকপানাচিংবা আতৈ লাইরিকসিংনা হায়রী।।꙰।।

[ঙ] লাইনিংথৌ ইন্তৌপালবা পুলৈরোমবা ম্লাহল পুথিবা(কোরৌ চীং-বাংলক্কী নিংথৌ সোরারেল পুলৈরোম্বা)না চাহি ১০ লৈপাক ঙাক্লুনা পানখি।।

মহাক্লা নোংদা লাইরেল পাখংবাবু পুরকখি।। ([১] বিজয় পঞ্চালী মণিপুর ইতিহাস, ১৯৩৯।। [২] সাহিত্য ইতিহাস ১৯৫০, শ্রীমুতুম ঝুলোন সিংহ)।। লাইয়িংথৌ মাহাক্লা নোংদা লাইরেল পাখংবা পুরকখি হায়রীবা আসি, হিজম চানু ফাজাবীনা সিন্দোকলীবা লাইরিকসিগী মানুং লামায় ১৭ তা, নোংহুমসঙদা তাউরোইনাইনা পাখংবা পুরকপাগী মাতাংদা তাউরোইনাইগী নৈনা ৱারোল পঞ্জারী।।꧁꧂।।

[চ] পুৱারীগী মাতম খৃ:৩৩-১৫৪, ফাউবা, নিংথৌরোল লমবুবা ১সুং চৈথারোল কুম্বাবাগী মাতুংইন্না মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবানা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।।꧁꧂।।

**(৬) কংলাদা আকল অথৌসিংদা মানাফি ১সুং হারাউ কুম্মৈ।।**

নিংথৌরোল কুম্বাবাগী মাতুংইন্না মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবাগী মাতমদা, কংলাদা চীংবূরোই তমবূরোইসিংগী আকল আথৌসিংবু নিংথৌফি, সাফি লানফি, চীঙগী তমগী খায়দোক্লুনা আঙৌপালবা পুলৈরোমবানা সেকপিন আঙৌবানা য়িনলুম খান্‌না থৌচান লন্‌কুপিখীয়ে।। মাতুং নোংদা লাই পাখং আতেংপাকি।। কুমচা চাহে ১৪৫ (খৃ:কুম:১৫২) কি।। লোইতাম মেরা থানিল নোংতা।। চীঙলোই তমলোই খৈপিক তিননা।। লৈপাক নোংথৌ হারাউয়ে।। লাইরেল মাসক মাথেক তমনা।। হারাউ চুকোই সারাপাকা।। ৱৌক্রি লীরোল সকয়ে।। কুমচা চাহে আসিকি।। তাইপঙ ফুরুপ পুমনামা।। চৎলম্‌ লুপতিন্‌ সীননা ।। সিনতাকনৈয়ে।। মাপারী নাউতা আহনপাপু।। চৎলম ফানসাং খঙনাপাকি।। য়োইরেন, আমাই, আসৈ ৩ মানাচিংনা ।। কংলা সঙ্চি ৪ লাৎৱো।। লাইখোঙ নোংখোঙ তাইৱো।। আমন সিকুমলাপাকা।। মাথৌ য়াংকেমৱো।। পুরোইলইকোইৱো।। কাসা পাউতাকৱো।। লীকতেং ফিতেং নাপাতি পোৎসঙপা সঙলাংমৈতা।। চৈরৈ ফিহৌৱো।। পুখ্রন নোংথোন চঙহলৱো।। ফমপান মেনসু: মেনৱো ।।꧁꧂।।

**(৭) কংলা সেমগত্তুনা য়ুমজাউ কা ৯ সাগৎলকপা**

নোংদা লাই পাখং আতেংবাগী কুম: ৪২১-৫১১(খৃ:কুম: ৪২৮-৫১৮) ফাউবা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবা/নাউফোংবাগী স্না হাক্তক্তা কারিগুম্বা থেঙ্গাং আমাদা সোইরাবাবু, আঙাং আসাংবম লাইবা মাইচৌগী পাউতাক

মাতুংইন্না কংলা য়ুমজাউ কা ৯, আমুক হন্না সাখি।।([১] নিংথৌরোল কুম্বাবা [২] কংলা হৌপা [৩] সাকোক লমলেল আরিবা খুৎই)।।꧁।।

**(৮) কংলাদা লোইসঙসিং লিংখৎলকপা**

কংলা কোনুংদা নিংথৌগী লোইসঙ ১সুং লাইসঙসিং, মাথং মাথং কারম কারম্বা নিংথৌসিংগী স্না হাক্তুক্তা লিংখত্তুনা সেমগৎ সাগৎলকপাগে হায়বানচিংবা ৱারোলসিং আদু, সঙলোল, তমপাক মাইপাকী মাসিল, ফমলোল আয়াঙ ফমলুপ, চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল শৈরেং, লাংদাইকাইবিরোন পুয়া, খমনুং ইঙাল লৈসাবানাচিংবা লাইরিকসিংনা তাকলী।।꧁।।

**(৯) কংলাগী স্নাথোঙ চেকনা সাবা ১সুং লাংখোং**

কংলৈপুঙ মাণিপুরদা চেক (ব্রিক) আসি কারম্বা মাতমদা সিজিন্নারমবাগে হায়বাসি কুপনা থিজিনবা মাথৌ তারী।। আদুবু নিংথৌরোল লম্পুবাগী মাতুংইন্না মৈদিংঙু থাংৱাই নিংথৌ মুংয়াম্বা, মায়ুনোংদালাইগী কুম্সিং ১৫৫৫-৯০(খৃ:কুম: ১৫৬২-৯৭)গী মানাউ ইবেম্মা মৈতৈলৈমা কায়নৌ চাংপোমবীগী মাপাম লমদম সৈথাবাদা, আঙৌবা তুরেল ৱাংমা নিংথৌ কংলা ফালথোন তৈনা থাবানা য়েনবী...।। চেকপন য়ুমকোয়নাবা চানু নাপাম আঙৌপা পুলৈরোমবা য়িমদাং সাংবু সাইৱোনবী হায়রী।। আদুনাদি আঙোম কোনুংদা চেক সিজিন্নারে।। ৱাফম আসি লাইয়িংথৌ খাগেম্বাগী মামাইবেম্মাগী মাপামগী ৱারীনি।।꧁।।

আতোপ্পা ৱারোল ১না 'মিয়াৎ' কৌবা লাইরিক্কী মাতুংইন্না লাইয়িংথৌ খাগেম্বা, মায়ু নোংদা লাই পাখং আতেংবাগী কুমসিং ১৫৯২-১৬৪৫(খৃ:কুম:১৫৯৭-১৬৫২) গী স্না হাক্তুক্তা খাকি লৈপাকতাকি (চাইনাদাগী) খাকি মীচাবা ৬ নুপী ১সুং য়াউরক্তুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থুংলাদুনা কোনুংদা কারকয়ে।। মাখোয়না চাহি ৩ লৈরীঙৈদা চেকসাপা।। চেকয়ীকপা।। তমলময়ে।। চাহি ৩ সুলাকা।। খাকি ৬ মা হাৎলে।। হাইপাকি "খাকিঙমপা" কৌয়ে।। মাতাং আসি নিংথৌরোল লমপুবাদা খাগী মীহিংচা চৌফা হোংদৈ লানথৌয়াং ফাবা হায়না মৈদিংঙু খাগেম্বা ইনিংথৌবু সৈথারী।।꧁।।

মাথক্কী হিরমসিং আসি লৈরাবানিনা স্নাথোঙ (হোজঙ) চেকনা সাবা ১সুং চেকশঙ লিংলে হায়বা আসি থাজানীংঙাই ওইরে আদুনা, চৈথারোল কুম্বাবাদা আসুমনা পল্লমলে।। মাদুদি:- আহানবাদা হকব্রানথেম খুনজানগী কুম শক ১৫২৬ (খৃ:কুম: ১৬০৪) মায়াং লাক্কুনা "চেকশঙ" মানাক্তা খাল্লে (মাসি মৈতৈনা লৌ উবাবু খাল্লে লৌতাবা হায়, আদুনা লৌবুক্তা চেকশঙ লিংলাগা ঈথৈ খোংবাল/খোংলম মারিল তৌবা ওইরম্বা য়াই) তৌরমএ। মাতুং চাহি ১০ চোনথারাগা, আহানবা সাইরেম লুকোক্কী কুম শক ১৫৩৬ (খৃ:কুম:১৬১৪) স্নাথোঙ চেকপন কোয়বাসুং আদুঙৈ হৌএ। আমুক আনিসুবা, হাওব্রোইবম লোনচাগী কুম শক ১৫৪৪ (খৃ:কুম: ১৬২২) দা স্নাথোঙ চেকপন শাবাসুং আদু কুমদা শাএ।। আনিসুবা হৈরাংখোংজম থারোইগী কুম:শক ১৫৫৫ (খৃ:কুম:১৬২৩) দা "চেকশঙ" লৈপাক থোনবাদা থামংজম আতোনশিএ।।

মাখা তারকপাদা মাজাইবুংঙো মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা, মায়ু নোংদা লাইগী কুমসিং ১৬৪৫-৫৯ (খৃ:কুম ১৬৫২-৬৬)গী স্নাহাক্তুত্তা আমুক হন্না আহুমলকসুবা ওইনা, শাইরেম মানশৈগী কুম: শক: ১৫৮২ (খৃ:কুম: ১৬৬০) দা পোয়নু ব্রাকচিং থা ২ মক্তা স্নাথোঙগী চেকপন লাংখোং কোয়না তৌএ।।

মাথক্তা পল্লীবা স্নাথোঙ চেকপন কোয়বা/শাবা ১সুং লাংখোং কোয়বা হায়বা ব্রাহৈসিং সিজিন্নারীবা আসি আসুম্না য়েংবা য়াই।। মাদুদি স্নাথোঙ (কংলা কোনুংগী হোজঙ) আসি মাতম তাংকক আহুমলক পল্লাবানিনা কংলাগী মাইগৈ ৪ গী কোনুংগী হোজঙ (কোনুংগী স্নাথোঙ) ৪ সাবা আদুগা চেকনা পন খাজিনবানি হায়না লৌফম থোকই, মারমদি কিম্থারে সিদোকয়ৈ হায়বা ব্রাহৈ ইরমদাবানা, আদুগা হান্না সাদুনা লৈরাবা মাফম আদুমক্তাদা হনজিন হনজিন্না সারাগা চেকপন কোয়বা ওইফম থোকতে।। আদুনা লুব্রাং নোংহুমসঙগী থৌবুরেল হিজম চানু ফাজাবীনা সিন্দোকচারীবা "কংলা নুঙলোল লাইফমনে" হায়রীবা লাইরিক আসিগী মানুঙদা কংলা মানুঙ য়ীরাংকী সারুক্তা কোনুং মানুংতা তীনসঙ লাইসঙ কনলাপাতি নোংচুপ, নোংপোক, খা, আব্রাং, থোঙ (স্নাথোঙ হোজঙ ৪) মক্তা লৈবা লাইবু

ইরাৎলাবাদি লৈমা নিংথৌ পুলসিয়ে, হায়না কুরু ৫ মকনা মৈদিংঙু নাউথীঙখোং, মায়ু নোংদা লাইগী কুমসিং ৬৫৬-৭৫৬ (খৃ:কুম:৬৬৩-৭৬৩) গী মহাক্তা সিন্নারম্বা আচেৎপা ৱারী, লা: ৪০-৪১ গী মাতাং আদু পুক্লৗংচিংসিঞ্জারী।। লোয়ন্না "লাংখোং কোয়বা" হায়বা আসিসু মাইগৈ ৪ মক্তা থাঙ্গাপাৎ তৌরাগা মীতোপ মীরান চঙবা ঙমদানাবা ঈসিংনা পন ওইনা কোয়সিনবাবুনি।।꧁।।

**(১০) কংলাদা সাগোল কাঙজৈ**

[ছ] য়েলহৌঙেগী মৈতৈগী আরিবা মাসান্না মুকনা খোং কাঙজৈ ১সুং সাগোল কাঙজৈ আসিবু হৌদোকখিবা, লাইয়িংথৌ কাংবা, মাথক্তাসু পঞ্জাপ্রে চীঙলৈপাক লমদম আসিগী আঙনবা মাতমদা পাল্লম্বা ইনিংথৌসিংগী মানুংদা য়াম্না মামিং চৎপা, কংলৈ খুন্নাইগী য়ুম্ফাং য়ুমসেং, উক্রোং হোঙবা, কাংচিংবা কাংপোৎ চিংবা, লৌউ সিংউবা, সানা চোংলেন খানবা, সেকপিল লৈনা আঙৌবা মাথোল ৯ সুবা খানবা আমাদি লৈপাক মীয়ামগী লাইনিংফম লিংখত্তুনা লাইয়িংথৌ সানামাহীবু নুঙনা সকপানথোং সাদুনা লাৎপাগা লোয়ন্না লাইমাংদা আচুম আরানগী ফিরাল য়ুংলাগা ৱায়েন পাথাপ চৎথাদুনা লৈপাক ঙাকখি হায়বা আসি নিংথৌ কাংবারোলনাচিংবা আরিবা লাইরিকসিংদা পল্লী।। আসিগুম্বা লাইয়িংথৌ মাহাক্কী লৈঙাক ৱায়েলগী আঙম আথৌনি হায়না লৌফম থোকপা "লাইফঙথৌ" ২১ (নিংথৌকাংবা ১সুং মৈমারেল কাঙখল আনিগী ৱায়েল পাথাপকী লৈপু-থৌপুবা ২১) গী ৱারোল আদুদি:- নিংথৌ কাংপা কাঙখলকী লাইফঙথৌতি।। (১) ঙাংলেলচৌপানে।। (২) ঙাংলেলসাংপানে।। (৩) ৱাংখুতেনপানে।। (৪) ৱাংয়ুসাংপানে।। (৫) কোকপাকপানে।। (৬) লুচাউপানে।। (৭) হে পুকংচিকপানে।। (৮) ঙাংচেং লৈতক পানে।। (৯) পোকপীনে।। (১০) পালপীনে।। (১১) খানুনে।। (১২) ঙালনুনে।। (১৩) খলচাউপানে।। (১৪) খলতোমপানে।। (১৫) মানিনে।। (১৬) পালৈলংপানে।। (১৭) লিকখুসুনে।। (১৮) ৱাপাতোনমৈপানে।। (১৯) য়ীরোক য়ীরাইপানে।।(২০) পীথিৎনে।। (২১) পিতাইনে।। ২১ আসিনে।। ([১] করথোংলমলেল্, [২] খমলাং য়ীরেংপুৱারী লৈসেমলোল আরিপা খুৎই)।।꧁।।

আতোপ্পা ৱাফম আমানা ইনিংথৌ কাংবাগী স্না হাক্তা সাগোল কাঙজৈ

হৌখি। "কাঙজৈ" হায়বা ৱাহৈ আসিমক নিংথৌ কাংবাগী মামিংদাগী লৌবা ৱাহৈনী।। মামাংঙৈদাদি চিঙঙা ১সুং চিঙমৈরোংনা পঞ্চলফম ওইরাগা সান্নারম্মী হায়না লৈখিদ্রাবা ওজা মোইরাংথেম নরেন্দ্রনা ইবা "ময়ত্রবাক্কি খুন্নাই" হায়বা ৱারেংদা কাঙজৈরোলগী মারম ফোঙদোকই।। (ফিদম ৱারেং অনিশুবা শরুক ১৯৮৬ খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ) আসিগুম্বা সাগোল কাঙজৈ আসি মাল্লেমগী মাফম খুদিংমক্তা পাম্মাবা মাসান্না আমা ওইখিবাগা লোয়ন্না মাণিপুরদাগী হৌদোকরকপানী হায়না জীনিয়স বুক অব ৱার্ল্ড রেকোর্ড ১৯৯১ গী খুৎনমদা ফোঙদোক্লী।। মাদুদি:- "পোলো কেন বি ত্রেসেড তু ওরিজিন ইন মাণিপুর ষ্টেট সি ৩১০০ বি:সি: হ্বেল ইত ৱাজ প্লেয়েড এ সাগোল কাঙজৈ" (ডোনাল্ড মেকফরলোন ১৯৯১, পেজ:২৮৮)।।ঞ্ঝ।।

[জ] মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা, মাসাগী কুমসিং ২৬-১৪৭ (খৃ:কুম: ৩৩-১৫৪)গী মাতমদা নিংথৌরোল কুম্বাবা লাইরিক্কী মাতুংইন্না নুপীসিংগী লৈঙাকথৌপুরিবী মাসানৌ লাইসানানা মাসাবী নোংদা লাইরেল পাখংবাগী চাহি কুমজা ৪২ সুবা মাতমদা ইসাবী নঙনা নুংদাং মীরুপ তিনবা হায়বাদি আহিংদা, লৈপাক্কী থৌপুবা লোইরাগা পুন্না লৈমিন্নে আদুগা আয়ুক নুংথিলদা আতোপ্পা মারুপ্পী থমলাঙেনে হায়না মাতে মানাউ সাওনারে।। তাঞ্জা আদুদা য়াকাইরোল সকলকপা তাবাদা নোংদানা হৌগৎকে তৌবাদা, লাইসানানা হায়রে।। ঐসু লাইরুপ তিনবা য়াউজাগে নত্তাবাদি হৌগৎপা য়ারোই হায়দুনা নোংদাগী ঈসিংথোংস্লালাংচৈ পায়দুনা চিংলাগা খামদুনা সাওনারে।। ফিবমসিদাগী নোংদালাইনা মাসানৌনা সাওরীবা আসি ৱানোমগে হায়বাগী সাগোল কাঙজৈ সান্না হন্দুনা থেমজাখিবাগী ৱারোল আদুদি:-

"আতুকিতামক মাল্লেম চিথেক ৪।। মাইকৈ ৮ মা।। সুংতাই ১৬ মা।। সিংখাই ৬১ মাকি।। খোইরি লিতিনফম।। কংলৈপুঙ মায়োল।। মায়াই সুমতোংপাল।। সুরুংখোংচিলিক।। হাঙ্গৈনা মিংথোনলে।। লোইচীঙ ৱারোইচীঙ।। কংলা খুনপীরোক।। চীঙনুং লাথমপোক।। খাইরাপাকা।। আহললুপ নাহারুপ থময়ে।। সিঙখাই ৬১ লৈরাপাকি।। খুরাই, ৱাংখৈ, খাৱাই, য়াইসাকুল।। চুপথা ৪ য়াংলাপাকা।। লোনলোই লানলোই।। থারৈ ঙাংঙোই।। সেললোই লনলোইকা।। য়োইপু য়োই হৈতানফংপী।। য়োইপু পাখংলাক।। নাহারুপ লাকপা।।

লারোই সিংলোইতিননা।। লোইচীঙ ব্বারোই চীঙতা।। লৈপাক থৌকাইনা।। ব্বারম পুমনা ব্বাখননৈয়ে।। নুরা আতেং আহেনপীকি।। লৈঙাক থৌপু ।। লাইসানানা ব্বাংপল আরাক তময়ে।।꣹।।

তুপি য়োইনোংতা।। নোংতা লাইরেল পাখংপা ।। খোইয়ম লাইয়িং থৌকি। মাকুম কুমচা চাহইপু।। ৪২ সুরাপাকা ।। মাসা নৌ খোইমোম্ লাইসানানা।। মাসাপী নোংতা লাই আতেং পাকি।। আয়ুক মীরুপ তিন্।। নোংথিল লাইরুপ্ তিন্ ।। য়িনুং মীরুপ্ চঙ্পাতি।। লাইরেল সানা লাংচৈ চইসিং থেক।। পাচেং সময়া খোমনাপাতা।। ব্বোইতোন কোনলৈ নাসিনা।। মাসাপী নোংতা য়েংনা ব্বাব্বোইয়ে।। লাইরেল য়িনেম্ মাচাব্বো।। তুপি নোঙতা লাই আতেংপাব্বো।। কৌপা সোইয়ম্ সোইতা।। চীঙলেন্ ঙান্তুম্ ঙান্তারিঙৈ।। লইনুং থারুক আসৈপানা।। চীঙ্খোং য়াকৈ সক্লক্লে। সিনৌ নোংথোন্ তেংমাইকিনা।। চীঙ্খোঙ্ য়াহৌরক্লে। খোইমোম্ তুমকন্ ফারারোইয়ে।। মিৎয়েং নাউসুম্ ফাতারে।। লাইরেল য়িসাপীঅো।। আহিং য়িনৃং মীঅোইপাতি।। য়িপিংঙা ব্বোইমন্ নৈয়ে।। নোংথিল খোইমোম্ লাইব্বোইপাতি।। হুল্লাল্য়ে।।

য়িপীংঙা ব্বোইমন্নাসে হাইতে।। খোইয়ম্ মইতেংঙু নঙ্তি।। সোইখোঙ্পাপু লৈরম্ঙৈনে।। সোইখোঙ্ তাই থেৎপা।। মানুং থোঙকা পারইপাপু।। লমলক্ লুথুম্পাপু লৈরমঙৈনে।। হাইনা ব্বাব্বোইরাপাকা।। লাইরেল সানা মামৈ ব্বাইনা থৌখাম্খিয়ে।। লাইরেল সানা লাংচৈ ব্বাইনা।। লাইরেল মানেম্মাচাপু ব্বাব্বোইরাপাকি।। তুপিয়োইনোংতা নোংতা লাইরেল আতেংপানা পাউ খুম্খিয়ে।। য়িসানৌ লাইসানা।। খোইমোম্ লাইসানাপীব্বো।। লাইরেল্ নাসাপী অইতি।। কাতৌপা সোইখোঙ তাইথেৎ কাপানো। মানুংথোঙকা পারইতে।। লমলক লুথুমপাপু পুমনা লৈতে। লাইরেল অইতি।। কোরৌ নোংলোন পানকিব্বোইপানিকিনা।। আহিং মীঅোইপানে।। নোংথিল লাইরুপ চঙপানে।। য়িসানৌ খোইমোম লাইসানা নঙতি।। চীঙখোঙ পোইরৈতোন।। খোংফাং আতোনপাকি।। সানামামৈ ব্বাইনা।। হৈনা মীতুং য়িনপীনে।। খমলৈ-মীনুংকোল।। সাব্বা মীখুরোনকি।। মাললেম খুনফাউ মানারকপানি কিনা।। আহিং মীব্বোইপাতি ব্বোইফৈয়ে।। নোংথিল খোইমোম লাইব্বোইপাতি।। আতুকিপু ব্বোইফাতাপানে।। আতুকিপু তুপি য়োইনোংতা।। নোংতা লাই পাখং আতেংপা।। তুপি আহিং মীঅোইপা।। নোংথিল খোইমোম লাইব্বোইপাব্বো তৌনা কৌয়ে।।

আতুকি নোংতা লাই আতেংপানা।। মাসানৌ লাইসানাপী ৱাৱোই ৱাপু।। ৱানোমকে হাইপাকিপু।। খোইয়ম তাইপঙ পুমনা।। আহোঙ থোককে।। আচাউ তমকে হাইপাকিপু।। সিঙখাই ৬১ মাপু পাউকৌখিয়ে।। খোইয়ম তাইপঙ পুমনামাৱো।। কংলৈ অইকি পুঙমায়োলতি।। চীঙপুরোই তমপু কেননা।। হারাউ মাথোইতোং কাঙচৈ হুমতং পাইনা।। লাংকোই সাকোলতোং।। নাইনু পানচনতমনা।। সামু পাঙকল থেকনা।। খোইয়ম তাইপঙআোইপাকি।। থায়াঙ মাথৌমনপু য়েংনাসে।। কাঙচৈরোই ৭।৭ সেমসে।। মাইকৈ ঙাকনা তৌৱো পাউহোমখিয়ে।। তুপি লাইৱোই ৱাপু নাতারাপাকা।। সিঙখাই ৬১না ।। তুপি থৌথা তুংয়িননা।। লাংকোই তোংনা সাননা থৌপু তৌরময়ে" ।।꧁।।

[ঝ] লাইয়িংথৌখাগেম্বা, মায়ুনোংদা লাইগী কুমসিং ১৫৯০-১৬৪৫(খৃ:কুম: ১৫৯৭-১৬৫২)গী স্নাহাক্তক্তা, চৈ থারোল কুম্বাবাগী মাতুংইন্না হৈরাংখোংজম মোনসাংগী কুম শক ১৫২৮ (খৃ:কুম: ১৬০৬) দা শাগোল কাঙজৈ শান্নৱাসুং আদুঙৈগী মাখৈ হৌয়ে।। আসুম্না পল্লীবা ৱাফম আসিনা মাথক্তা ইনিংথৌ কাংবা ১সুং নোংদা লাইরেন পাখংবা আনিগী মাতমদা হৌদোকপা ১সুং লাইসানাগা সাওনাবাদা ৱানোমদুনা থেমন্নাবাগী সাগোল কাঙজৈ সান্নাহনখিবাগী ৱাফম আদু চাউনা চায়েংনা হল্লে.।। আদুনা চৈথারোল কুম্বাবাগী ৱারোল আসি য়াম্না কুপ্না থিজিনফম থোক্লী।। কারি মারম লৈবানা ইহল্লমলীবানো? আদুবু লাইবক য়াম্না থিরীবাদি লমদম আসিদাগী, খৃষ্টাগী মামাং চহি ৩১০০ গী মাতমদা হৌদোকরকপানী হায়না মাল্লেমগী মীয়াম্না সকখঙলাবা মাসান্না আসিগী মারমদা ইরম্বা "কাঙজৈরোল" কৌবা আরিবা পুয়া আসি লৈনা লৈনা ফোঙদোক্তাবা হায়বাসি কংলৈচাসিংগী পুৱারীবু থাৱোইনা নাথৈহন্নাবা হোংনাবা আখঙ আহৈসিং লৈরাত্রা হায়না চিংনাদাবা ঙমদে।।꧁।।

**(১১) কংলাগী মারমদা ইরম্বা লাইরিকসিং**

কংলৈচাসিংগী য়াম্না মারু ওইরাবা কংলা লাইফমলেল লৈপাক ৱায়েল ফম আরিবা কোনুংলেল আসি হৌরকপাগী মারমগা সাগোন্না ইরম্বা আরিবা খুংই লাইরিক, লৌখংপা য়ারাবা পুয়াসিং আদু চাউরাকনা মাখাদা পঞ্জারী।।

মামিংসিং আদুদি:- কংলা লায়াংলোল, কংলা হৌবা, সাকোক ব্রাকোক, রুকাক লাথা, কংলা নুঙলোল লাইফমনে, নুঙলোল, নুঙলোল থমপাল, নুঙলোল লাইহুই, নুঙলোল আচৌপা, পাখংপা য়াঙপী, পাখংপা নাউয়োম, পাখংপা য়াঙপী নাউয়োম আরুপপা, তাউরোই নাই য়াঙপী, পাখংপা তুথেক লৈরোং পুয়া, থিরেল লায়াংলোন, থিরেল চিনতুমপী, পাখংপা থিরেল য়ুম্বী, চীঙসংলোন, য়াঙপীথিরেল, সাকোক লমলেল আরিবা, কোনুং লম্মীং, লৈসেমলোল কংলা লাইফমনে, কংলা লম্মীং, কংলা ঙাঙপা, লাসংলায়োল, কংলৈ কংলা খুম্থোকপা, খুনুংলোল সিঙখাই, খুনুংলোল, খুনুংথিরেল লায়াং, খুনুং য়ীরাং, রুসোই য়ীরাং, সানামাহী খায়চেং, থিরেল লাইচম, সুরুংলোল, লাংদাই কাইবিরোন পুয়া আসিনাচিংবা থেংনাজে॥

লাইরিকসিং আসি ১গা ১গা খেংনাবা ব্রারোল হেন্দোক হেনজিন নাইনা য়াম্না মারিক চুম্না কংলাদা লৈরীবা মাফমসিংগী লাইরাং তিললাং ১সুং মাতিক মায়ায় ফংনাবা লশ্বী লাইব্রা লাইহকলোল, লৈসেমলোলগী আসিপা সানামাহী, পাখংপা, লৈমারেল, আতিংকোক, আতিয়ানচিংবাগা লোয়নানা মৈতৈ খুন্নাইগী লৈপাক নিংথৌগী য়াইফানাবা ইরাং থৌনি ইদুনা তাকলী॥ꣻ॥

## (১২). কংলা নুঙলোল লাইফমনে

[এ] লাইরিক আসিমক মাথক্তা পঞ্জরীবা পুয়াসিংগী মানুংদাগী ১নি॥ পুয়া আসি ঐখোইনা চাউরাক্লা মিংয়েং আহুমথোক্লা সম্না য়েংবা য়াই॥ আহানবা হিরম:- কংলা মাহৌপাখংপা নাউকোক হায়না আরোইবা পন্দুগ্তা রুংলী॥ মাসিদা পাখংপা তাউরোইনাই, স্নামাহী ৩ না মাফম আহুমদা কোনবাগী মিংখৈ॥ মাথংদা পাখংপানা নুমিংকী মানুংদা লৈরিঙৈগী মিংখৈ, আদুগা রুত্রাদা ফমদুনা সাজেন সান্নাবাগী ব্রাফম॥ নুংচেং আপিসক্কী মারম, চীঙসা নাপোম ৪ গী মিংখৈ॥ পাখংপানা নুমিত্তাগী কুমলক্তুনা সন য়োংমানপী ব্রোইনা লোকলে, মারুল হুরাগা ফৌয়ে আদুগা কংলা কৌই হায়রী॥ "নোংহুমসঙ" কৌরকপগী ব্রা, সুরুংগী মিংখৈ॥ আপালপাগী মিংখৈ ১সুং য়াংপী ইরাংপাগী আরুবা মারমগা লোয়ন্না তাউরোই নাইগী মাথেক ৯ গী

মামিং লাইচৎকী ৱা, "লুৱাংনোংহুমসঙ" খুরুম্বাগী মাতাংনাচিংবা আতৈ ৱারোল কায়া মারিক চুমনা তাকলী।।ঞ্জঁ।।

[ট] আনিসুবা হিরমসিদা, নুঙলোল, কোনুং লমমিৎ ১সুং কংলাগী নুঙলোল থম্বাল হায়না য়েংসি, মাসিদানা কোনুংলেল আসিগী মানুংদা কারম কারম্বা মাফমদা কারি নুঙ লৈরী, মাসিংনা কায়ানো, মাদুগী মারমগা কোন্না লাইমিংগী ৱাফম ইরি।। কংলা হায়বা আসিসু আকক্লাবা লোইসঙ নত্তাগা মাফম ১ ওইনা কুংলী।। আমুকসু "নোংহুমসঙ লুৱাংকুরু মাচি চীং" কৌবা, মাইবা, মাইবী, পেনা আহুম্মক্কী কুরু মাইচৌ আহুমগী লুচিংবা কৌবা মাফম আসি ইরাৎপাগী মারমগা লোয়ন্না কুরু সলৱোইবা (সন য়োংমানবী)গী মানা আনিনা আঙোমগী মংলেল(আঙোম নিংথৌনা নোঙ্গারাবাদা পোৎলোইফম) ১সুং মংলেল(নিংথৌচাগী নিংথৌনা নোঙ্গারাবাদি মাফম আসি পোৎলোই) আসুন্না মংলেল আনিগী মানাক্তা লৈ হায়না তাকলী।। মাখা তারকপাদা খুরাইপুঙ ১দি য়াইখোমপুঙগী ৱা পল্লী।।ঞ্জ।।

[ঠ] আহুমসুবা হিরমনা কংলা মানুংয়ীরাৎ ১সুং কংলালোল য়ীরাৎ হায়রীবা সারুক আসিদি আরুবা ইরাৎ থৌনিরোন্নী।। খুদম চাংদম খঙন্নাবাগী মারম, লালমী য়ানবা, থেংকৌ চোংবাগী ৱা, লৈমারেল, নোংথাংলৈমা, য়ুমচাউলৈমা, পালথোইবী মাখোয় ৪ থোকলকপাগী মারমগা কোন্নানা আঙোমগী লাইরোৎপাত্তা নিংথৌ পুলসিনীবাগী পোৎয়াউ, কংলাগী স্নাথোঙ ৪ মক্তা ঙাক্তুনা লৈরীবা থোঙঙারেল কুরু, ৱাঙপারেল, নোংপোক আপালপা, মারাচীঙ মাখোয় ৪ তাইনাদুনা খুরুম্নাবা পোৎ য়াউ মারিক চুম্না তাকলী।। আদুগা কংলা কোনুংগী মাফম খুদিংমক্তা ইরাৎনাবা ৱারমসিংগী মারক্তা মাচা পোক্তারাবাদি চাপোকপুঙ পিনাথেন্দা খুরুমদুনা নিও হায়রী।।

কংলা কখুল ৮ গী মারুওইবা লাইমিংসিংগী ৱাফম।। স্নামাহী, ৱাংপারেল, কৌপারু, থাংচিং মারাচিং, পুলৈলোমপা, নোংসাপা, ১সুং পাখংপা, মাখোয় ৮ গী নুঙ মাসিং ১সুং মাচু তাক্লী।। তাউলোইনাই পুঙ, সাচিক্ পুঙ, চারাই পুঙ, নুমিৎপুঙ্গী ইরাৎলোল, লাইয়িংথৌ স্নামাহীগী স্না য়ুম্বী ৮, লাইয়িংথৌ পাখংপাগী য়ুম্বী ৮ গী মারমসিংগা লোয়ন্নাবা, পোইরৈতোল থোকলকপাগী লমচৎনাচিংবাগী ৱাখললোল।। লাইয়িংথৌ পাখংপাগী আরুবা মিংখৈরোল কোনোক থেংক্রা ১সুং

লৌরেম্বা কুরুনা তাকলম্বা খাংচেং ইরাৎকী ৱারমসিং য়াউরী।। আতোপ্পা ১না তাউলোইনাই কুরু সন্ ৱোইবানা মাইগৈ ৪ গী চুপথা য়াৎলকপাগী ৱারমগা কোন্নানা ৱুসোই কারল ১দি নোংহুম্সঙ খুরুম্বাগী ৱাসু পল্লী। মাথক্তা পঞ্জারীবা আসি সমলকপা ৱাখললোন্নী।। কংলাগী মারমদা থিজিল্লীবা কংলৈচাসিংনা নুঙঙাইনাবা কংলাগী পাফল কুরু পাখংপাগী লাইয়েক ১সুং পোইরৈ-তা-ফাথিবাসিংনা য়েকলম্বা কংলা নোংসাল (মেপ) মাখল খারাসু হাপচারী।।৵।।৵।।৵।।

**অনচি লোংজমচা সেনপোং কাইপোং য়াথোইপীবা।।**

কৈসামথোঙ মানিং লোংজম লৈকাই

ইম্ফাল ৱেষ্ট ৱান -৭৯৫০০১

*প্রাসিডেন্ট*

**লোংজম লৈসাংখোং তাবা লাইয়িংথৌ য়ামাহী**

**মানাই আপোকপা আপুনবা লুপলেল**

ৱাঙ্গোই, ইম্ফাল ৱেষ্ট টু ৭৯৫১২৩।।

ইংঙা ৯ নি, সাগোলসেন তাং ১৬-৬-২০০৫।।৵।।

# কংলা নুঙলোন লাইক্রমনে



পাখংপাকা তাউরোইনাইকা স্নামাহীকা ৩ মানা অোক্সঙ্নে চৎলম্নে নুঙ্কোইপীনে ৩ মাতা কোন্ঙৈকি মিংখৈতি। খঁকু (অো) কৌয়ে।। পাখংপানা চিরেন্লাংয়েন পান্না থোক্কাতানে মাফম্তি নুঙ্কোইপীতানে অোম্ অোম্ (সুঁ)।। পাখংপাকি মিংখৈতি।। অোঁসন্তারঙ্ কৌয়ে।। নোঁংসনঙাং তারং ২ সি নোঁসন্ কৌয়ে।।

পাখংপানা নুমিৎকি পুঙ্মাইতা লেপ্ঙৈকি মামিংতি তিক (হূঁ) কৌয়ে।। পাখংপানা নুমিৎকি মাপুক্ মানুংতা হুন চিন্খিরে স্না ক্কাকোক্ নুংতা[৩১] তিন্ সিতাপা কৌনা লৈরে।। নামিংতি তাকুপ্ তারেংপা কৌয়ে।। আসিতি নাউয়োম্নে।।❋।।

নুমিৎনা হেক্ থোক্লক্পাতা য়ুমসাকইসা নুমিৎতা কুচুতা য়েংঅো।। লাইথাপোঙ্ লাই থানু (হূঁ) কৌয়ে।। নুমিৎ ফাপা ঙম্পানে খঙ্অো।। বুত্রাতা ফম্তুনা সাননৌ পিচাতি ৪, লিংরিক্ ২ ।।❋।।

নুংচেং আপিসক্তা য়ীসিং কংলে হাইরাপাতি চম্প্রা ১, চেঙ্, থোইতিং, স্না-লুপা সংকুলৈ য়ীরাৎলো য়ীসিং থোক্কাতানে লাইমিংতি কোঁ।। লিং পুক্।। চম্প্রা তাউখৎলময়ে।।❋।।

---

[৩১] তিন্সিতাপা:- তিনসিতাপা হায়রিবা আসি লাইয়িংথৌ স্নামাহীনা অোই। মাদুদি "হে লাইয়িংথৌঅো।। নঙ্কি নামিংপু য়ীকে তাথিপীকুনো।। নুঙ্পু হুম্কি মানুংতা।। তিন্সিতাপা অোইনা কুন্না লইরে।। নাহাক্পু স্না ফুতোংপা কুম্পাঅো।। নাসক্পু স্না আহিংপা কুমপাঅো।। নাচুপু থাউমইকুম্পাঅো।। নানম্পু লাফুরিক্কি।। মানম্কু ম্পাঅো।। হারি নিংনাং খোইমু নোংসালিক্কি খোন্চেন্কুমপাঅো।। লাইয়িংথৌ নামিং হাইকে।। হুম পীং তা হ কৌয়ে।। নামিং আসিপু।। খঙ্লাপাতি খোইরেজ মাহি কুমপানে।।" (সানামহী নাউয়োম্ খুৎই) ।। ❋।।

কৌপারু থংপা চিঙ্সা নাপোমতি নোংথৈ পোকয়ে।। মেন্ সুরুংতাকি লম্ ২ খুপোম্ ১ আেল্থোক্আে লুপাতি চাক্ৱাইফমনে পাখংপাকি নাউয়োম লৈয়ে।। নাউফমসু লৈয়ে।। মামিংতি (অ আে) কৌয়ে।।

চিঙ্খৈ থংপাচিঙ্সা নাপোম্তি ম্না থোক্য়ে।। খুতুপ্ ৩ লুনা লৈয়ে।। নোঁসাপাকি নাউয়োম্সু লৈয়ে।। |ন নোক|।। মৈরম্ থংপাচিঙ্সা নাপোম্তি সাপেৎ থোক্য়ে।। মাফম্তি মংলেল্কি মানাক্তানে তাউরোইনাইকিনে। মামিংতি |ঙুঁ, লোঁ| কৌয়ে।। সলথোঙ্ থংপা চিঙ্সা নাপোমতি চামেন্হিং ঙোন্ থোক্য়ে।। ম্নামাহীকি নাউয়োম্ লৈকানি মামিংতি - (হুঁ হু) কৌয়ে।।ꯍ।।

পাখংপাকি মিংখৈরেন্তি (হ্ র লোঁ) কৌয়ে।। য়ীসিং মায়াইতা খোইতৌকি মাখৈ কুম্তুনা য়েংআে চিরেন্ লাংয়েন্ পাননা থোককাতানে।। চৎলমকি নুঙ্ফম্ খুতিংতা মীনম্পা থানমপা ৱানে।। হোঁসুম্ ঙোঁসুম্ মিরাক্ থাঙ্আেক।। আসি হাইতুনা নুঙ্ফম্ খুতিংতা হাইরম্লাপতি মীরইপাক্তাকিসু আসিতাকিসু য়েক্নাপা কন্লক্পা পুম্নামক্ মাঙ্কাতানে য়ীরাইকি আহিংতা তৌআে।।

ম্না য়ীলুম্ খনপা তেন্মারেল পাখংপা য়ীকুম্পা ম্না পুঙ্মোলপা কৌয়ে।। পাখংপানা নুমিৎকি মাসেক্তাকি কুম্লক্লে সন্ য়োংমালপী আেইনা লোক্লে মাৱুল হুরে কংলাতা ফৌরে কংলে হাইপাকি কংলা কৌয়ে।। আতুকা থুম্ কাইরে।। মিংখৈতি ঙোঁ মঁ য়েল্ মঁ কৌয়ে।। আসি হাইতুনা নুমিৎ খুতিংকি য়েলচন্লু।। মাঙাং কুরুকা লুৱাং কুরুকা খুমল্ কুরুকা কুরু ৩ মানা খাইনা ফমতি আথুপপা মাফম্নে। সঙ্কাই পুল্সিপাকি মানাকতানে।। মাঙাংকি মিংখৈতি মাঙাং হৈরিখোক্ হৈঙাংলালিং কৌয়ে।। কুরুনা মীসু পোংসু তুমিৎ য়ুরাল কারি কুম্পা পাইতারিঙৈ লেঙতারিঙৈকি আতিয়াতাকি কুম্লক্ঙৈতা কুরুকি হক্সাংনা খাংপাক আেইনা খললময়ে।। আতুকিতামক্ খলনম্সঙ্ কৌয়ে।। আতুতাকি নোঁহুমসঙ্ কৌয়ে।।

আতুতাকি সঙ্লিংঙৈকি মিংখৈতি।। লিংঙোঁ মারা পা(লিঙ্) কৌয়ে।। মী পোং য়োং ৭ হংঙোই ৭ তুমিৎ য়ুরাল নোঙোক্ পাইপং কক্চেং খোইয়া ব্রাহি মুনু পুম্নামক লিংপা হৌয়ে।। কুরুকি হুক্সাংতা নুমিৎ চায়োল ৭ মানে।। থা ১২ মানে পাললে।। থোইনা ব্রাংনা পাললে হাইপাকিতমক আপাল্পা কৌয়ে।।

ব্রুত্রা মাঙ্তাকি মামিং মিংখৈরেন্তি।।(মি সঁ(সুঁ)) আপালপা কৌয়ে।। মাসিতি নিংথৌ আোইপা ঙমমে।। ফম্নাইপা ঙমমে খঙ্আো।। মারোল ৩ মাকি মিংখৈনে।।ꣻ।।

আচাউ পুঙ্ চাউতাপুঙ্ পুন্সি পুঙ্ পোক্না পুঙ্ ৪ মাতি খোইতৌনে।। পাখংপাকি ১ মাতি সুরুংনে মিংখৈতি (সঁ) ত্রাহিং লিক্ লিক্ কৌয়ে।। আসিতী কংলা সুরুংকী মামিংনে খঙ্আো।।

হৌচিকতি আপাল্পাকী ব্রা হাইকে।। হেকুরু তিল্লিলিক্।। তিলতাউরেল্ নংনা তাইপংপাল্পা।। লৈতারীঙৈকৌপা নামিংতি ꣻ আকা কৌয়ে।

আতুকা থাব্রালমীচাক নিংথৌ সিতাপাকা।। থুপাকা আনিমক্না পুরাতানা পাইরাপাকা কৌপা নামিংতি ꣻ তেক্কোল্ হি লাপা কৌয়ে।।

আতুকা থাতা থুংলে।। নামিংতি ꣻ য়ি য়ি কৌয়ে।। আতুকা আমুক থাতাকী নুমিৎতা থুংলে।। নামিংতি ꣻ আংকা আংকা কৌয়ে।। আতুতাকী আমুক হাইথারক্লে।। নামিংতি ꣻ হাইকুপ্ফেৎ মিরাক থাং কৌয়ে।। আতুতাকী হল্চীংতা মীকি মাসক আোইনা থুংলে।। নামিংতি ꣻ লিক্ লাইস্না তানৌরেং কৌয়ে।।

আমাতি নুংচেংতা হিরান্পাকী মাসক্ আোইরে।। আতুতাকী মানা লৈপাকী মামিং হাইকে।। ꣻ আোরৎ স রৎ কৌয়ে।। নামিংতি ꣻ মীপুনতিন্ কি নাইপা কৌয়ে।। আতুকা ꣻ সূ সূতোন্ লাইরেল্ তোল্সংপা

মায়োন কৌয়ে।। আতুকা মিংখৈরেলতি।। ❀ হ্ রে ম রৎ কারে।। হিরিক্ তিল্লিক কৌয়ে।। আমাতি মামিং ❀ খারে হ্ রে কৌয়ে।।

আতুকী য়ীরাৎপাকি মারম্তি।। চেং ৭।। থোইতিং ৭।। ক্বা মাতোল্ থোক্পা ১ নে।। পাল্না মানা ৭ নে।। লৈসং ১ নে।। হ্ই মানম্ নাইপা ১ নে।। লাফোই লাফাং চংথোকপা ১।। কোন্য়াইপু ১।। স্নানে।। লুপানে।। য়েরুম ১ নে।। আসি খৈপিক্ চাফু আহিংপাকী মানুংতা হাপব্রো।। ফি মারাক তাইপা ১ নে।। য়োম্তুনা য়োমমো মীকুম্ফি ১।। লিক্ ১।। আসি খৈপিক্ য়াউনা তৌঅো।।

নিংথৌকী লাংফম্ ফৎতারাপাতা।। নুংচেং আপিসক্তা।। য়ীরুপ্হললু আতুকা কৎলো।। লাংফম খৈপিক্মক্ কোক্পানে।। নুমিৎ থাংচানে।। য়ীরাইনে।। আসিতা আমাতাতা মাতম্তি আয়ুক য়ুথক ১।। নুংতাং য়ুথক ২ মক্তা আমাতা তৌঅো।। য়ীরাৎলো লাংফম্ কোক্কানী।। কোক্পানে খঙঅো।। খুতম্তি স্নাকী।। সাচি অোইনা ব্রুকাতাপানে খঙঅো।।❀।।

আমাতি কুচুতা কৌপা নামিংতি ❀ ফক্তোং থাং হরে কৌয়ে।। আতুকা মামিং আমাতি ❀ কুহিংচি কুহিং সংমা তোলপা হিংসং পে রে হিং পেরেসং পেরে হুপ কৌয়ে।।❀।। য়ীরাৎপাকী মারমতি ফি মারাক্ তাইপা ১ থাউঅো।। আতুকী মাথকতা লাফোই লাফাং চংথোকপা ১।। হ্ই মানম্ নাইপা ১।। পাল্না মানা কানে।। লৈসংনে।। আহাউ আথুম্নে।। স্নানে।। লুপানে।। কোন্য়াই হুললো।। নিংথৌপু মাই নোংপোক্পাংনা লেপ্হললো।। আতুকা কারাং লম্হন্ থাতুনা য়েংহললো।। মাসক্ ক্রুপানে।। নিংপা খৈপিক্ থুংপানে।। আমাতি সাফম্ লালফম্ য়েক্নাপা।। আমাতি কললক্পা লৈপা খৈপিক্ খুতুম চলকা তাপানে।।❀।।

আতুকা মেন্ মানুংতা চংলাপাতা কৌপা মামিংতি ❀ মাহা চামা হালি কৌয়ে।। আতুকা মেন্কী মাতোল্তা।। তাইপংপাল্পাকি নিংথৌকী মাসক্ অোইতানা মামিংতি ❀ চন্তি আব্রান্ মারা চুন্ হাইনা ফময়ে।।

আতুকা মামিংতি ❦ থুরি তি রি কৌয়ে।। মামিং মিংখৈতি তেংপাল্পা মাপু হে নিংথৌ আপাল্পা নংকী নামিং তি ❦ মীতোংলেল্ মিমানিক্ তারংপা কৌয়ে।।❦।।

❦ হে য়ীপেমমা লইমারেল নংকী নামিংতি ❦ রো য়িং চি কৌয়ে।। ফমপাল্ ব্বানে।। লইমারেল্ ফমপাল ব্বা আসিনা খৈরাপানে।। য়ীরাৎতি হই-লৈ।। পাল্না মানা ক্বা।। লৈ সং।। আথুম্ আহাউ নিংথৌকী ফিরোই সুনা হাপ্তুনা।। নিংথৌপু খোংখুমফি মাথক্তা মাই আব্বাং পাংনা য়েংহললো।। আতুকা নুমিৎতি থাংচানে।। লংমাইচিং নে।। নিংথৌকাপানে।। নুমিৎ আহুমমক্কী নুমিৎ য়ুংপাতা।। নোং য়াইতা য়ীরাৎ থৌনিপু তৌআো।। আতুকা নিংথৌ পুলসিপা ব্বানে।।

আমাতি য়াংপীনা ফৎতারাপাকী ব্বা হাইকে।। মামৈ মৈতোল তৎলাপাতি।। নিংথৌসিকাতানে।। মায়াইনা চেংলাপাতি।। লইপাক মারাই তায়ে।। আসিপু ফানাপা য়ীরাৎতি।। ব্বানা খারা মাথোল ৩ সাআো।। আতুকা মাথক্তা স্নানে।। লুপানে।। নোংতারানে।। লাসিংনে আসি আকাপ্পা য়াউনা হাপআো।। খারা মাখাতা য়ীকোন্(পুপ্রি) ১ তৌআো।। আতুকা খোংব্বাই ৭ না সাআো য়ীকোন্ থুমানুংতা নিংথৌকাপাতা পা ব্বুচেক্ মারুম ১নে।। পালনা ! মানানে।। ক্বানে।। লৈসং ১ নে।। লাফোই লাফাং ৩ নে।। হই মানম্ নাইপা ১ নে।। আসি য়াউনা মাথক্তা হইরুক ১।। পালনা তাংকা ১ ।। থাউমৈ ১।। মায়াইতা থাললো।। আতুকা মায়াইতা স্না লুপা কোন্ য়াই হুললো।।

আতুকা লাইসোল্তি ❦ য়ীসিং তম্লেন আচৌপাপু নাথাতা লৈপাআো।। সেক্রা য়েৎলমতা লাইখোংনা চেলপাআো।। নামৈপু নায়ানা চিক্না লৈপাআো।। হলচিল্লো।। আসি হাইনা সোললো।। মাফম্তি চৎলম্তানে।। কংলাকী ব্বারমনে।। খুৎ থিংচিন্তানা য়েংআো নাপুথৌ লৈপানে খঙ্আো।। ❦ হৌচিক্তি লইমারেল্আো।। নাথানুংতা কোন্কে।। ❦ হ মায়েক্ আসি সক্না লৈরিপা মাফম্তা।। নাউয়োম্নুংতা য়োমপীআো।। হ য়ী হ য়ী হাইনা মিংলেল্ আসি সোল্লম্লাপনে।।❦।।

হৌচিক্তি।। কংলা য়ুম্ফম্তা লৈপাকী মারম্ হাইরক্কে।। মাপী মায়েক কুন্থ্রা মাঙা মক্না লৈপাকী আচেৎপা মারম হাইকে।। তাউরোইনাইকী মাথেক্ মাপল্ মক্না থেকলিপাতো আতুকী মারম হাইকে।। খা লাইচিকী সূম্তা আঙৌপাকি মাসকনে।। লাইচৎতি পুলৈরোমপাকী লাইচৎনে।। মামিংতি পুরিক্লেং কৌয়ে।। মানা সুপাতি।। সাচিক্পু থামোইতা আোক্লিয়ে।।

আতুকা কৌপারুকি সূমতা লৈপা লাইতি কৌপারুনে।। মামিংতি ঙৌপা কৌয়ে।। খুতুপ ৭ লুনা লৈয়ে।। আমাতি থাংচীং পাংপা সূমতা সারুপ্পা কৌপা লাই ১ লৈয়ে।। খুতুপ ৯ লুনা লৈয়ে।। মাৰোংতি মাইরেন মাতুম্ মান্পানে।। আসিতাকী চিংখৈকী সূম্তা লিক্লাই কৌপা লাই ১ লৈয়ে।। মামিংতি অঁ কৌয়ে।। খুতুপ ৯ লুনা লৈয়ে।। মাথোং আতুতি নোংপোক্নে।। মামিংতি মিরুতাংপা কৌয়ে।।

মাথং আতুতি লোইয়ালাক্পানে।। মামিংতি লেন্খোম্পা কৌয়ে।। মাথং আমাতি লিক্লাইখোম্পা কৌয়ে।। মাৰোংতি য়েনপাক ৰুপয়ে।। মা মাই ঙাংয়ে।। মাথং আমতি লুৰাংনে।। মামিংতি অোঁ নাউরিক কৌয়ে।। মাৰোং তি য়াংকোক্ কুময়ে।। কোইনা লৈয়ে।। খুতুপ ৭ লুনা লৈয়ে।। মাথং আমাতি সম্পুমলেল্ কৌপা লাই ১ লৈয়ে।। মাসক্তি খোইরীনা খাউৰোল্লে।। মানাতি লুপানে।। মানা ১ তি কোরিনে।। মাখোংতি সেলনে।। মাচুতি আঙৌপানে।। মামিংতি হিকক্ স্নানোংতারেনখোম্পা কৌয়ে।। আমাতি মায়াইতা লইমারেল্ নামুংপীনা মাখোং ফাক্তোক্তানা লৈয়ে।। আফাক্পাকী মায়াইতা নুঙ্ নামুং পী কৌপা ১ লৈয়ে।। আতুতি কংলাকিতা লৈরিপা নুঙ্ আতুনে।। মায়েক কুনথ্রা মাঙামক লৈয়ে।।

হৌচিক্তি নুংকোইপীতা লৈপা নুঙ্ হাইকে।। মানেম্ হাইপা নুঙ ১ নে।। মামৌ হাইপা নুঙ্ ১ নে।। আনিমক্ লৈপানে।। অনিমক আতুনা মামিং আমা তাঙাই কৌপাতি।। চিঙ্খৈতা লৈয়ে।। থু কৌয়ে।। আমাতি লইমারেল্না পোক্পানে।। মামিং আসি হাইরাপাতি।। খোংচোম নুপী

মাতা তারুক্মক্ কুমলক্কাতাপানে।। মাফম আতুনে।। আমাতি লমচা ৬ মক্কা চিৎথাপী ৭ মক্কা আতু লইলিপাতি।। চংনিংসোয়ফম্তা লৈয়ে।। খুতুপ ৯ লুনা লৈয়ে।। আনিমক আতুনা আমাতা ৱোইরাপাতি।। য়ুহারাপানে খঙ্ওো।। মাৱোংতি নুরা ৭ মক্তি মাখুৎ পান্তে।। পাখং ৬ মক্তি খুক্লু পানতে।। মাখোইনা পোক্পা মাচাতি।। থেপা ৭ মক্ পোক্য়ে।। থেপা ৭ মক্কি ৱাতি কংলা পুঙকোইপাতা হাইরিপা আতুনে।।※।।

※ মারম্ আমাসুং হাইকে।। কুচুকি মায়া লাইচি পাংপারম্তা।। নুঙ্কি লাই ১লৈপানে।। মামিংতি ※ লৈমে কৌয়ে।। মামাইতি নোংপোক্লম ওোল্পানে।। খুতুপ্ ৫ লুনা লৈয়ে।। মানা লৈপা মাফম্তি।। তো হেক্ হাইপাতো তুচুংপানে।। আসিতি মায়াইপী কৌপাতি আতুনে।।※।।

পাখংপাকি য়িম্চিতা নুঙ্কি লাই ১ লৈয়ে।। ১ লৈপা মাফমতা পিবেন্হই ১ হৌপানে।। লাইফম আতুকি মামিংতি ※ নুঙ্য়িরেল্ কৌযে।। আসিপানা কুরুপু হন্না য়েংতানা।। হে কুরুওো অইতি মীসু লাইসু ৱুবারোই হাইবময়ে।। হাইপাপু কৌয়ে।। মাফম্ আতুতা নুঙ্ ওোইতানা লৈখাবে।। আসিপানা মক্ আতুতা লৈ।। হাইপা আতিয়ানা তাবে হাইপাকী।। মাফম্ আসিপু খঙ্লাপাতি ফাবাবোইয়ে।।

হে অইনা ৱোন্পা নুঙ্তি লম্ফেন আসিতা লৈহৌরো।। অইতি পোরোম্পাৎতা লৈরুরাকে হাইতানা সক্তম্ আতু থমলম্তানা চৎখারে।। আতুনা লৈপানে মামিংতি ※ র লং পিৎ পিৎ কৌয়ে।। খুতুপ্ ৭ লুনা লৈপানে।। মাখুৎকা লোন্নাতুনা লইরোল চননা লৈপানে।। থাৱাল পিচাক কুরু সিতাপানা লৈরীপা হাইকে।। তাথিপীকানো আসিপাসুং।। আতিয়াসুং।। পাখংপাসুং।। থাৱাল্পি চাক্ লাংয়েন ৭ মক্সু লৈপা।। মাফমতি কংলাকি নামুং পুঙ্ নুংকোইপীকি আসিনে খঙ্ওো।।※।। ※ হৌচিক্তি ৱারম্ আমাসুং হাইকে।। কংলাকি য়াই পুঙ্না লৈপাকী মাফমতি।। চৎলম্কি মায়াইকি আৱাং থংপাতা খুতুপ ৫ লুনা লৈয়ে।। মাফমতি তোরৈ য়ীরেলকি মাপা চৎলম্কি।। মায়াই আতুতা লৈপা নুঙ্ মায়েক আতুনা খুতুপ ৭ লুনা লৈয়ে।।

আমাসুং হাইকে লইমারেল সিতাপীকি।। তারেঙ্ লৈপা মাফম্তি য়ুম্চাউতা ১।। আমা লৈয়ে।। খুতুপ্ ৩ লুনা লৈরীপানে খঙওো।।※।।

❀ মাফম্ আমাতি আহল লুপ্ সঙকি মাখা কোললোইলইমাকী।। কৌপারুপাংপা মাফম চাউপারি পুঙ্কিতী।। নোংপোকপাংপা আতুতা মাফম্ আতুতা।। লইমারেলকি তারেঙ্ ১সুং লৈয়ে।। খুতুপ ৫ লুনা লৈরীপানে।। খঙ্অো।। মাফম ১তি কংলাকী মামাংতা খুতুপ ৭ লুনা লৈরীপানে।। মিৎয়েংলম্ নোংসাপা য়ীরেল্কী।। মারক্তা লইমারেল্ নামুংপীকি খুফম্কি লাইচিনা পাংপা হাইহৈতাপা।। স্নাচিংকী মাসা ৯ মানা তারিপা।। চামেন্পুঙ্কিতিমাখা।। হিংঙোল্ পুঙ্কি মাচিন্ নুংপঙ্ খোঙ্কিতি।। মায়াই[ক২] খাকীকি য়ুম্ফমকিতি তুথুপ মাফম্ আতুতা কুরু সিতাপানা লৈয়ে।। মাফম্ আসিতা লৈরীপা কুরুনা।। থাব্রাই পাল্পা খৈপিক্কী।। থাব্রাল্মীচাক্ কুরুসিতাপানা নোংতম্পাকী মাফম্ আসিতা লৈপানী।। লাংয়েল্ ৭ মক্না কোইনা লৈরীপানে।। খুতুপ ৯ লুনা লৈয়ে।।

য়ুম্চাউকি কারল্কি মায়াতাকী।। পাখ্ংপাপুঙ্কি চিথেক্তা[ক৩] পোংকী য়ুম্ফম্কি।। চাপুক্কী কৌপারু পাংপা আতুতা।। আসিপাকী নাউফম্ লৈয়ে।। পোং য়ুম্ফম্কি মায়াই আখোং আরিংকি য়াম্পানা ব্রারিংকোন্।।

---

[ক২] খাকীকি য়ুম্ফম্:- হায়রিবা য়ুমফম্ অসি নিংথৌকাংবা/লিল্তাউরেল পুলৈরোমবাগী মজাইবুংঙো ৮ সুবা খাপীগী য়ুমফমনি হায়বসিদা মীৎয়েং থম্জনিংঙী। "খাপীনা খাকীগা চাইরেলগা পোক্য়ে"।।

পোংকী য়ুম্ফম/পোং য়ুম্ফম:- হায়রিবা অসি নিংথৌরেল্ কাংবা কাংখল্গী মজাইবুংঙো ৯ গী মনুংদা, খাইগী অহল্ কংকোই মরিয়া ফমপালচাগীসু মজাইবুংঙো ১ পোং কৌই।। লাইয়িংথৌ কাংবনা মৈত্রপাক্কী নোংপোক ইংখোলদা, চিংনাং খোংনাং মনাক্তা সন্যাই লৈমাগী মখোম সুমদুনা তাইবংপান্গী থব্রায় ওইরিবা খৈবিক্পু য়োক্লনবা, তাইবংনা চানবা থোংলগা, চানবা পোৎলম ১০০, হিংনা চানবা পোৎলম ১০০, লৌ উবানচিংবা থবক্ হৌথোক্খি।

অসিনা মরম্ ওইদুনা লাইয়িংথৌ কাংবগী মসুইবুংঙো পোংগী য়ুমফমনি হায়জনিংঙী।। মদুদি:- কংকোই মারিয়া ফমপাল্ চা, " নিংথৌনা লাংবল্ থানিলদা মচা ১ পোক্তমত্র। কোলোয় মমিংথোংবু পোং কৌএ।। মচা পোংনা চাহৈ ১৫ শুরবদা হাওরে নোংপোক্লা লমদা চৎখিদুনা পাল্লমএ পোং লৈপাক্ও তৌনা কৌএ"।। অতোপ্পা মরম অমানা "য়ীপুথৌআঙোম পোক্পা" হায়বা খুৎই লাইরিক্তা অসুম্না হায়রী।।" হৌচিক্তী লাই খৈপিক্কী মারু লিল্তাউরেল্না ১রুক হাথাপাতি।। লিল্তাউরেল্ কৌপাতি পুলৈরোম্পানে।। পুলৈরোম্পানা ১রুক্ হাথাপাতি।। কোঙ্কোইনে।। তৈমানে।। য়াংমানে।। তেসারোংনা।। কুরেল্ খুপানে।। কুরেল্ হলপানে।। য়ীরেম্নে।। খাপীনে।। লংপানে।। ৯ মা পোকয়ে।। কোঙ্কোইনা "পোং" পোকয়ে"।।

(১ নিংথৌকাঙ্বলোন্ ১৯৭৬, নোংথোনবমচা অঙোলুব্রাং।। ২, অশস্বা কুম্পাবা ১সুং য়েংখোম শাগৈলোল্ ১৯৮২ ।। ৩ পাখংবা ১৯৮৫ ।। ৪ সাকোক লম্লেন অহানবা মৈহৌরোল্ ১৯৮৮ ডা: শ্রীয়েংখোম ভাগ্যসিংহ)।।❀।।

মাফম আতুতা পাখংপাকি নাউফম্ নাউয়োম্ ২ মক্।। লিক্লাইকী চাফুতা হাপ্তানা মুক্তাকী কেকামনা খুম্তুনা লৈয়ে।। স্নাহলকী নাউফমতি স্নাকি চাফুতা হাপ্তানা মুক্তাকী কেকাম্না কুপলিয়ে।।

আতুকা কোলচিল তিংথোক্পাকী নাউফম্তি লুপাকী চাফুতা হাপ্লিয়ে।। পোহাম্কি তেংকোংনা কুপ্লিয়ে।। হাইরিপা আসি খৈপিক্মক্ মাফম্ আতুতা খুতুপ ৯ লুনা লৈরীপানি হে নিংথৌ আথোইপাঅো।। নামুপোংহলপা তাইপং আথৌপাঅো।। মাফম আসিতা স্না লুপানে।। আথুম্ আহাউনে।। হইনে-লৈনে।। ফিরোই আসুপানে।। আসি খৈপিক য়াউতুনা পুরুম থৌনিচানা নিংনাচৌঅো।। খুতিল ১ মাথোক্লাপানি খঙ্অো। আতুতা পুরুমলাপাতি।। ফম্পাল্তা চাহি কুইনা সাফম্ লাল্ফম্ য়েক্না কন্চাউতানা পাল্পানে।। আসি খঙ্না তাইতুনা পাল্লাকাতাপানে।। আসিতি আথোইপা খৈপিক্ মাফম্নে খঙ্অো।।❋।।

❋ হৌচিকতি ব্রারম ১ হাইরককে।। পাখংপাকি লাইপক্তা সাচিক্না থোক্য়ে খঙ্অো।। আসিপাকী লাইপক্তা সাচুংতেলহৈপানা থোক্য়ে।। য়ুমচাউ লইমাকি লাইপক্তা থাপানা থোকয়ে।। আসিতি থাব্রাল্মিচাক্নী খঙ্অো।।

❋ ব্রারম ১তি নুংচেংকি লাইকোই মায়াইতা।। লাইনা সাপী লাইস্রাকি নুঙ্ ৪০ লৈরে।। মীকি মাসক্ লোইনামক্ মাললে আতুনা নুঙ্ আতু লৈরীপানে খঙঅো।। সানাকি মাসক মান্পা ৪ সু লৈয়ে।। কপ্তারেংনে।। ১তি তারেঙনে আসি খৈপিক্না নুঙ্ অোইতানা লৈপানে।। মাফম্ আতুকি নোংচুপ পাংপাতা পাখংপাপু খুইনা মাকি কাঙ্হু মাচৈ সূনা চৈপীরে।। লাইস্না লাইনা সাপী লাইস্না ঙাতালোং।। নোংতা লাইরেল পাখংপা।। খোলকংলো লোংনা পাচেংচাচললোং।। চোম্লোং খোংথিললোং।। ফুমথি হামৎলোং।। পাখংসংকাই তোন্না লোং আসি লোংখোললোন্ আসিকী মাফমনী।। আসিনে মারমতি পাখংপাপু থানাপা কাঙচৈনে হাইখিরীপা আসিনে।। আসিতি মাফম আতুতা লৈয়ে খঙ্অো।। আসিতি হাইহৈতে হাইপা খঙ্অো।। খুতুপ্ ১০ লুনা লৈয়ে খঙ্অো।।❋।।

মারম্ ১ হাইকে।। আসিপাকা পাখংপাকা ফম্পাল্ মুলনৈ।। আতুতা আসিপানা লাংকোল্ হুললে।। পাখংপানা ৱুতুপ তেংপাক্।। থৌরী কোংকোইনে।। থাঙ্তেল্ আসি খৈপিক্ হুললে।। মারম্ আসিতাকী আসিপানা হুল্পা লাংকোলনা।। লৈপা মাফমতি হংঙোই পাৎকী মানুংতা য়ীনুংপঙ্ আোইনা লৈপানে খঙ্আো।। মাতুথিকে হাইরাপাতি মাফম্ আতুতা য়ৌরাকা হংঙোই মাচি পাল্পা লাপা ১ লৈরমকাতানে।। মাতুনে হাইনা খঙআো।। আতুকা পাখংপাকি খুৎলাইনা লৈপাতি তোললোং পুঙ্কি মাথেক্তা লৈপানে।। খুতুপ ৬ লুনা লৈয়ে খঙ্আো। নুঙ্কি মাসক্ আোইনা লৈয়ে হাইপা খঙ্আো।। ।।

আতুঙৈতা হায়িচক্ঙৈতা কুরুনা সাপা হংঙোই ৭ মক্।। মাকু ৭ মক্।। য়োং ৭ মক্ লৈপা মাফম্তি।। নোংহুম্সঙ্কি চাপুকতা লৈয়ে।। থাৱাই পাল্পাসিংগী মাসক মাৱোং কাইতানা।। লুৱাং নোংহুম্সঙতা লৈয়ে।। কুরুনা লুৱাংকুরু আোইঙৈতা খুতুপ ৯ লুনা লৈয়ে।। হে নিংথৌ আোইপাসিংআো খঙ্চৌআো।। মাফম্ আসিতা স্না লুপা।। আথুম্ আহাউ হুই লৈ খৈপিক্ য়াউনা ফিরোই খঙ্না আসুপা লৈহুন তমতুনা পুরুম্চৌআো।। পুল্সিপা য়ৈখাইপা কোক্তুনা নিংপা পুম্পা পিপীয়ে।। ।।

হৌচিক্তি ৱারম ১ হাইকে।। লাইরিক অইনা লেমহৌপাতি।। পাখংপা য়াংপীতা হাইরিপা আতুনে।। য়াংপীতাকি খারা লেম্হৌপানা পুংকোইপাতা হাইরিপা আতুনে।। আতুকা নোংলোল্ থিলেন সুমতিন্ লাইহুই কৌপা আসিতি স্না কাংপোৎ ১।। লুপা কাংপোৎ ১।। নাই চামমাকি মাতিক্ নৎতে।। হে মীসিংআো পংকানো।। মীরান্তা তাক্হৈতে।। পংলাপাসিংআো থাচাতাপা তৌকুনো।। থাচাত্রারাপাতি নাপোক্ আহুম্মক্ ৱুৎকুম তুম্পা ৱানে।। তুমনা মাংআো।। মাপু নৎতানা মাপু সারাপাতি নায়া লোইনা কেললো।। আরুপা নৎতে হাইরাপাতি নাপোক্ আোন্না পোক্পা ঙমতাপা কুম্ নুঙ্ আোল্তুনা লৈপা আোইরুরো পোক্লাকুনো।। ।।

হৌচিক্তি ৱারম্ আচেৎপা ১ লাউরাকে খঙ্আো।। খানিং কোলকে ৯১।। হোইরৌ আোইনা হোইথোক্লক্কে।। হায়া লাউনা

লাউচারক্কে।। নংহাক্না নায়াচারক্‌ওা।। খানিং কোলকে।। আমাতে।। সং ৩ তে মী কৌপাতো।। নুংলাই কোল্‌কে।। লিক্‌লা পীসিল্‌।। মাকৌলাংথাক্‌পী।। হে হানুপা নংপু কোলকে।। লাইফম্‌ মাকোল্‌কে।। হল্‌নু কোক্‌চাউ পুলেন্‌পা পালেম্‌ কোল্‌কে।। লম্‌ কোল্‌কে।। লম্‌খল্‌ তুখল্‌ কোলকে।। কুরুপু পুরুম্‌না মাকোলকে।। লইমারেল্‌সিতাপী নামুংপীপু।। খুনেৎ খুথানা।। পুরুম থৌনিনা মাকোলকে।। আসিপাপু কোলকে।। আতিয়াপু কোলকে।। কোল্‌চিল্‌ তুথোক্‌পাপু কোল্‌কে।। কুরুমচীংপু কোলকে।। খম্‌নিংপু কোলকে।। খম্‌সাংপু কোলকে।। নুংপীসিতাপাপু কোলকে।। নুংনাংনাতাপাপু কোলকে।। খুরাই তোংপোল্‌পু কোলকে।। হুই সানাপু কোলকে।। আপক্‌মাপু কোলকে।। তালথোংপু কোলকে।। লেমথোংপু কোলকে।। খমনিং খম্‌মাংপু কোলকে।। স্না ক্বাকোক্‌ নুংতাকি।। হেতি পাল্‌লা চিন্‌তাই কাইতাপা।। হায়িহে ৩ লৈসিল্‌লমকে।। হায়িহে ❋ যুমঅোইপা অোঁং ৩ আসিতা আরিপা আসি খঙ্‌অো।।❋।।

❋ হাইখিরিপা লাইফম্‌ য়াই অোইপা কংলা পাফল্‌ আরিপা।। তুপি সাইয়োল আয়াম্‌পা তাইপং খুন্‌থোং আপাল্‌পা।। আসি খৈপিক্‌ থাব্রাই হাম্‌চৎতুনা চৎপ্রাপাপু।। মাফম্‌ আসিতা তুংতুনা লৈনাপা য়ুমফম।। য়াইপী আসিপু চোইথোক্‌তানাপা কোলসিললমতুনা থমঅো।। হে নিংথৌ আথোইপা।। হাইখিরিপা মাফম্‌ পুম্‌নামক্‌তা।। স্না লুপা আথুম্‌ আহাউ কৎতুনা পুরুম্‌চৌ লইপাক্‌ নিংথৌ অোইপাসিংঅো।। লইপাক্‌ খুন্‌নাই মায়েং তাতাপানি।। নিংথৌ মাফম্‌ চেৎলে।। পুল্‌সি নুংসাংনা পাললে।। লৌরি য়ুমফম্‌ মায়েংতাতেয়ে।। মীকি লইপাকনা লাক্‌চাতে।। অইখোইকী লইপাক্‌না থোইয়ে।। মাইচৌ ৭ না থুপ্‌না থম্‌লম্‌পা।। কংলা মাহৌ পাখংপা নাউকোক্‌নে খঙ্‌অো।।❋।।❋।।❋।।

❋ কোলনা চক লাংপা চক আসিতি। লাংঅোন য়ামনা পোক্‌লুসি।। তিলফম লাইফম তিলথোঙ লাইথোঙ আসি খৈপিকসুঙ থুপানা লৈখিসানো।। হায়িচক খুনুঙচক।। লাংপা চক কোলনা চক ৪ মানা।। চক ৪ মা য়েলনা চাপাকী মাতুংতা।। খুনুংচক্‌ লাংপা চক্‌না। পালপাতা।। মাঙাং, লূব্রাং খুমল য়ীখোই ৩ মানা চিংনা।। লইপাককী মাখোই।।

মীপোক মীচাইফমতা সানফাউসে।। তিল থোঙ লাইথোঙ।। তিললি লাইরি পুমনামা থিনাসেত।।❀।। কুরু ৩ মানা চীংনা পলতিং আয়ামপাকা কুচুতা ঙাং নাখিয়ে।। কুরু ৩ মানা।। কুরু ৭মাতা হাইরমপা মারমতি নোংহুমসঙনে।।❀।। মামাঙতা নুঙনা নলনা লৈপা আতুতা।। নিংথৌ পুল্‌সিপা থৌনিফমনে।।❀।। সেল্‌না সাপা মাফম্‌নে।।❀।। কংলাতি চাক্‌সঙ্‌নে।। নুঙ্‌ কৌয়ে।। মীশিতা মাঙতাপাতি।। য়াউরৈপীতা তাখৎলে।।❀।। য়ুমচাউকী কা ৯ মাকী মায়াইতা খোঙ ৩ মাকী মাকোকতা।। লুব্রাংনা নল্‌লে।। ঙায়াইতি পাখংপাকী খায়াৎনে। পুরেল লুতিলফমনে।। লাই খোংনা কোলপা আতু য়িমচাউকী নোংপোক পাংপা খুলথোঙ য়াইকা মারমতা নুঙ আমুপা ১ লৈপানে। লাইয়িংথৌ নোংপোক আচিপাকী য়াথোক্‌ফম্‌নে। লৈহৈতে লেংলাপাতি লইপাক তাউপা নুঙনে।। [*] কাপো লাইরাপাকী নুঙ্‌নে।। লোইখোম সঙকী মাখা পাংপাতা নুঙ মাচি আঙাংপা মাসা আকোইপা নুঙপাক ১ লৈপানে মাতুতি লাইয়িংথৌনা আঙোমতা নিংথৌ আপালপাতা তেল কাপনাপা নুঙ ফমনে।। [†] খাপাকী নুঙনে।। য়িমচাউকী নোংহুমসঙ কা ২ মাকী মারকতা নুঙপাক ১ লৈপানে।। লইমাকা লাই নুরা খৈপিককা সাননাফমনে।। নুঙ আতু খোংপা নুঙনে।। লইপাকখৈপিক য়ৌপা নুঙনে।। মানা খোংলাপাতি লইপাক আয়ামপা তিললাকানে।।❀।।

---

[*] কাপো লাইরাপা (কাপো সাম্পা লাইরাপা): খুমল্‌ লুব্রাংলোল তি:- "পুলৈরোমপানা সোরারেল্‌ সাথারে। আতুক্ম নোংপোক য়োইখিয়ে।। নোংপোকনা কাপো সাম্‌পা লাইরাপা সাখিয়ে।। লিক্লশীচনা পাল্‌ থোইশী সাথারে।। পাল্‌থোইশীনা তুমুলাক্‌লাকী মাচ সাখিয়ে।। কাপো সাম্‌পা লাইরাপানা য়োক্লরে। মাফমতি য়োক্‌ সুকি য়ুম ফম্রে।। থোইতেম্না নুঙসাং সোকপাউ য়োইখিয়ে।। মাল্‌তেম্না নোংপোক্কী থোথুল লিচি নলক্‌য়ে।। লুব্রাং খুল্‌থিপা কৌয়ে।। হইস্রু লইমা পাল্‌নাতুনা পোল্‌শী লুব্রাউপা পোক্‌য়ে।। কৌপারোল্‌ নামোইনুনা পুজাংকোইপা কা লুব্রাং পুলসিপাকা আনিমা পোকয়ে।।" (১) মৈহৌপালোল্‌ সল্লাই খাইবা: ১৯৮৪ চনম হোমচন্দ্র খাবা ।। (২) মৈহৌপালোল্‌ লাথুপ্‌ ১৯৯৬ ডঃ হাউবম নোংলেলখোম্বা ।।❀।।

[†] খাপাকী নুঙনে :- হায়রিবা বাফম আসি, খাইনোংচেংপম শীপা য়েকমা হাউতংলা নামু পোংপা নিংথৌ (লাইনিংথৌ) আতম্পা মাহাকনা য়োইমায়াই অউহইরেঙ আহলপা (নুমিং আহল কুপত্রেং নিংথৌ আপালপা) পু তেলনা কাপখিপা মাফম নুঙফমনে।। নুমিং অউ হইরেং আহলপানা চেলখিতুনা লংমাইচীঙ খালোং সুরংতা পুম্লেলোমপা কৌনা লোংখি।। মানউ শ্রা থোমমাতোল্‌ আতোল্‌পা সেল্‌ত্রেং নিংথৌ আপালপা পাখংপাসুং চেল্‌খিতুনা মোইরাংকী লোইরেল্‌ লোকতা চাহি ১০০ লোংখি।। (১) নোংলোল্‌ সাকেকপুয়াদগী সল্লাই সমথারক্‌পা খুৎই।। (২) চিংগোই ইরুম্বা. ১৯৭০ নোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ। (৩) মৈতৈ থাংগী লাংলোন ১৯৮১ শ্রী জি: কৈরাওসনা শর্ম্মা। (৪) নুমিং কাম্বা খুৎই)।।❀।।

কংলাকি ফালতোলতা হোরিপা আতুকি মায়াতা লৈপা নুঙ আকোইপা আতু আপাইপা নুঙনে।। কহৈতে।। কংলাকা কুত্রাকা আনিমাকী মারকতা নুঙ চিথেক নাইপা ১ লৈপানে ।।☞৬ লুবাং পুলশিলপানা ঙায়েংফম লুকাইফমনে।। ঙাথোকপানে।। লুমকোলপীকা কংলা থংপাতা নুঙ্পক আমা লৈপানে।। মীহিংচাকী নুঙনে। লেংলাপাতি মীহিংচা থোককানে।। মাতুকী চিখৈ পাংপাতা নাকল্পম্সুমাই লাংপা আতুকি আবাং পাংপাতা থুমখোং লৈপানে্ নুঙ্ আঙৌপানা ননবা লৈপানে।। থৌরিরাপাতি থুম হোংপানে।। আতুকী তুখুল বাংমাতা পীসাতাউনা থাংসিলপা নুঙচাউ আপাকপা ১ লইপানে।। আতুকী আবাং পাংপাতা।। তেন্নুবানা থোলপা লইপুঙনে।। মামিং নোংসাপা কৌনা লৈরে।। আতুকী নোংপোক চীঙখৈপাংপাতা।। নুঙ মানিঙ মামাঙ্ সুমপা নুঙ ১ লৈপানে।। মামিং চীঙমাথী কৌপা নুঙনে।। চাকতাংপা কুমখি-কুম্ কাংপাতা লাংচৌ চাক হোঙ য়ুহোঙপানে।।❁।।

কুত্রাকী খানা পাংপাতা লুফৌ নুঙচাউ লৈপানে।। নুমিৎ থানে।। থাবাল্ পীচাক খোংচোলনুপী আোকপুরোই তাউহুইরেং।। আসিখৈপীকনা নোংকা ফমনে ।। তাফমনে।। আতুকী মায়াইতা নুঙ আচৎপা ১ লৈপানে।। সামু সাপা সামারক ঙামারক কৌপা নুঙনে।।☞৭ সঙকাই পুলসিপাকী মৈরম

☞৬ **লুবাং পুলসিপাঃ**- হায়রিবা লুবাংনিংথৌ আসি কংলৈদা নোংদা লাইরেল পাখংবানা খৃঃ৩৩দা নিংথৌ বোইদ্রিঙৈগী মামাংদা কংলৈ নিংথৌ বোইদুনা পাল্খিবা কোয়ৌ চীঙ্ বাংলকী নিংথৌ সোরায়েল্ পুন্নৈরোম্বাগী নুপী লৈমা আনিসুবী লিক্লাপীচা নোংতংনুগী বারীগা সাগোন্নারিবা লুবাং কুরু পুল্সিপা হায়বাদুরা হায়বসিদা থিজিন্ফম থোক্প্রা খন্জৈ। মারম আমানা লুবাং সল্লাইগী নিংথৌ খারাদা "লুবাং পুল্সিপা" হায়বা মিংথোল্ আসি থোন্বাগী চৎনাবী ১ লৈফম থোকই।। মৈদিংঙু নাউথিংখোং (খৃ:৬৬৩-৭৫৬) না কুরু খল্লীবা ১সুং ফম্পাল্ তোংবাগী মারম্ তাক্পীরিবা, "হোঙ্নেম্ লুবাং-নিংথৌ পুল্সিপা" হায়রিবা মীসক্ আদুদি নৎতাবারা খনজৈ বোইফমসু থোকতে।। হিরম্সিদা য়াম্না হেন্না কুপ্না আখং আহৈশিংগী মীৎয়েং চিংসিনজারী।।❁।।

☞৭ **সঙ্কাই পুল্সিপা** :- সল্জেল্থোংগী চীঙ্খৈরোম্, থংবাদা হৌজিক হৌজিক ওফিসার কোলোনী বোইরীবা নোংপোক্ হিংখোলগী, কংলা থাঙ্গাঁপাৎ মানুংদা লৈরিবা থায়নাগী লৈঙাকলোন্দা "আঙৌপা তুরেল বাংমা নিংথৌ কংলা ফমথোল তৈনা থাপা" হায়না সৈথানারিবা লৈপাক আসিগী আঙোম সল্লাইগী, নিংথৌগী স্নাসঙকাই লৈফম কোনুংনি।। হায়রিবা মাফাম আসিমক আতোপ্পা কংলা নোংসাল মেপ ১দা "আঙোম য়ুমফম " হায়না লৈ।। সঙ্ কাই পুলসিপাগী মারমদা পুবারীগী থৌদোক বারিদি (১) আঙোম খোঙহৌ খোইরা।। (২) মীয়াৎ ।। (৩) নিংথৌরোল লমপুপা।। (৪) বাখুন পোমিৎ, ১৯৭৭ , আকোইজম্ নোদিয়াচান্দ, আসিনাচিংবা লাইরিকসিংদা য়াউরি।।❁।।

পাংপাতা নুঙ ১ লৈপানে।। মারিয়া ফমপালচানা য়ীসিঙ লাকনাপা নুঙনে।। হ্কুমপানে।। সাঙকাই পুলসিপাকী আব্রাং পাংপাতা।। নুঙ খুতেং ১ লৈপানে।। পোংনিংথৌকী য়ীরু সানতেংনাপা নুঙনে।। থৌনিচারাপাতি নিংথৌ পুলসিপা লইপাক মারা তপপানে।। সঙকাই পুল্সিপাকী। নোংপোক্ থঙ্পাতা নুঙপাক্ ১ লৈপা আতুতি।। কুরু ৩ মানা লইপাক্ কোইরম্তায় তা।। তীলনা ঙাংনাফমনে পুলসিফমনে। মামিং কোনথা কৌপা নুঙনে।। ০০ কংলাকী লম লোলতা নুঙ ১ লৈপানে।। পুথিপানা মাপু থিরকপাতা।। খুৎসু খুৎলাইকী মাপু অোইঅো হাইনা সিলনাপীখিপা নুঙনে।। মানা লাকপা মা মারাচীঙ থোলখিপা।। মারা সিল্থা নুঙ্ কৌপানে।। আসিতা খুৎসু খুৎলাই হোংয়ে লাংঅো।। সাকোন সুঙ হোংপা নুঙনে খঙঅো।।꧁।।

ব্রায়েল্ফম্ মীহাৎ মামাংতা নুঙসাং ১ লৈপানে।। মায়াতা নুঙ ১ লৈপানে।। নুঙ তারিপা আতুতা নঙ চাপানা কোল নপীতি ঙাকপিপা ঙমপা থোঙনে।। আহললুপ সঙলেলকী মাখা পাংপা কোললোই লইমাকা লোলনাপা।। মারকতা নুঙ মামৈ পালপা ১ লৈপানে।। মাপু লাৎলাপাতি নোংপোক লমকী মীনা লাকতানা পোৎ কৎলাকানি।। খুৎতম্ তৌরাপাতি লাইপাক ১ মা লাককানে।। আতুকী মায়াতা নুঙ আমুপা মাসা পালপা নুঙ ১ লৈপানে।। হাংলাপাতি খোঙপা নুঙনে।। নুঙচেং আপীসা কী মাখা পাংনা।। লমপীকা মারকতা নুঙ ১ লৈপানে।। কুরু ৩ মানা মাইকৈ য়েংনাপা নুঙনে।। পুলসিপা নুঙনে ।।꧁।।

সঙ কাইকী মাখা থংপাতা সানা খোল মারিলকা ২মা কী মারকতা লাইফমতা নুঙ আকোইপা ১ লৈপানে।। মাঙাং নিংথৌকী নুঙনে।। য়ুমসাকইসাকী আহিংতা।। আথুম আহাউ কৎনা খুরুম্অো নিঙপা থুঙপানে্ মাতম কুইনা পালপা ঙমপানে।। তিনফম লাইফম তিলথোঙ লাইথোঙকী।। ব্রা আরুপা হাইকে।। পঙনা হাইহেতে।। তাকহৈতাপা ব্রানে।। খঙঅো।। লাই পুমনামানা তিলনানা।। নুঙমু সিতাতি রুপাননে। তোংচেঙহিসু অোইপা নুঙনে।। নুঙ আসিকী মাতিকতি।। সুমসঙ্কী খাপাংপাতা নুঙপাক ১ লইপানে।। ঙালপাকী নুঙনে।।꧁।।

মাফম আসিকা।। কুচুনা সারুক ২ সুমসঙনা সারুক ১ তা মাফম আতুতা।। অো সাপা নুঙ ১ লইপানে।। সারাং থেমকী নুঙনে। নুঙ আতুনা তাউখৎলাপাতি লইপাক মারা তাউয়ে।। লাংসঙ মায়া কুচুকী মানাকতা নুঙ মায়া পালপা ১ লৈপানে।। খুমলকী নুঙনে্ তাউখৎলাপাতি লউনিঙ চানিঙকানে।। মাপা মাচা খঙনাতাপা নুঙনে।।❁।।

কংলাকী আব্রাং পাংপা সুরুংকী মাপাতা।। নুঙ সল মারুম সাপা নুঙ ১ লৈপানে।। মাফম আতুতা মীকী সায়া অোইনা চৎপা ব্রুরাপতি।। লইপাক মইসা কনকীনা পনতিং ব্রা হাইপা থোক্কানে।। লুব্রাংকী নুঙনে ফাউহৈতে।।০।। কংলাকী চীঙখৈ পাংপা মী য়েংনাতাপা মাফমতা থাকী মাচেৎ সাপা নুঙ ১ লৈপানে।। লাইয়িংথৌ পাখংপাকা মাঙাং নিংথৌকা ২ মাকী য়াথোক্ফমনে। নুঙ আতু হাংলাপাতি লইপাক মারোল ৩ মাতা পালপা ব্রুপানে।। পোইরইতোলনা খুলথোকরকপা মাফমনে।। মাঙাং নিংথৌকী নুঙনে।। কাঙহৈতে ।। ❁ ।।

আতুকী নোংপোক পাংপা।। চীঙখৈ থংপাতা নুঙ আকোইপা মাচু।। আঙাং আঙৌ য়ালনাপা নুঙ ১ লৈপানে।। আহাংনা য়েংলাপাতি।। লাই নোংসাপানা লৈপা।। পীসাতাউকী ফুরানে।। লিকলাইনা য়ীমপি তারেং অোইপা।। সানাকী সঙকাই ব্রুকানি।। য়েংহৈতে ব্রুনাকে হাইনা হাহোংলাপাতি থুনামাংয়ে।। পোংকী নুঙনে।।০।। আতুকী খাপাংপা চৎলম মায়াতা নুঙ আঙৌবা ১ লৈপানে।। সুম সঙকী সিলথাফমনে।। নোংতাপা নুঙনে।।[৩৮] আঙোমকী নুঙনে ।।❁।।

---

[৩৮] **আঙোমকী নুঙনে:- ব্রাফম আসিদা পল্লীবাসিদি অপুনবা আঙোম সললাই য়েক্কীনি। য়ুম্নাক্কী নৎতে।। মারম আমা:- "নোংদা লাইগী কুমব্রোন ১৫৭ খৃ: ১৬৪ শাকাব্দ ৮৫ দা পোইবৈ কুমথি কুম্গাংনা লাইজ ঈশিং ঈতাদানা মালেম লৈকন্ ওইববু লোংখুম্ নামৈ য়েপ্পনা মালেম্ লৈনুং চঙমদা খারৈ লৌকোন্ কংবনা পোইরৈ তমগী তাইবংশিং লূরেন থক্তা খুৎ হাপ্পা লাইজ ঈকং কংবদা, থোঙ্ঙাক্ কুরুম্বা কুরুম্বী অনিনা, নোংপোক্ লৈহৌচীং নোংমাই ব্রারোক চিংগোল্ পুলৈরোমবা লাইকোন্দগী নুংবী নুংনাউ লৌরুরে।।**

**অঙোম্য়ুমদা থমদুনা ময়ুম অঙোম্ পিবাদি (অঙোম নিংথৌদি) হঙ্গেন্লোংনা থাববু ঈনম্দুনা ঈতিঙ্গে অসুম হায়না তৌবগা কোরৌ নোংথৌ থক্তগী মফম্ ইখঙ্ খঙ্দনা কোবৌ নোংজা তরানি নোঙ্গাংদনা নোংদারে।। মতৌ অসুম তৌবনা পোইরৈ মৈতে লৈপাক্কী নমু পোংলুপ্ অপুম্বা উনবি থনুং হৌদোকা পুক্লিং মক্কা লাম্লরে।।" মৈদিংঙু খুইয়োই তোমপোক্কী মাতম খৃ: ১৫৪-২৬৪ ((১)নিংথৌরোল লৈরোল ১৯৬৭ ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ।। (২) লাংদাই কাইবিরোন্ পুয়া খুৎই)❁**

চৎলমতা কৈ সম য়েকপা।। আতু কৈনা ঙাউপা কুমতা লাৎআে।। পললানতাপী য়েকপা লৈপা আতু নিংথৌনা চাত্রা তৌপাতা।। খুরুমনা চৎক্রসাফম লালফম ঙমচাপানে ।।꣸ ।।

লাইয়ুম সানা য়েকপা আতু লইপাক খিপিকপু খুৎতুম চলনা পাফমনে।। নোংহুম সঙকী মামাংতা নুঙ বচীল তুমপা ১ লৈপানে।। আতুতি নিংথৌ পুলসিনাপা নিনাপা মাফমনে।। নোংহুম সঙকী খা পাংপা লোইরেল্ খুলপিরোককী মারকতা নুঙ আকোইপা আমু ঙৌয়ালনাপা ১ লৈপানে।। নুঙ আতু তাউখৎলাপাতি।। নিংথৌনা চৎনিংপা ৱায়াম মায়াম হায়পা।। লইপাককী আঙমপা কা পুকচেল লিংচেল তিলনারোই ।।꣸ ।।

সঙ্কাইকী আৱাং পাংপাতা য়ীমচাউকী।। মোইরাং পাংপাতা নুঙপাক ১ লৈপানে।। আতু লইমারেলকী লুকমাই থাফমনে।। হৌতোঙ মাকোক য়োলপা মাফমনে।। হাইহৈতে নামুংপা মাফমনে ।। য়ীম চাউকী চীঙখৈ পাংপাতা নুঙ ১ লৈপানে।। আতু হাংলাপাতি কৈনা নুমিৎ ৫ নি সুপাতা লেপনা চাকানি খঙআে।।꣸ ।।

সঙ কাই পুলসিপাকী মোইরাং লাই পাংপাতা।। নুঙ ১ লৈপানে।। য়োইমোংপাকী নুঙনে।। চাহুইপোকপিকী নোংপোক পাংপাতা নুঙ আঙৌপা ১ লৈপানে।। লৈনুংতাসুলৈরে মাপালতাসু লৈরে।। নিংথৌনাপুকনিঙ আেললাংপাতা।। চৎনিংলাপাতা লাৎপানে ।।꣸ ।।

য়ীমচাউকী চীঙখৈ পাংপা কাচল থংপাতা নুঙপাক আকোইপা ১ লৈপানে।। হাংনা য়েংলাপাতি সানাকী সঙকাই রুকানি।। য়ুহৈতে আসি তাকপা মীতো নুমিৎ ৬ নিতা কৈনা চাকানি।। সুমসঙ মানুংতা লৈপা নুঙতি।। লইমারেল্কী সুম্পল লাইয়িংথৌকী সুক লৈপানে।। তাইপঙ পালপা।। পোকনাসাৎনাপা তমনাপানে।। লৈমারা কংলাপাতা




লাংলু ফাপানে।। ৯ নোংহুম সঙকী ম... খাউসাপা নুঙ ১ লৈ...তো।। নুমিৎতাকী ১০ তাউরোইনাইনা পাখংপা... ...রেক্পাতা ফমপা ...নে।। থৌনিফমনে।। সঙ্লাংমৈতা লৈপা নুঙ আতুতি... ...পোমনে।। খাপম লোই সঙতা লৈপা নুঙ আতুতি পানা ২ মাকী খোঙনে।। লৈমারোং কৌপানে।। কেকাকুরুপানতা লৈপা নুঙতি থায়োং কৌপানে।। পানা ৪ মাকী লুমনে।। চারাপমামাঙতা লৈপা নুঙতি।। সানাথোঙ মায়াইতা।। চীংচেং নারল পাংকল্পা নলনাপা নুঙনে পাউ তাকনুঙনে।। নুঙচেংকি নুঙতি কুরুনা সান্তেংনাপা নুঙনে।। য়েল কাউ পুঙতা লৈপা নুঙতি পুলৈরোমপাকি নাউফমনে।। নুঙ্কোইপীতা লৈপা নুঙ্তি য়াউরৈকি য়াপঙনে।। নুঙনে।। লাইফমকী চিঙখৈ পাংনা লৈপা নুঙচাউতি।। মাঙাংকী থাপাকনে।।※।। আহল লুপকী ফাললুতা সুরুং লৈপা আতু লইপাক পালপা খিপিক।। ফাউপা লাইখুলনে।। থোনিফমনে।।※।।

কাঙপোকপীতা লৈপা নুঙতি।। লাংকোলতাক্ত অোইনা হৌপা নুঙনে।। সায়োন্ য়াম্পা নুঙ্নে।।※।। কমপোং পুংকী মায়াতা নুঙ আকোইপা

---

৯ **নোংহুম সঙ্কী:-** "কংলাইপুঙ্ মায়োনকী।। মোংপা নোংহুম্ সঙ্তা।। লঙ্পা লাংমাইপা পুলইরোম্পা ।। ওমানা পুকনিঙলিতীল্নানা বাতানারে। চীঙঙু লঙ্পা আপালপাতি।। চোইনৌসানা চীঙ্তোলবেল।। মায়াই থোংক্রু নানৌচীঙ্।। মান্ লঙ্হুমপা চীঙ্ ক্রৌনোংমা তোল্না খায়োম্ চীংপু।। লিল্বাই য়ীল্রম্ য়ীল্থাখিয়ে। সাংবাং নোংফু মাহম নুঙ্কি।। চীঙ্ঙু নোংখোই ফম্পানা চীংনা।। খোইয়োম লাইরুপ পুম্না।। পুম্রল্ নোংথোল।। মাইআসই।। তাকনাঙলপী খোইনিঙঙম্রী।। য়ীমিঙ্ লোই।। য়ীমাঙ্ লোই মইপুন্চক্ থাঙ্।। চোংরেল। য়ীল্চম্।। খাউ য়াই খুংসু খুংলাই।। মাসিঙ্ সুনা হুই পিরক্য়ে। থাপিসেল কোইবেঙ্।। পুনুং আচৌ মাইকুম্।। মাঙাল্ মইরাহৌনা।। না মু পোংসক্রেপ্বে।। অৌলিসামইথাং।। মীরা পোঙ থোক্লম্। লমরেল্ কোন্পীরাকি।। লিল্বাই য়ীরম্ য়ীল্থালক্রে।। লাইরেল মইতিঙ্ঙুতি।। খোইমোম্ বোংচাচিংমাপা মাকাইফম্।। লিসিং থাংবাই মুচেং কইহৌ।। নাউকল হাউখু তাংখম্ পুম্নামাপু।। থাংবাইনানা।। হল্চিং চীংমই য়ীল্না।। থাঙ্চা নুমিৎ য়ুংখাক্পানা পাতা।। মোংপ নোংহুম সঙ্কী সারোংলপ্ য়াল্কাতা।। বাইথুংলারে।।"(নোংমাইচিং চীংগোইপানে নোংলুম্না পাখঙ্পা অোন্পা খুংই)।।※।।

১০ **তাউরোইনাইনা:-** হায়রীবা আসি পুম্লৈলোম্পাবুনি ।। লইনুং য়াপিরোক্ য়ুম্চাউ লইমানা তাউরোইনাই নুমিত্তা ইচা নুপা ১তা পোক্চাগে হায়দুনা নিজে। আদুনা নিংথৌচাগী কংলৈগী নিংথৌ ওইনাবা থাবাইনোংলুম্বু মায়াদা কম্দুনা লাক্লাগা কংলাগী বোকসঙ্দা মারৈ লোম্না লোম্না পীবিখি।। নোংলুম আদু চাউরক্ সাংলক্তুনা নিংথৌ হাম্নীনাবাগীদামাক্তা হল্ চীং চীংদাগী লাইয়িংথৌ কোরৌ চীঙ্বাংলক্কী নিংথৌ সোরারেল্ পুম্লৈলোম্পানা (পুথিপানা) নোংতা লাইরেল পাখংপাপু পুরক্তুনা ফম্পা মাফম্নে।।※।।

আমা লইপাতো য়ুথোকপা নুঙনে॥❁॥ লোইখোম সঙকী লপলোল কাতা লৈপা নুঙতো॥ লইমারেলকী থুনে॥❁॥ হিরু সঙকী লপলেল কাতা লৈপা নুঙতি লইমারেলকী খোম ২ মানে॥ সঙকাইকী লপলেল কাতা লৈপা নুঙতি॥ লাইয়িংথৌকী তিনে॥ মানিঙকাতা লৈপা নুঙ তুচোমপা ১ লৈপানে॥ আতুতি মুলনে॥ য়ীমানে॥ ললহাম পুঙ সুংফাউপানে॥❁॥

[১১] চিংনাংখোংনাং (চিলকাংপমখোংনাংকী) নোংচুপ পাংপাতা॥ নুঙ মাচু অোনপা নুঙ ১ লৈপাতো॥ লাইয়িংথৌ নোংপোক আচিপানা কুরু ৩ মক্‌কা ঙাংনা সানা লেমনা ফমনাপা মাফমনে॥ লাইতিলফমনে॥ থৌনিফমনে॥❁॥ হে মীঅোইনা তাইপঙ্‌পাল্‌পা সিংঅো॥ হাইখিরিপা নুঙফম আসি তি খাচিকতা হায়পানে॥ আয়ামপা নুঙফমতি হায়রারোয়ে॥ মাইকই ৪ ঙাকপা লাইপুংথৌ ৯ কুরু ৩মা সানা মা লাইয়িংথৌ নোংপোক আপালপানা চীংনা হায়খিপা॥ খোংনাং পোকনাং পোকপা নুঙ আতুতা লাইপুমনা মানা হায়রমপা ৱাপু॥ নোংপোকনা য়ীতানা সিলনারমপা ৱানে॥ পঙনা হায়হৈতে খঙ্‌চৌঅো॥ লাইরিক আসিতি লাইনা তৌকানো নাথানা মাঙকানি॥কোলিনা॥ পালপা চাহে লিসিঙ ১০০০ চা ৭৪৩কী মাপুংতা পাখংপানা য়ীমথঙপা অোইকানি॥ আয়ামপা লাই খৈপিকনা পোকলাকানি মারিয়াফমপালচানা পালপা কুমনে॥❁॥

---

[১১] চিংনাংখোংনাং:- হায়রিবা আসি কংলাদা হৌবা ক-ৱাসিংগী মানুংদা আরুবা ১নি। খোংনাং আসিগা সাগোম্নাবা পুৱারীগী থৌদোক খারা পনজারাবাদা মাদুদি:- সার চুরা চান্দ মাহারাজ (খৃ:১৮৯১-১৯৪১) গী ম্না হাক্তক্, "সেক্‌মাই লৈভোন্‌গী কুম্‌শক্ ১৮২৯ (খৃ:১৯০৭) থাবানথা ১৬নি থাঙ্‌জদা চিংনাংখোংনাংদা লাইনা লাওএ॥ অদ্রো খুন্‌জাওগী কুম্ শক্ ১৮-৪৪ (খৃ: ১৯২২) কালেন্ থা ২২ নি শগোলশেন্দ চীংনাংখোংনাং মশা ৪ চেক্‌ত্র॥ অদ্রো চাওভম্না চৈথাবা কুম্‌শক্ ১৮৬১ (খৃ:১৯৩৯) কালেন্ থা ১৬ নি শগোনশেন্দ নুমিদাং নুসিং কম্না শিংভুনা কাওবম্ লৈকাইদা কৈথেল্ কাবী থুম্নদা নুপী ২ শিএ অতে খরসু শোক্‌এ॥ শ্রীযুৎনে প্রেসিদেন্ট সাহেব্‌নে কুম্‌দুনা কন্নে।

চিংনাংখোংনাংশু ভুই। উজায় শর্গৌহ নুকোই য়াম্না ভেক্‌এ। ১৮ নি থাংজদা গুনোসিং পণ্ডিৎ অচৌববু শ্রীযুৎনা লৌথোক্‌লে হাইদুনা লাইরিক পীএ মরম্‌দি মহোর হরান্দুনা ৱাইখোংদা পিরমএ। ২২ নি য়ুম্‌শকৈশদা চিংনাংখোংনাং ভুবগী পুজা তৌএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহানবা খুৎনম্ ১৯৬৭॥ অনিশুবা খুৎনম ১৯৮৯, লাইরেনময়ুম্ ইবুংঙোন্ ১শুং নিংথৌখোংজম্ খেলচন্দ্র সিং) লোয়ননা চিংনাংখোংনাং আসি কংলা পাক্লগী মৈতোন্দগী খোংনাং ৱোইনা হৌরক্‌পাগী মাৱোং লাইরেক্ আরেক্‌পা আদু মাখা লমাম ৬৬ হাপ্‌চারী॥❁॥

হায়ি সিতাপানা পালপা লেপকুম চীলনে।। আমাম্পানা ঙালপা।। আঙাল্পানা মমপা কুমচিলনে।। ঝা হায় য়াথং চীল্লেন্ কোল্লোই আফাপা তৌনা চৎআে।। সোইতাপা ঝানে।। ❋ ।। খাতা মৈ আঝাংতা নুঙসিং।। নোংচুপতা য়ীসিঙ ৩ মাকী।। লাংচইনে।। খঙচৌআে।। সমগ্র কাকী।। লিলিকাকী।। থোইতিংনা মাকেরে।। কাপোকনা মাকারাম।। কুরুসিতাপা কুমপানে।। হায়ি কাপানে।। খঙআে।। তাকহৈতাপা খংহৈতাপা ঝানে।। লাইরিক আসি মাতম নৎতাপাতি চৎলোইয়ে।। মাতম আেইরাপাতি।। পলতিংকা লোইনানা চৎনা তাকলাকানে হায়হৈতে তাকহৈতে।। ❋ ।। ❋ ।। ❋ ।।

❦ ❦ হৌচিকতি নুঙলোল ১ হাইকে।। তাউপিরোইনায় কৌপা নুঙনে।। লইনুং হিপোকপী কৌপা নুঙনে।। ২ মাতি। লুমকোলপীতা লৈয়ে।। নুঙ্য়াই পোকপীতি।। য়ুমচাউ মানিঙ লাংমৈ পুঙ্তা লৈয়ে।। নুঙ্ হিরই মানা হিয়াঙ্থাং লাইরেম্মানে।। নুঙ য়াই লইমানা সানা থোঙ্ মাচীলতা লৈয়ে।। নুঙ্ হিকুপীনা মাখৈ লম্তোং পাল্পাতা লৈয়ে।। নুঙ্ য়াইকুপীনা ঝাংখৈ লম্থক পাল্তা লৈয়ে।। নুঙ্ য়াইসানাতি লুম্কোল্পীতা লৈয়ে।। নুঙ্ সাচিপীসুঙ্ লুম্কোল্পীতা লৈয়ে।। নুঙ লাইসানাসুং লুমকোলপীতা লৈয়ে।। নুঙ লাংকাপপীতি মৈরইমা সুঙ ফমতা লৈয়ে।। নুঙ মাঙঝায় তুং ঝায়পী ২ মাতি লোক্তাক্তা লৈয়ে।। নুঙ লৈসং ঙমপীতি নুঙখোং নুঙলাংপী আেইখিয়ে।। নুঙ লৈফোল ঙমপী সুঙ থিলপীতি। চাইরেল য়ুমফমতা লৈয়ে।। নুঙ্ চিংমুকা লইসারাকা ২মাতি লুম্কোল্পীতা লৈয়ে। নুঙ থোইনুনা আরোল নুঙনে।। নুঙ থেরে সুংপীনা ঝাইথৌতা লৈয়ে।। নুঙ মাহুমনুনা সুম সঙতা লৈয়ে।। নুঙ্ মরাংনা চৈরাপ্ মামাংতা লৈয়ে।। নুঙ তোল থাংনুনা খাংপম মাফমতা লৈয়ে।। নুঙ মুতুমতা মাঙতা পাইনা তিখাউ য়াইনাপতি লুম কোলপীতা লৈয়ে।। ১মাতি খমপা য়াংতে নুঙনে।। চৈকৈতা লৈয়ে।। ❋ ।।

❦ চামেল চিঙনে।। হিংঙোল চিঙনে।। সাপেৎ চিঙনে।। চিঙ ৩ মাকি সুম তিল ফমতি।। চিঙমুচিঙচাউকৌয়ে।। সুম সঙনে।। লইপাক

পালপা নিংথৌনা মানা সা লাল হৌরকলাপা সুং।। লাল ফাকে হাইনিং পা সুং লাকপা ঙমতাপা লেম্ফুমাফমনে।। পঙনা হাইহৈতে।। কুরু লইমারেল ২ মাকী মাফমনে।। আসিতা তৌপা ঙমচারাপাদি।। নিংথৌনা সঙকায়তাকী চাত্রা তৌতারিঙৈতা মাফম আতুতা লালফা কাতানে।। লাইফম ৩ মাকী লাংনাপা লাইফম ৩ মাকী লাংনাপা পোংয়াউতি।। লাফু ৩।। লাফোইলাফাং ৩।। ফিরোই আসুপা ৩।। সানা তাংকা ৩ লুপা তাংকা ৩।। নিংথৌনা সেংনাপা ফিরোই ১।। খোং ৩ নুঙফম ৩ মাতা তৌপা লোইরাকা।। সুম সঙতা ফারাপানি হাইতানা নমআে।। পুখম ১ তা নুংচেংতাকী য়ীসিংথননা হাপতানা।। মাতিংতি হ সং র কক্ হাইতানা ৩ লক সোললো।। চমপ্রাপোল্কী মায়ায়তা লৈপানুঙ আচৌপা আতুতাতি।। কুরুসিতাপাকী মাফমনে।। মাফম আসিতা নিংথৌ পুল সিনাপা মাফমনে।। আতুকী পোং য়াউতি নুঙ্চাউমাথকতা ফিরাক ১ থাউআে।। তেং কোং ১মা তায়ীসিং হাপআে।। সানা লুপা য়াউআে লাইপাক নিংথৌ ২ মা তিলনা পালঙমপানে।। মামিংতি হিংহিং তারেংপা কৌয়ে।। ৫ রক সোললো লইপাক নুং ঙাইরে।।❋।। নিংথৌসুং পুলসিপা মাফমনে।। পঙনা হায়হৈতোপা মাফমনে।। খঙআে হে মীআে আরুপা ৱানে।। হাইপা খঙআে নুমিংতি য়িরাইনে।।❋।।⁘।।❋।।

❋ হায়ি হায়াহে।। কোননুংকী লমমিং হাইকে।। তাথিপিকুনো য়েল কাউপুংতি।। খানা চাউপানে।। চাউপ্রী পুঙতি থংচিঙনে।। কোনলোই লইমাতি।। নোংপোকনে।। মানাক মৈরমথংপাতি কাংপোকপিনে।। থাঙ্কম্ পাং থারক্ আতুতি।। লইনুংহিকাপ্পী লৈপানে।।❋।। চৈরাকপকি মমাঙতা লৈপা নুঙ আতুতি।। হুনি তোকঙাননলিপা নুঙ্ আতু তি খমতিঙকোলনে।। সানাথোঙ্ মানুং আৱাংকী চেক্ মায়া আতুতি।। ৱাংপল্ সুৱাইপিকী মাফমনে।। রুত্র লম চঙফমকী চেক পল মায়া আতুতি।। তাইপোং থোঙনে।। সলথোঙ খা পাংনা ফৌকৈকী মানিঙ আতুতি।। নোংপোকক পাল থোইপী কা ২ মাকী ৱাংকোল মাফমনে।। তাইপোংথোঙকি আৱাং পাংপা আতুতি।। খোকনাম চেংনমপাকী মাফমনে।।❋।। নুঙকোইপী য়ৌতারিঙৈকী নুংচেং ফাউপা।। লমপী

আতুতি তেখাউকী য়ুমফমনে।। নুঙকোইপী মারক সাকী আৱাং পাংপা আতুতি।। আৱাং খোংসঙ পানা ফাউফমনে।। নুঙকোইপীকী আৱাংপাংপা তুরেল মাপাল আতুতি।। মোইরাংকী লইসা পুঙনে।। মোইরাংখোমপা কইথেলকী খা পাংপা নুঙপাক আতুতি।। লুফৌফমনে।। নুঙপাক আতুকী মাখা পাংপা নুঙ ১মা লৈপা আতুতি।। য়োইরেলকী সঙফমনে।। আতুকী মাখা আতুতি মাইপাকী সঙফমনে।। আসৈপা লোইসঙতি নোংহুম ফমলমনে।।❋।।

কংলাকী কৌপারুপাংপা চীথেককী নুঙ আতুতি ৱুসোই কারলনে।। ৱুসোইকী আৱাং পাংপা নুঙ আতুতি সলতুফমনে।। সাইপুকী আৱাং পাংপা নুঙ আতুতি।। চীঙখৈপালপা লৈপানে।। নিংথৌনা সলতুপা তালেপফমনে।। কংলাকী মেলকী আৱাংথংপা আতুতি মৈরা চীঙনে।। ☞[12] কুচুতি কুরুনা পাখংপা নঙ নিংথৌ অোইরো হাইনা কুপিরময়ে।।

---

☞[12] কুচু:- আহান্‌বা মিৎয়েং, "কারি ২সু লৈতারিঙৈতা।। আতিয়া সিতাপানা মাহাকতাকী।। নুমিৎ থা থোক্‌হল্‌লে।। লইপাক্‌সুং নোংথৌসুং সেম্‌লে।। ফৈতোম ৪ অোইনা থাইরে।। ফৈতোম ১তা আতিয়া সিতাপানা লাই ১ সেম্‌লে।। মই তই লইপাক্‌তা সেম্‌পাতি।। আতিয়া সিতাপানা আসিপাকা কোল্‌চিল্‌ তুথোক্‌পাকা।। ২মক্‌ তিল্‌নাতানা খুফম্‌ সেমলে ।। কংলই কৌনা স্না থেংক্রুমচীংপু।। নম্‌খাং অোইনা কোল্‌চিলতিং থোক্‌পানা ফমলে।। মামিংতি মীহিংতোংলৈরা মীহিং তোং তে তে নিক্‌ কৌয়ে।। কংলইপুং মায়োল্‌ কৌপাতি আসিনে।। নম্‌খাংতি হংচী য়িক কৌয়ে।। কৌপারু আসিপানে।। আতুকা কংলইয়াথোক্‌ফম্‌ সেমলে।। স্না মি ক্রুম্‌চীং কৌনা কংলই নুংনাঙ পাল্‌ কৌপাতি 'কুচু'নে।।

থেল্‌ আহাল্‌পা সেম্‌পাতি আতুনে।। আতুতা আতিয়া সিতাপাকা।। কোল্‌চিল্‌ তিংথোক্‌পাকা তিল্‌নানা ফমলে।। মামিংতি হংতু চিং কৌয়ে।। আতুকা তাইপং পাল্‌পা আসিতা পাল্‌নাপা সক্‌তম্‌ সেমকে হাইতানা আসাইকি।। আসিপা আতুতা সিল্‌নারে।। থাকী মচীতা কাখিতানা।। মাহাক্‌তাকী সামাতোল্‌ আয়াংপাকা।। সকতম্‌ সেম্‌পা আতুপু মাহৈ অংকো পাল্‌তারীঙৈ।। নেংথংলে নিংথৌ অোইপা আতুনা।। অইনা তৌচাপা আসিপু।। কানা কুম্‌পানা য়ইখাইরাপানো হাইতানা লইপাক্‌কী সেক্‌নিংচীরা ৪ মক্‌তা।। মাকোক থাংখংনা য়েঙ্‌ঙয়ে।। মামিং কোল্‌তে খুরাই তাংপা কৌয়ে।। নোঙথৌকী মাতোল্‌তা।। মামিং পাল্‌মা ৱইনা য়েংপাপু।। ৱরে মামিংতি সোংপু চীরাই তাংপা কৌয়ে।। আসিপানা থাকী মচীতা লৈপা আতুনা থা অোইরে।। মাহাক্‌না লাই আচৌপা অোইরে।। মামিংনা নুমিৎ অোইরে।। থাংচা থঙ্‌চিং কৌনা অইপু তানাতে।। হাইতানা তৌপা অোইরে।। লাইয়িংথৌ অোইপা আতুনা।। নুঙ্‌কেকী মাথক্‌তা কোল্‌মাইসাং আসিপা।। থাকী মচীতা লইপা আতুপু।। পীসাতাউ হাইনা কৌথারে।।"

(থিয়েন লায়াৎ খুৎই)

অনিসুৱা মিৎয়েং:- "পাখংপানা কুচুতা ফম্‌লাপাজা পুল্লৈরোম্‌পানা সিংথায়ে।। আতুকী থোক্‌লক্‌য়ে পুল্লৈরোম্‌পাকী ফম্‌পীনে।। (লাইসারা ফমলোল্‌ খুৎই ১সুং লোয়য়ুৱা সিন্‌য়েন ১৯৭৫, শ্রীখুলেম্‌ চন্দ্রশেখর সিংহ)।।❋।।

খুৎসু খুৎলাই খৈগিকপু ননলিহাইপা খুৎচুকৌয়ে।। খুৎচুকী নোংপোক পাংপা নুঙপাক আতুতি।। খাপানা নুমিৎ কাপনাপা মাফমনে।। কুচুকী তুরেল মাপালকী তুথুপ আতুতি।। য়ুকৌফমনে।। ক ১ মাহৌরময়ে।। কুমসঙ পাংকী তুরেল মাপাল আতুতা লৈপা নুঙ আতুতি।। মংনাউতাকী মোইরাং পাংপা নুঙ আতুতি য়াইচম পাংনে।। নুপী থোঙ্কী খা পাংপা নুঙ আতুতি মোংপা সঙ কাইনে।। মোঙ্পীচিঙ্নে।। নুঙ্পাক আতুতি আওইনুকী চাকোইসাফমনে।।꧁।। মাখা মংলেলথংপাতি।। খুরাই লইমা সিনাইফমনে।। সাপিনা পোইরৈতোলপু কৌথোকঙে।। সাপি আতু মাঙলে মঙলেল কৌয়ে।। সুমতানা থমলে সুম সঙ কৌয়ে।। নুঙচাউ আতুতি কাকলেলনা থাংখৎপা নুঙনে।। মাখাহোপানে।। পোইরৈতোলনা থোকলকপা মাফমনে।।꧁।।

সঙকাইকাকী মোইরাং পাংপা আতুতি।। য়োইমোংপাকা সোরারেলকা কাইব্রায়নাঙে সং সঙনা।। তাইপঙ্ পাল্পাতাকী থুপখিপাপু ।। আতুতা য়ীরৈ ওইনা লৈচিলখিরে য়াউরৈপী কৌয়ে।।꧁।। সঙ কাই য়ুমতাউকী য়িমিঙ চিথেককি।। চিঙখৈ পাংপা আতুতি নুমিৎ য়ুকৌফমনে।। ঙায়েলতি লুব্রাংনাহায়াউসাতানপাকা।। চিঙখোঙ কোইমা নাউকা তাইনারে।। পুঙমানে।। পুমলেলতাইপী পাংনে।। য়ুমচাউকী আব্রাং পাংপা আতুতি মোংপা হাতুমনে।। ꧁।।

খাপাংপাতি নোংহুম সঙনে।। ꧁ য়ুম চাউমামাঙকী নুঙ আতুতি খোং আয়ুংপানে।।꧁।। য়াই লাংনাপানে।। চেঙকুম পাল তোঙকা চিনা তেক তেকপালয়ে।। য়েল খুরৈব্রাল সংপাক ব্রাংকন আকল-পাকা।। পোকলিপী য়াইওো।। কুতেং হাইয়ো হিরাং য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। য়াইলংওো।। কুতেং হাইওো।। হিপোকপী য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। য়াইপোকপী য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। হিকু পী য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। য়ালইমা য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। তেক্পী ওক্লিক্ চঙ্লি য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। কাউরেল সল লক চঙলিয়াইওো।। কুতেং হাইওো।। কাইরৈ য়েল্লক্ চঙলি য়াইওো।। কুতেং হাইওো।। সাকোলসঙ চঙলিয়াইওো। কুতেং হাইওো। সারেল সাতা

চঙালি য়াইঅো। কুতেং হাইঅো।। লেমলৈ ঙাতা চঙ্লি য়াইঅো।। কুতেং হাইঅো থোঙ চিন খললি য়াইঅো।। কুতেং হাইঅো।। মী ফমলেলফম লি য়াইঅো।। কুতেং হাইঅো।। মাঙসোক ফমলিয়াইঅো। কুতেং হাইঅো।। মিপাল লেল তোংলিপী য়াইঅো।। য়ুপাল থোংমাঙতা আপোকপানপা।। তাই চঙমেল চঙনা কেনলোই য়াহাইয়ে।।।।

য়ুমচাউকি কাতি ৯ সুপানে।। মানুংতা খোং ৩ মাকি মাকোক্ লইয়ে।। কা মামাং থংপাতা।। আঙৌপা পুলইরোম্পা লইয়ে।। মানিঙ্ কাতা লূরাং লংমাইপানা লইয়ে।। খোইয়ম্ লংপাইপা আপাল্পা।। তোন্নিংথৌনা।। মায়াই লপ্লেল্ কাতা।। পারিং কারল্ মাথক্তা ফমনা লইয়ে।। পারিংনা খোং ৩মাকি মাকোক্পু নল্না লইয়ে।। কারল্ তাকি নোংপোকপাংনা।। লম ১ মাকা রাংমাকি খোম্ তম্অো।। আতুকি মাপাতা।। ঙায়াল্ লইয়ে।।

ঙায়েল্ আতুতি।। পাখংপাকী কায়াংনে পুরেল্কি লুতিল্ ফমনে।।।। লাইখোংনা কোক্য়ে।। খোং সা ১ মা খাইথাখিপানা।। খোংমাপী কৌনা চংখিতানা।। কাংপোক্পী ফাউয়ে।। মামইনা রাইসেল্ ফাউয়ে। য়ুম্ চাউকি কংলা তম্না।। খোঙ্কাপ্ ৩৭ চংলাকা।। খুংতুম্ ১ কাপ্লেল্ ১ তউঅো।। লাইখোং লইপানে।।

য়ুমচাউকী খালেললম ৬নে।। য়ুম মানুংতি লম ৭ খুংতুপ ১ নে।। য়ুম চাউতাকী সঙকাই লপলেলকা তমনা রোনলো।। মায়াইকী মাপাতা নুঙ্ ১ নৈপানে।। লইপাক্ চাউপা নুঙ্নে।। লাই পাখংপাকী খুতানে নেংপাতি নেংহইতে।। লেঙপাসু লেংহইতে।। সঙ কাইতাকী খাথংপাতা সানা থোংমারিকা।। ২ মাকী মারকতা লাইফম ১ লইপানে।। নুঙ্ আকোইপা ১ লইপানে।। খুংতুপ্ ৩ লুনা লইপানে।। কুরু মাঙাংকা।। মইতিংঙু হোঙনেম য়োই খুলচাউকা ঙাঙনাবা মাফমনে আতুতি রুকুনো রুহাইতে।। য়ুমসাকইসাকী আহিংতা।। আহাউ আথুম্ কংতানা খুরুমঅো নিঙ্পা থুংয়ে।। সঙকাইপুলসিপাতাকী য়োইরাং লাইচি পাংনা লম ১৭

ৰোনথাও।। য়োইমোংপানা সারা লেলপু ঙাকনাপা মাফমনে।। চউহুই পোকপিতাকী খুৎতুপ ৫ তমও।। নোংপোকপাংনা নুঙ আঙাংপা ১ লইপানে।। আতুতি মানুংতা সুঙ লইয়ে।। মাপালতাসুঙ থোকয়ে।। আতুতি নিংথৌ মাফম্‌তা লৈনিঙ্‌তানা য়ীন্‌লেঙ্‌ ২ লেঙমিল্‌নাপানে।। তৌহইতে লেঙ্‌লাপাতি।। য়ীরাৎ পোৎয়াউ তি।। ৰোক মইতাঙপা ১ না লাৎলো।। মুলনা হাইও ফাপানে।। খাপাৎকী লিলথুপনে।। খাপাৎকী মামইতি ঙা হাফম য়ীরেল ফাউয়ে।।

ঙাহাপুংতাকী।। নোংপোক পাংনা লম ১২০ তমথাপা আতুতা ঙাচাপুঙ লইয়ে।। লম ২ মা থুপপা মায়াইতা।। ঙাসা পুং লইয়ে।। সানা আহিংপা পুমা।। লুপা আহিংপা পুমা।। য়েরুমকী মাচিল য়াংখাইতানা হাপও।। তিংথৌ মাপোপ ৩ হাপও।। য়েরুমকী মাচিনতা থিলচিললো।। চেঙ হাপতানা।। ❀ ।। খায়োম লারোল ৩ না য়োমও।। লইপাক খুপোম তমনা তউরো।। ঙানিংথৌ পুহা কারকও।। তাউহহিং হাইনা কোললো।। আতুকা খায়োম লাকও।। য়ীসিং থোকলককানে।। আতুকা ঙাৰোন লাকানে।। আতুপু পীসুম কৌপানে।। পীসুমম নৎতে মাহাকতি কোননুংকী চুপনে খঙও।।

নোংপোককী চুপতি নোংমইপুঙনে।। মাকী নোংচুপ থংপাতা লম ৬০ চৎলাকা পাৎ ১ লইপানে।। পাৎ আতুতি কোননুং কী কোঙনে।। আতুকী নোংচুপ থংপাতা খুরোং লই মালকলইপানে।। আতুতি কাতৌনাতে।। আতুতি লইফম খঙপাকীনে।। মাকী মামইতি কোংপা য়ীরানফমকী।। আৰাংপাংনা নোংচুপ চুপনাফাউরিপানে।। চিঙনাংখোংনাংকী (চিলকাংপম খোংনাংকী) আৰাংপাংনা লাইরেল্‌লাকপম থংপাতা।। লমচাউ ফইনাৰকুথোং লইপাতো কমপোংপুৎকী মালিন্‌নে।। লইয়াউ লইপি ফাউয়ে।। লোকথুংপা চাহি ৩ সুরাপাসিংতি ঙমতারাপাতি।। ঙামু আচঙপা ১ কী মায়াতা।। কোনয়াই আসেঙপা পুমাহাপতানা।। সাকোনসেন নুমিৎ থোকলকপাতা মাই চীংখৈপাংনা খুরুমতানা থাতোকতানে ।। লোককংখুকি য়ীরাৎনে হাইনা খুরুমও ফাপানে খঙও।।❀।।

২ লৈপানে।। খুতুং য়েৎতি মাফম্‌তি অোক্‌সঙতা লৈপানে।। মামিংতি লাইরোংপা কৌয়ে।। নুঙ ২ তি মাচি চীংতা লৈয়ে। আতুতি কুরুনা সল্ অোইপা আতুকী মাচি আনিমক্‌না নুঙ অোইনা লৈপাকী মামিংতি লেঙ সু: কৌয়ে। আতুনা মাইপা মাইপী পেনা আহুমমক্‌কী।। কুরু মাইচৌ আহুম্‌কী লুচিংপা কৌপাতি।। নোংহুম্ সঙ্ লুৱাং কুরু মাচি চীং কৌপাতি মাইপা লোইসঙ্‌পুনে।। য়ীরাৎতি স্না খল ২।। লুপা খল্ ২।। থুম কাকুপ্।। সেল্‌কাকুপ্।। ফিরোই আসুপা।। সংপ্রৈ ২।। আতুকা হংঙোই তাংসাং য়াউনা য়ীরাৎলূ।। আসিতি য়াম্‌না হাইহৈতাপা আরুপা নুঙ্‌নে।। কুরুকী সল্ অোল্‌খিপাকী মাচি আনিনে খঙ্‌অো।। ।।

কুরুকী মামিৎ আনিনা নুঙ্ অোইতুনা লৈপা মাফমতি কংলাকী মানুং চীংখৈপাংপাতা লৈরীপা আতুকী মাথক্‌তা হৈয়ু হইচাংসিতাপা অোইতানা লৈয়ে।। খুতুপ্ ৯ লুনা কুরুসল্‌কী মামিৎনা লৈখিয়ে।। মামিংতি থোক্‌পা মৈনাইপা কৌয়ে।। আসুম্‌না খঙ্‌অো।। আতুকা কুরুসল্ অোইপাকী মানা আনিমানা লৈপা মাফম্‌তি।। মংলেল্‌কী নোংপোক থংপাতা খুতুপ্ ১ লুনা লৈয়ে।। আতুনা মামিং নুঙ্ হুমাই কৌয়ে।। আতুকা মামিং আসিতি আরুপা নুঙ্‌নে।। কাংহৈতাপা নুঙ্‌নে আসুম্ খঙ্‌অো।। ।।

আতুকা মানা ১ তি আঙোম্‌কী মংলেল্‌কী নোংচুপ্ থংপাতা খুতুপ ১ লুনা লৈপানে।। মামিংতি হো হাই কৌয়ে।। আসি হাইরাপাতি থোরক্‌কাতানে খঙ্‌অো।। আতুকা কুরুকী সল্ অোল্‌পাকী লুখম্‌তি নুঙ অোইনা কংলাকী নম্‌খাংতা লৈপানে।। আতুনা মামিং ১তি নুঙ আসুপ্‌পা কৌয়ে।। আতুকা নুঙ্‌চিরেল্‌সিতাপাসুং কৌয়ে।। মামিংসিতি কংলা পুপা নুঙ্‌নে খঙ্‌অো।। মানা লৈপাতি কংলাকী নম্‌খাংতা লৈপা মামিংতি থুপ্‌লিং কৌয়ে।। নুঙ্ আসিতা লাইমিং আসি হাইরাপাতি লাইমু থোরক্‌য়ে।। মানা খোংলাপাতি নিংথৌসিয়ে খঙ্‌অো।। মারম্ ১তি চিরাইথোংকী।। নোংপোক্ লাইচি চীংখৈতা খুতুপ্ ৫ লুনা লৈয়ে।। মানংকল্ আসি লৈয়ে।। মামিংতি তোংতিং লেল্ সাংপা কৌয়ে।। সল্ অোইপা

কুরুপ্ মাসক্ রুকে হাইরাপাতি। য়োংকী মাথক্তা ম্না লুপা হাপ্‌ত্রু।। মামিং মিংথে আসি সোল্‌লু রুপানে।। মাথক্কী মিংখেনে খঙ্‌ওো।। আতুকা কুরু সল্ ওোইপা আতুকী খোংচাপীনা নুঙ্ আঙৌপা ওোইনা য়ুম্চাউ কারল্তা লৈয়ে।। আতুকী ম্নাথক্তা মাঙাংকুরুনা তোংতুনা লৈরীপানে।। খুতুপ্ ৯ লুনা লৈয়ে।। মামিংতি আসিনে ❀ তিক্লিক্ কৌয়ে।।

আতুকা নিংথৌনা সিরম্তাইতা মাফম্ আতুতা ফিরোই আসুপা ২ য়াউনা কৎতুনা খুরুমওো।। সিপা খাম্কাতানে।। সিতাপানে খঙওো।। কুরুনা সল্ ওোইপা আতুকী থোপ্তি।। নুঙ্ আতুকী মামিংতি ❀ নুঙ্ আসুম্পা কৌয়ে।। মাফম্তি সুম্সঙ্তা লৈপানে।। য়ীরাৎ পোৎ লম্তি চেংখাউ ২ ।। ঙা খাউ ২।। থুম খাউ ১।। আসিনা চিংপা পোৎলম্ সুনা লাৎলো মাফম্ আতু লূপাতি খুতুপ্ ১১ লূনা লৈপানে খঙ্‌ওো।।❀।।

❀ আমাতি সুম্সঙ্তা নুঙ্ আতাউপা ১ লৈপানে।। আসি য়াউনা লাৎলো।। আতাউপা নুঙ্ আতুকী মামিংতি ❀ সংসু কৌয়ে।। আতুকা আরুপপাকীতি সাকী য়ীনানে।। ঙাকী য়ীনানে।। আসিনা লাৎলু নিংথৌ সিকাতাপা লাংফম্ কোক্‌য়ে খঙ্‌ওো। খুতুপ ২ লূইয়ে।।

আতুকা ওোক্সঙ্তা কুরুকী নুংসংনা ওোইপা নুঙ্ ২ খুতুপ ২ লুনা লৈয়ে।। নুঙ্ আতুকি মায়াইতা হইপোং পাম্পী সিতাপা ২ হৌরিয়ে।। মাফম্ আতুতা কপ্‌ত্রেং ২ লৈরিয়ে।। মামিংতি ❀ কুরুকী নুঙ্পংনা ওোইরক্পা নুঙ্ নাহাক্না ওোইপানি হাইতুনা সোল্তুনা তক্রু।। মারাই চংতাপানে খঙ্‌ওো।।❀।।

❀ আমাতি মিরুপ্পুঙ্তাকী আরুপ্পা নুঙ্ ৭ লৈপানে।। আসিতি সেললোই লংমাইচীংতাকী পাইরক্‌য়ে।। মামিংতি ❀ পাইখু কৌয়ে।। আতুকি নুঙ্ ৭ য়ীরাৎপাতি লংমাইথেম্তাকী চেংনে।। আঙোম্তাকী থুম্নে।। আরাম্পম্তাকী ঙানে আসিনা থোংতিনে।। আরাম্পম্তাকী খুপ্পা সামুচীংকী কাসল্তা তাখ্রে।। মামিংতি ❀ পাইলং কৌয়ে।।❀।।

খাখোং য়ীরেল্তা নুঙ্ হল্লক্তুনা লৈয়ে।। তিয়াউ মৈমানে।। তি ঙসৈমানে।। ১ তি সেল্লইমানে।। ১তি সামুলইমানে।। ১ তি মৈমানে।। ১ তি মৈরইমানে।। ১ তি ফিরইমানে।। মামিংতি থুপ্লেংচি কৌয়ে।। লইপাক্ আসিকী পোৎচৈ পুমনামক্ তাংলম্পা আতু।। হোঙ্হল্লাকে হাইরাপাতি আচা আথক্ সুনা হাপ্তুনা।। মামিঙ আসি সোল্তুনা খুরুম্চৌঅো। হোঙ্পা ঙমপানে খঙঅো।। ।।

লাইখোংকী নোংখ্রং য়ীরেল্তা নুঙ্ ৫ লৈয়ে।। আরুপ্পা ঙাক্নে।। আতাউপা নৎতেয়ে।। মামিংতি খালেল্ কৌয়ে।। কুরুনা স্নাচীং মাতোল্তাকী সল্ অোইনা তাউথারকপাতা কুরুমচীংতা পাইরকয়ে।। মীকী লইপাক্পু লোইচল্কে হাইরাপাতি।। য়ীরাৎ পোৎচংতি লাসিং মারুতা মামিং আতু সোল্তুনা মৈ থাউঅো।। লোইচল্কাতানে খঙ্অো।। ।।

১ তি মারোংখোংকী য়ীরেল্তা।। সারারেলকী মাচা হেলোই ৭মক্না নুংথিলনা নুঙ্ অোইয়ে।। আহিংনা মীঅোই লাইঅোইনানা অোইরাকা লৈঅো হাইতুনা লৈয়ে।। আতুনা মামিং নিংকক্ নিংকক্ খোম্পী কৌয়ে।। য়ীরাৎতি সিংপোৎ ৭।। হইপোল্ ৭।। খামেল্পোল ৭।( ফিচংখল্লাকা হাইরিপা পোৎলম্সিং আসি খৈপিক থাউঅো।। আতুকা লাইসিং আতুকি মামিং আসি হাইঅো খুরুম্অো।। নিংথৌনা লইমানা সিরাকাতাপা সিরোই।। আনা আয়েক কোক্কানি খঙ্অো।। ।।

১তি আহল্লুপ্ সঙ্কী চাপুক্তা নুঙ্ ৫ লৈপানে।। আতুতা লৈরীপা নুঙ্ আতুতি।। লাংকোল্ লুখোইনা কুরুলোক্তাকী লৌরুপা নুঙ্নে।। চিংথাংলাইরেম্মানা পাইখ্রাকে তৌরুপা মাফম্ আতু মাফম্তা ফুম্তানা থম্য়ে।। পাইপা তোক্য়ে।। মামিংতি কপ্সু কৌয়ে।। ।।

১তি আহল্লুপ্ সঙ্কী চাপুক্ তা নুঙ্ ৩ লৈপানি।। আতুতি থোঙ্ঙাক্ লাইরেম্মাকী ফিরোইনে।। নিংথৌ খাকেমপানা সিতুনা খাংলেল্তুনা লৈরাপাতা।। লাংকোল্ লূখোইনা চীংমৈরোংতা ঙাইতুনা খাকেম্পাকী মাথাৱাই মামি আতু ফায়ে।। নিংথৌ খাকেম্পা হিংয়ে।।

লাইরেম্মাপু ফাতুনা মাতু অোইয়ে।। মাফি মুল্লাপাতা মায়াই য়ৌরক্পা আতুতা নুঙ্ অোইখ্রে।। মাফম্ আতুতা লুপ্খিয়ে।। মামিংতি ফালোই কৌয়ে।।

আতুকা পাউতাক্ হিতেন্তা নুঙ্ ৭ লৈয়ে ।। নুঙ্ কী মামিংতি মিমোসা কৌয়ে।। কুরুপু মাচা আতোল্পা পাখংপানা।। সল্ লোক্পাতা সম্তিংতা হৌপা আতুনা মাংফাতাপা নুঙ্ অোইতুনা লৈখিয়ে।। মামিংতি সংকেল্তোংপা কৌয়ে।।

পিসুম্চীংতা নুঙ্ ২৯ লৈপানে।। আতাউপা আরুপ্পা।। আসিপা।। কুরুকী লাংঅোল্না অোইখিপা নুঙ্নে।। মামিংতি খোংতাউলেল্ কৌয়ে।। য়ুহারাহাপা মাফমনে।। মাফম্ আতুতা লাইমিং আসি হাইতুনা অং কং নিক্ নিক্।। হাইনা খোংনা নিক্অো।। য়ুহারা হাপানে খঙ্অো।।

১ তি কুরোল্ তৌপা লাইনা নুঙ্কী মাসক অোইতুনা ।। হাউপম্ য়ুম্ফমকী তুরেল্ তোরৈতা নুঙ্ অোইতুনা লৈয়ে ।। আসি লৈরীপা আসিতা কুহোল্ তৌকে হাইরাপাতা নুঙ্ আতু পাইখৎতুনা তাউপানে।। নুঙ্তো খুতুপ ৫ লুনা লৈপানে।। মাফম্ আতুতা য়োৎকী পোল্সুম সাতুনা রুপ্অো ।। মামিংতি রোরিং কৌয়ে।। আসি সোল্লু ক্রুহোল্ তৌপা খাম্নাপানে আরুপা নুঙ্নে খঙ্অো।।

১তি য়ুমচাউ লাইরেম্মাকী য়ুমকী লপ্লুতা খুতুপ্ ৩ লুনা নুঙ্কী তারেঙ্ লৈপানে।। লইমারেল্ সিতাপীনা তারেঙ্ সিল্নাইয়ে।। লৈ লৈথোক্লক্পাতি লইপাক্ তাক্য়ে।। তারেঙ্না লৈসিললক্পাকি মাখোল্ তারাপাত্তি। লইপাক্ নুংঙাইয়ে।। মাফম্ আতুতা লাইমিং আসি সোল্লো পিৎ পিৎ হাইনা সোল্লূ।। তারেঙ্ নাইপা মাখোল তাকাতাপানে খঙ্অো।।

১তি সঙ্লাংমৈতা।। সম্পুম্লেল্ কৌপা নুঙ্ আনি লৈপানে।। সল্কুময়ে।। খুতুপ্ ৩ লুনা লৈয়ে।। মামিংতি লে লং কৌয়ে।। লৈপানে

কোননুংকী আৱাংকী চীংখৈ পাংপা কাচলতাকী।। য়ুম চাউপাংনায়েংপাতা লম ৩৬ ৱোনসিললকঅো।। লইপাক খুতুপ ৬ লূনা তৌঅো।। নুঙ আকোইপা ১ লইপানে।। সরারেল আরিপা ৩মাকী ফমপিনে।। নুঙ্ মাখাতা সানা সঙ্কাই লইকাতানে।। আতুতি মাফমতা নৎতানা তাকলাপাতি।। লেপনামক নুমিৎ ৬ নিতা কইনা চাকাতানে খঙ্অো ।। খুমুকতি কেক্রুপাননে।। আতু তা সুঙ নুঙ ১ লইপানে।। ২ মাকী মাপাচুমঅো ।। মায়াইতা লাইখোং লইপানে।। কেক্রুপাৎতা নিংথৌ মাপুথিপাকী লউ ।। মাচা ২ মকনাকুমপা লউফম লইয়ে।। আতু সুং লম খঙনাপানে কাতৌতে।। চিঙ্মইরোংতি চুপনে।। লমমায়াতা চিঙ্মইরোং মাখা য়িরোঙ্ মাপাল্তা পুং আতাউপা ১ লইপা আতুপু চুপ কৌয়ে।। কাপো লইকাইকী খুল লকতা লইনা ২ চেনপাখোংতি মাখীকি খোংসানে খঙঅো।। পোৎসঙপা সঙলাংমইকি মেলতা লৈপানুঙ আতুতি লাইয়িংথৌ খাকেমপানা।। আহল লুপ লাইফমপু পুহলপা নুঙনে।। মাফমতি আয়াংলমতাকী চীংতাইতাকী পুহলপা নুঙনে।। খাফম লোইসঙ্তা লৈপানুঙ্তি ঙাংঙোইনালপা সাফাপানা খাপম লাক লাপাতা।। নাহারুপ খাপম্না লইমালাঙতাকী পুপানুঙনে।।

কেক্রুপাৎতা লৈপা নুঙতি চারাইরোংপানা থায়োং মারুতাকী পানা ৪ মাকনাপুপা নুঙ্নে।। চৌরাপ সুমমাংকী সানাথোঙ।। মায়াতা লৈপানুঙতি।। পাখংপানা পাউতাক হিতেলতাকী।। থাংখৎতনা।। চীঙ্চেংনারল পাংকলপাপু নলপা নুঙনে।। নুঙচেংতাকী নুঙতি কুরু সিতাপাকী মারূনে।। নুঙকোইপীতি কুরুকি মামিৎনে।। আঙোম পুলইরোমপা পোক্পাকি নাউফমনে।। থাৱালমীচাক্ নিংথৌ তুরেলনা পাল্লপানে।। মাকি য়ীলাৎপাতি।। সল্ য়োংমালপীকি মাথিনা চাতি ১ সাতানা থাউমই থাল্লো।। কুমসিকী হই আনৌপা কুম্চিন্কী লৈ আনৌপা আঙলপানা লাৎলো।। তৌপাতি নঙনা পোকপা নুমিৎতা তৌঅো।। মাফম থোনপানে।। লাইফম্ আসিতাকি।। পাখংপা সেক্পিলথোকপানে।। মামিংতি কুপতারেঙ সেল্তালেঙ কৌয়ে।। লালফম্ থুখাইপা ঙমপানে।।।।

হৌচিক্তি কংলইকোনুং কংলাকী নুঙ্লোল থমপাল্ হাইরক্কে॥ তাইপং পালপাকী মাপু॥ অোইপানা লইসেম্পা কুরুপু॥ য়ীখুৎ ১০ মক্না লোন্নাতুনা॥ খুরুম্চারক্কে তাথিপীকুনো॥ আসুম খুরুম্লাপাকা খোইয়ুম্ সিতাপা॥ মাসাঅোল্ কুরু মাইচৌ ৫ মক্পুসু খুরুমচারক্কে॥ আসুম্না খুরুম্লাপাকা॥ আমাতি লইমারেল্না লাংঅোল্ অোইতুনা নুঙ্পোক্পা॥ কুরুনা লাংতাই ১ অোইতুনা নুঙ্ সেম্পাকী॥ ৱারম আচেৎপা খৈপিক্মক্ হাইচারক্কে॥

মীপু পোং কৌপা আতুনা নুঙ্পু তাইকে॥ লমপুসু তাইকে॥ কুরুমচীংকী মাতোল্তাকী॥ সল্ য়োংমাল্পীকি মাসক্ অোইরাতুনা॥ তাইপং পাল্ সিতাপাকী মাপু কুরুনা তাউথারক্য়ে॥ আতুতাকী স্নাহল্কা॥ আমাতি মানাউ পাখংপাকা॥ আনিমক্না লোক্য়ে॥ আতুকী মাফম আসিপু লোক্পাচীং কৌয়ে॥ আতুকা মামৈ আতুনা কুচুকি নুঙকোইপী অোইরায়ে॥ আতুকি মামিংতি হুহা কৌয়ে॥

মামিং আসি মাফম আতুতা হাইরাপাতি॥ খুম্কাতাপানে॥ খুম্লাপাতি নুঙ্কোইপীকী নুঙ্ আতুনে॥ ৱাক তোংফম্কী মাফমনে॥ আতুম্পা আতুনে কংলা চৎলমতা॥ থারিপা নুঙ্ ২৭ মক্না মাফম্ আয়াম্পাতাকী লাক্পাকী ৱারম্ হাইকে॥

আঙৌপানা মায়েক য়েক্লিপাতো॥ লংমাইতোলোংপাকী নাখাংনে॥ মামিংতি লিরী থৌ কৌয়ে॥ মাখাকীসু আতুনে॥ আমুপা মায়েক য়েক্পাতো ৱাংপারেল্কী লুখম্নে॥ মামিংতি তোং তুং কৌয়ে॥ মাথংকী নুঙ্ খুতা আতুতি ৱাংপারেল্কী লাইপক্নে॥ মামিংতি সুপা কৌয়ে॥ মাথংকি নুঙ আতুতি॥ নুঙ্ আৱাউপানে॥ পুলৈরোম্পাকী খোংনম্নে॥ মামিংতি কপ্সু কৌয়ে॥ আতুকা মাথং ৭ মক্ আসিতি॥ লাইরেলমা ৭ মক্নে॥ পাখংপাতা আহিং নুংথিল হাংতানা থৌকললিয়ে॥

মামিংতি লেং লেং খোম্পী কৌয়ে॥ নোংসাপাকী লাইফম্তা নুঙ্ ২ লৈপানে॥ খুতুপ ৫ অোললাকা লৈপানে॥ মামিংতি নুং সু

কৌয়ে।। আতুকা চৈরাপ্ সঙ্কী কারল্তা।। নুঙ ২ লৈপানে।। নুঙ্ ২ আতুতি কুরুকী চিল্পালনে।। আতুতি সেল্কী কাচপ্নে(কাতিনে)।। আপাইপা নুঙ্তি আসিনে।। আতুনা চৈরাপ্না ঝায়েল তৌপাতা।। ঝায়েল্ চুম্ত্রাপাতি মাফম্ আতুতা খুরুমঅো।। লইপাক্কী ঝায়েল চুমপানে।। সলথোংতা নুঙ্ আরুপ্পা ২ লৈয়ে।।

খুতুপ্ ১ লুনা লৈপানে।। ঝায়েল তৌপা নুঙ্তি আতুনে।। নিংথৌনা মাপুক্ চুম্ত্রাপাতি।। মাফম্ আতুতা আথুম্ আহাউ।। কংতুনা লাইমিং আসি লিঝাসং হাইনা কৌয়ে।। খুরুম্চৌঅো, নিংথৌ মারিল চুমপানে।। থোংকি মানুং থোংতাফম্তা।। চাফুকী মাঅোং মাল্পা নুঙ ১ লৈপানে।। মামিংতি খাল্চু কৌয়ে।। আতুকা কুচুকী নোংপোক্পাংপাতা।। লইনুংতা খুতুপ ৫ লুনা নুঙ্ ২ লৈপানে।। য়েল্পাক্কী মাসক্ মাল্পা নুঙ্নে।। মামিংতি মুপিলেং কৌয়ে। খ্বাই নুংচেংপা পীপানা।। নুমিৎ কাপ্ঙৈতা লিরুংনা অোইখিপা অোন্খিপা নুঙ্নে।। লালমী থোংতা লৈপানে।। খুতুপ ৫ অোল্লাকা লৈপানে।। মামিংতি লোংপা কৌয়ে।। আমাতি চৈরাপ্কী নোংপোক্ থংপা সঙ্পুক্তাকী।। খুতুপ ৭ অোল্লাকা নুঙ্ ২ লৈপানে।। মামিংতি লেপ্পা কৌয়ে।।

চেক্থোংতা লৈপা নুঙ্ ১ তি।। হায়িঙৈতা কুরুনা চীংঙা পিসুম্না পাইরক্ঙৈতা।। চীংখৈনিংথৌনা মাহাক্কী চৈসুনা থিল্খাইঙৈতা।। তাহৌপানে আতুতাকী খ্বাই নুংচেংপানা তেল্কাপ্লম্ তাইতা।। লৌরুতুনা মাহাককী মাখোংনা নেৎনৈয়ে।। মামিংতি সিপাক্পা কৌয়ে।। ১ তি তাল্য়েফম্কী সল্থোংতা নুঙ্ ২ লৈপানে।। খোংপানে খুতুপ্ ২ লুনা লৈপানে।। আতুকা নোংচুহল্কে হাইরাপাতি মাফম্ আতুতা খুরুমঅো চুপানে।।

নুংচেং মাপাল্তা নুঙ্ ২ লৈপানে।। হৈরেম্ খুল্চাল্ তাকী কুরুনা লৈমিমকে হাইরুতুনা লৌরুপা নুঙ্নে।। কোইরিপা নুঙ্ আসি নাউ লাইফম্ আসি পু তাউখৎলে।। হাইতুনা নুংপিকী নাউফম্না নললিয়ে।। মামিংতি কোক্সং কৌয়ে।। আসি হাইরাপাকা খোংপানে।।

আতুকা নুংচেংতা নুঙ্ ৬৪ লৈপানে।। মাতুতি নোংপোকনিংথৌনা পাল্‌থোইপীপু লৌঙেতা।। হইচিং পুরক্‌পাতা পুহেতে।। হাইতুনা লাইয়াম্না নামুংঙী হাইতুনা কুরুনা লোইনা নুঙ্ আেল্‌লো হাইনা চৈরাগ্তা নুঙ্ আেল্‌খিপানে।। মামিংতি লেং লেং খোম্পী কৌয়ে।। কুরুনা নাপা নামাসুঙ মাফম্ আসিতা নুঙ্ আেইতুনা লৈয়ো হাইরে। হায়েং খুতম্ তৌকে হাইরাপাতি খোংআে।। নোংথিলতি মংনাউতাতা নুঙ্ আেনতুনা লৈয়ু হাইখিয়ে নিংথৌনা আৱাপা ফংলম্ তাইতা।। হূই আেল্‌তুনা তোইনা খোংআে।। নিংথৌ সিকা তাপানি হাইপা খংসুনো য়ীরাৎতি-চাফু ২ তা সা-ঙা থোংআে। নিংথৌকী ফিরোই ২ য়াউআে। মামিংতি হুই হুই কৌয়ে।। আসি হাইনা সোল্‌তুনা মংনাউতাতা লাৎলো।। নিংথৌ সিতাপানে হাইপা খঙ্‌আে।।।।

য়ুমচাউলইমাকী সঙ্‌কাইতা নুঙ্ ১ লৈপানে।। নুঙ্ আতুতি থাংচীংনে।। মামিংতি স্না স্না কৌয়ে।। সল্‌থোংতা ঙাকয়ে।। আমাতি চীংখৈতা চীংখৈনা ঙাকয়ে।। মামিংতি মীহিং কৌয়ে।। আতুকা আৱাংতি কৌপারুনা ঙাক্‌য়ে।। মামিঙতি লাইলোংপা কৌয়ে।। আতুকা য়ুম্‌চাউ তি য়ুম্ চাউকী কারল্ মায়াইতা য়ুম্‌চাউ লইমাকী মাফমনা খুতুপ ৭ লুনা নুঙ্ আেইতুনা লৈরীপানে।।

মামিংতি ফম্ ফুম্‌রেং কৌয়ে।। আসিতি স্না লুপা কোরি মীসি।। ফি আঙৌপা আমুপা আসংপা হিকোক্লে।। হইলৈ কাপোক্ আথুম্পা আহাউপা কৎলু।। য়ুম্‌চাউলইমা থোরককা তাপানে।। আতুনা য়ুমচাউকী মৈ হৌফম আতুকি ফুংকাতা।। কুরুকী খুচিল্‌না নুঙ্ আেইতুনা লৈরীপানে।। কুরুনা সল্ আেইরিঙৈকী খুমাং য়েৎকী খুচিলনে খঙআে ।। খুতুপ্ ১ কী পাল্‌তম্ লূনা লৈরীপানে।। মামিং থোংকল্ কৌয়ে।। ৱাহৈ আসি সোল্‌লাপা হাইরাপাতি।। সল্ আেইনা লাক্‌কাতাপানে খঙআে।।।।

আমাতি হইপিরোক্‌কী সায়ুরৌআে আতুকা হৈ হাইনা সোল্‌লু সল্‌কী খুৎতুং থোক্‌পানে।। আেইকী খুচিল্‌না আসাইকী চিথেক্‌তা নুঙ্

য়েংঅো।। ক্কানি নিংথৌকী সল্পোকপানে॥ লাইরাপানা য়ীনাক্খুলকে হাইরাপাতি মাফম্ আতুতা আথুম্ আহাউ কৎতুনা খুরুম্মু সোইতানা য়ুম্নাক্ খুল্কাতানে খঙঅো॥ ॥

হিতাক্ফাল্পা লোইসঙ্কী য়ীসিল্ফম্তা নুঙ্ লৈয়ে।। মামিংতি নুংলাইতাং কৌয়ে॥ খুতুপ্ ৩ লুনা লৈপানে॥ মানা পোক্পা মচাতি ব্রাক্রম্পলথোংতা নুঙ্ ৭ লৈপানে॥ মামিংতি কপ্সুলোংপা কৌয়ে।। খুতুপ্ ৪ লুনা লৈয়ে॥ আতাউপা নুঙ্ ৫ নে॥ মামিংতি চেংচা কৌয়ে॥ আব্রাপুঙম্কে॥ হাইরাপাতি ক্রচিকী মাক্রল্তা চাক্ নপ্তুনা কৎলু ॥ আতুকা আব্রা লাল্ য়েক্নাপা ঙম্পানে॥ ॥

[১৩] কোংপামারুতা নুঙ্ ৩ লৈপানে॥ মামিংতি লোং লোং কৌয়ে॥ মাসক্তি আঙৌপা নুঙ্নে॥ খুতুপ ৩ লুনা লৈয়ে।। য়ীরাৎতি আঙোম্নিংথৌকী ফিরোই আসুপানে॥ স্নানে॥ লূপানে॥ সানে॥ ঙানে॥ লাফোইনে॥ চুনে॥ ক্বানে॥ হইনে॥ কাপোক্নে॥ কৎলু লোইথারাপাতা লোইকারক্পানে॥ ॥

১তি মারোংখোংকী য়ীরেল্তা নুঙ্ ৩ লৈপানে॥ মামিংতি মীরেন্ খোম্পা কৌয়ে।। খুতুপ ৫ লুনা লৈয়ে॥ আতুনা ফম্নাইকে॥ ফিতা ফমকে॥ ১ তি লাললোইকে॥ নিংথৌপু চান্হল্কে॥ মুক্না লমচেল্ থোইকে॥ হাইরাপাতি মামিং আসি হাইতুনা স্নানে॥ লূপানে॥ কোন্য়াই হুল্লো॥ নিংলিপা খৈপিক্ থুংপানে॥ মারম আসিনা কংলই কোনুং কংলাকী নুঙ্লোল থম্পাল আসিনা লোইরে খঙঅো॥ ॥

হৌচিক্তি কোল্থৌচম্ য়ুম্ফমতা নুঙ্ ১১ লৈপানে॥ আতাউপা

---

[১৩] কোংপা মারু:-কংলা কোনুং, নোংপোক্ হিংখোলগী, লাল্লুমথেল্ ১সুং য়াইঙহিংখোল্ আনিগী মারক্তা লৈবা লাইকোম য়ীকোন আমানি॥ চীংনাংখোংনাংগী মাখা সল্থোং লোম্ খোইরপ্ লৈবা মাফমনি॥ কংলা নোংসাল মেপ্তা য়েংবীয়ু। । আতোপ্পা ১ না চীংনাংখোংনাংগী আব্রাংলোম্ থংবাদা, মারোংখোং ১সুং খাখোং আনিগী মারক্তা লৈ॥ ॥

নুঙ্ ৩ নে ।। আতাউপা আতুকি মামিংতি ✱ লেংপা কৌয়ে।। মারোল্ লোপাপু ঙম্কে হাইরাপাতি।। মাফম্ আতুতা ফিরোল।। মা লুপা আথুম্ আহাউ কংলো।। মারোল্লোলপা সাকৈপু ঙম্চা কাতানে।। আরুপ্পা নুঙ্ ৫ তি খুতুপ্ ৩ লূনা লৈপানে্। মামিংতি ✱ নোংতিংলে মৈ নাইপা কৌয়ে।। মারম্তি আব্বাপু ঙম্পা নুঙ্তি আসিনে।। য়ীরাৎতি খাংকা কাপোক্পোল্ ৭।। কুল্ মোরোক্সি ৭।। হংঙোইপোরোপী কী মারুল্তা হাপ্তুনা।। য়েল্ মারুম্তা সোল্তুনা থুকাইয়ু।। আব্বাপু লাল্ঙমকাতাপানে।। ✱ ১ তি য়াইখোম্পুঙ্তা নুঙ্ ৪ লৈপানে।। খোংহাম্পাৎ তাকী পাইরক্পানে।। নুঙ্ আতুতি খুরাইকী লাইমাইপানে।। ফুন্নম্পা নুঙ্নে্।। খূরাইপু চাউহলকে হাইরাপাতি।। হামেং থোংতুনা লাৎলু চাউকাতাপানে।। ✱ ১তি খুরাইপুঙ্তা নুঙ্ ৭ লৈপানে।। য়েলমাসোংমালপা নুঙ্নে।। থোংঙারেল্না য়েল্ আোইখিপানে।। মানা খোংলাপাতি লইপাক নুংঙাইপানে।। ✱।। ✱ ।।✱ ।।

✱ হৌচিক্তি কংলা মানুঙ্ য়ীরাৎ হাইরক্কে।। তাইপঙ্পাল্পাকি।। মাপু কুরু লইমারেল্ ২ মাপু।। য়ীখুৎ ১০ মানা খুরুম্না য়ীচারক্কে তাথীপীনো।। কুরুকা লইমারেল্কা ২ মানা নুঙ্ ৭ পোক্য়ে।। নুঙ্ ৭না নুঙ্ ৬৩ পোক্য়ে।। নুঙ্ ৬৩না নুঙ্ ৩৬৬ পোক্য়ে।। নুঙ্ লাইহুয় য়ীরাৎ হায়রক্কে। সারাক্ থোঙ্তাকি খুতুপ্ ২ মাখায়কি মাতম্তা।। চৎলম মায়াতা নুঙ্ ১ লৈপাতো।। পাউতাক্ নুঙ্নে মাখাতা মেল্তে নিংথৌ সারাপা নল্লীপানে।। কংলা।। লোইরেল্।। ফালতোল্ ৩ মাতা।। হইরুক্ পাল্না তাঙ্কা থাআো।। থাউমই থাল্লো।। নুঙ্ আতুতা পাউতাআো খঙ্পানে।। ✱ ।। ✱।।

ব্বারম্ ১ সুঙ্ হায়কে।। কুচুকি মোইরাংপাংনা।। খুতুপ্ ৩ কি মাতৃমতা।। পাউতা পুঙ্ লৈপানে।। মাকি য়ীরাৎতি খুতই ১।। হইরুক্ ৪ ।। পাল্না তাঙ্কা ৪ ।। থাউমই ৪ ।। কোন্য়াইপু ১ ।। লইপাক্তা খুপোম্ ১ লুপা।। খুপোম্ ১ পাক্পা।। তউতানা য়ীসিংথল্না হাপ্আো।।

কোন্য়াই হুললো।। আতুকা তাআো খঙপানে।। ❋ লায়মিংতি।। হুইতে হুইতে হুইতে।। হোইরউনা কে নে নে।। হায়না সোল্লো ।। ১সুঙ্ হাইকে বুত্রাকি আৱাং লায়চি পাংনা।। খুতুপ ৫ কি মাতম্তা।। পাউতা পুঙ্ লৈপানে।। মাকি য়ীরাৎ পোৎ য়াউতি।। লাফোয় লাফাং চঙ্ থোক্পা ১ ।। ক্বামাতোন্ চোংপা ১ ।। পাল্না মানা ৭ ।। লৈসং ১ ।। খোইরু থাউমই য়াউনা তৌআো।। নুঙ্ মাথক্তা লাংথারই মাপোপ্ ৩ থাআো।। কংলা।। লোইরেল্।। ফালতোল্ ৩ মা খ্রুমআো।। আতুকা নাকোঙ্ রুপ্না তাআো।। চাৱা।। কুং ২ ।। ঙুরুঙ্ ২ ।। য়ায়া।। মাখোল্ তাপানে খঙ্আো। মাখোল কন্না তারাপাতি।। লাল্ফম্ থেংলায়ে।। য়ৌতারাপাতি।। য়ৌতারে।। সেন্না য়ৌরাপাতি্। সীরায়ে পাউ তাকি ৱাতি আসিনো খঙ্আো।। ❋ ।।

লাল্লাক্কানি লাক্রোই খুতম্ য়েংনাপাতি।। তমরেল্ ৯ মাতা য়েংকানি।। পোৎয়াউতি।। খুতই ১ ।। লাফোয় চঙ্থোক্পা লাফাং ১ ।। লৈসং মারোং ১ ।। ক্বা মাতোন্ চোংপা ১ ।। পাল্না মানা ৭ ।। কোন্য়াইপু ১ ।। চুকক্ ৩।। হই মান্ম নাইপা ১ ।। তেংকোৎ ১ ।। থাউ আহিংপানা তেংকোৎ থন্না হাপ্আো।। ফিনা চুম্আো। লানা খুমআো।। হে খুললইমা (কাললিকা) লাইরেমমা।। নামিংতি।। হিংসানা খুল্লইমা হিংচী কৌয়ে।। লাইরেমমা নংনা খুতম্ পীআো।। হাইনা সোল্আো খঙ্আো।। য়ীথাংলাপাতি মীসিরোইয়ে।। মুনা লৈরাপাতি মাকিসুং সিয়ে।। অইকি সুঙ্ সোক্য়ে।। সেংলা পাতি লাল্লাকাতে হাইপা খঙ্আো।। মীসিঙনা সুং য়েংআো।। তেংকোৎতি খুমল্নানা মিসি।। চেংলৈনা পীথারাই।। লুৱাংতা সেল্।। আঙোম্ তা লুপা।। নিংথৌচাতা সানা।। ঙালপাতা কোরি।। খুয়োল্থেম্তা কোন্ঙৌ।। মোইরাংতা থাৎতু।। খাপাতা য়োৎ।। আসীনো খঙ্আো।।❋ ।।

ঙম্নাপা য়ীরাৎতি।। থেল্ ৯ মাতা তৌকানি ।। লালমী য়ান্কানি পোৎয়াউতি।। লাফু ৪ যুংআো। খুতই ৪ য়েৎলো।। হইরুক্ ৪ ।। পাল্না তাঙ্কা ৪ ।। খোইরু থাউমই ৪ ।। ফিরাল্ ৪ ।। কোন্য়াইপু ৪ ।। পোৎয়াউতি

আসিনি।। লাইমিংতি।। ❦ মিরুতুপ্।। মি নাক্তুপ্।। মিরেল্ তুপ্।। নামিৎ মমওো।। না মাই মম্ওো।। থুমিৎতাং।। থুয়াতেক্।। হাইলাল্থুরউ।। লাল্সেংলেং।। লাল্তীকাঙ্।। হাই মাপা থাংতি( কোংয়ীপা।। মাপু থাংতি চীরাইপা।। সানামিরাক্ থাং।। ঁহায় স্ত্রিঁ স্ত্রি স্ত্রিঁং ঁহায় স্ত্রি অংকা মিরেল্তু ঁপৎ ঁহায় অনচি হায়ি হায়ি কৌয়ে।। মামি কৌতানা য়াললো।। লাল্ফম ঙমপানে।। লাফু ২ য়ুংকা তাপাতি।। মংলক্তি ২।। চুঙ্ য়াল্ফম সুঙ্ ২ নে।। সানাথোক্লেল্সুঙ্ ২নে।। থেল্তাতি ১ নে।। থেল্ আহালপা তা সুঙ্নে।। মংলেল্তি ৩ নে।। নুঙকোইপীতা সুঙ্ ৩ নে।। আতিতা ৪ নে।। লাইনিঙ্ তি ১ নে।। পোৎয়াউসুঙ্ ১ তানে হাইনা খঙ্ওো লালমী য়ালফম্তি ১৩নে।।❦।।

লাল্ফম্ ঙম্পা য়ীরাৎ হাইকে।। ❦ খুল্পী নুঙ্ থোঙচীঙ্।। চেং চা লাল্লু থেল্ কৌপাতি।। হুইথোংহাউচীঙকি লাল্ঙম্কে হাইরাপাতি।। মাফম্ আতুতা ফিথা ১ থাওো।। নিংথৌকি ফিরোই আসুপা ১ হাপ্ওো।। সানা সল্ ১ লুপা সল্ ১ হাপ্ওো।। লাফোই চংথোক্পা ১ হাপ্ওো। লৈসং ১।। হইমানম নাইপা ১।। চুঙৌ।। ক্বা মাতোন্ চোংপা ১।। চেং লৈ। কোন্য়াই য়াউনা লাৎলো।। লেপ্না ঙম্পা লাইমিং তি।। ❦ খিং, খিং সানা সিঙ্সুপা।। খিং খিং সানা সিঙ্থাপা।। লাল্ আসি সিঙ্নম্ সিঙ্ থাপিওো।। অইনা ঙমচাকে মামিংতি।। খিং খিং সানা মিৎ মারুমায়য়ে মি হিংচী কৌয়ে।। আসি সোল্ তানা লাৎলো।। ঙম্নাসিপানে খঙ্ওো।।

১সুঙ্ হাইকে।। থারইতক্থাফম্ লেমলৈ য়ীথাফমতী কুম্সংনে।। য়োইরেল্নে।। ২ মাক্কি মারক্তা সানা কইথেল্ কিতী।। খামা মইরম পাংরম সঙ্চী ফৌ তাকি খুতুপ্ ১৩ মাতমতা।। নুঙ্ ২ লৈপানে।। ১ তি য়োংকি মাসক্নে।। ১তি লিল্কি মাসক্নে।। মামিংতি মাতম্ কুম্ ঙাল্লে।। মানিংসানা মাপাল ফাউরাপাতি।। লইপাক্ ব্রাথোক্য়ে।। ফানাপা য়ীরাৎতি।। ফমফি ১।। ফিরাক্ ২।। য়োৎখুনেৎ ২।। সেল্ ২।। লাফোইলাফাং ২।। লৈ ২।। চুহই আয়ামপা।। থাকল্ ১।। ফিথা ১।। ক্বচীব্রা ৫।। খোইরু থাউমই ৫।। ক্বা ৫।। মানা। কোন্য়াইপু ২।। ফুহিং ১।।

ফুহিংয়োম্‌নাপা ফিমারাক্ তাইপা ১॥ খায়োম্ ১॥ আসিনে লাইমিংতি॥ ঙাংহিংঙ্ কোন্‌সানা কৌয়ে॥ য়োংকি মামিংতি॥ মিয়োংপাই কৌয়ে॥ ॥

কোংঙারোক্॥ সল্‌তং খোং য়ীরোংতা॥ থোংথিংঅো পোৎয়াউতি॥ য়োৎপাক্ ১। রুয়েং ২॥ পৌরোল্ ২॥ ঙারুউ ৪॥ কোন্‌য়াইপু ১॥ নুঙ্থং ১॥। আসি নাথিংঅো লাইমিংতি॥ ক্রু থীঙ্হ খামহিং কৌয়ে॥ খাক্ লাল্ লাক্‌তাপানে খঙ্অো॥ নোংচুপ্‌কি লাল্ লাক্‌লাপাতি॥ নুঙ্ কোইপীকি কৌপারু চিথেক্‌তা॥ লিল্‌হাখোঙ্ লৈপানে্ আতুতা লাংলো॥ পোৎয়াউতি খুতৈ ১॥ লাফোই লাফাং ১॥ লৈসং ১॥ হইমানম্ নাইপা আহাউ আথুম্॥ রুরি কাং ১॥ খুং ১॥ কোন্‌য়াই ২॥ চেং-লৈ য়াউনা লাৎলে॥ লাইমিং তি লিললি থিং হিং কৌয়ে॥ থোংথিংপাতি॥ মায়াংখোংতা থিংঅো॥ পোৎ য়াউতি য়োৎপাক ১॥ পৌরোল ২॥ রুযুঙ্ ২॥ ঙাক্‌লউ ৪। হইরুক্ ১॥ পাল্‌না তাঙ্‌কা ১॥ কোন্‌য়াইপু ১॥ আসিনে মাফম্‌তি আয়াংপুংনে খঙঅো॥ ॥ ১সুঙ্ হাইকে॥ নিংথৌনা সাপোৎ লালপোৎ সেৎ তানা॥ য়েৎথাং অোইথাং পাইতানা॥ পল্‌লাল্ তাপী মাফমতা॥ লাফু ৪ য়ুংতানা লাল্‌মি য়াললে॥ মাইকৈ ৮ মক্‌কি লাল্‌মি কৌঅো। হইরুক্ ৪॥ পাল্‌না তাঙ্‌কা ৪॥ খোইরুথাউ মই ৪॥ কোন্‌য়াইপু ১॥ ফি মাচু ৪॥ আসিনে লাইমিংতি॥ মী মী মিরেহুপ্ কিংম্ সানা অংকা হ রে হ রে॥ লাল্‌মী য়ান্‌লো ঙময়ে॥ ॥

১ সুঙ্ হায়কে। য়াইয়ুম্‌ফমতা লাইরেমমানা।। নুঙ্‌কি মারোং রোইতানা লৈপানে॥ মাফমতি তারৈকি নোংপোক্‌তা॥ খুতুপ্ ১ মাখায়তা নুঙ্ ৩ লৈপা আতুনে॥ য়ীরাৎতি হয়রুক্ ৩॥ পাল্‌না তাঙ্‌কা ৩ ॥ খোইরু থাউমই ৩॥ কোন্‌য়াইপু ৩॥ লায়মিংতি। সানায়াই নুপী কৌয়ে॥ মায়ায়তি সানাপী খোম্‌নু কৌয়ে॥ আরাংতি সানা লীক্‌লাইখোম্‌পী কৌয়ে॥ লাল্‌কুপী পানে নীঙ্অো লাল্‌ঙময়ে॥ ॥

১তি আঙোম্‌কি লাইরোৎপাৎতা।। নুঙ্‌ ৩ লৈপানে মাফমতি পুলৈরোমপাকি মাফম্‌তানে।। লাইকোম্‌ লৈপানে।। নুঙ্‌ ৩ মাকি মাৱোঙ্‌তি।। মী কি মাসক্‌নে।। ২ তি নুপীনে।। মামায়তি ঙাঙ্‌য়ে।। মায় য়োক্‌নানা লৈয়ে।। মামিংতি[১৪] চীৎত্ৰংকাতা কৌয়ে।। ১ তি ক্লাপী কৌয়ে।। ২ মাকি মামিংতি আসুপ্‌পা কৌপাতি।। হিংসানা চোঙ্‌রেল্‌ খোম্‌পী কৌয়ে।। মাখুৎতা মইরীকুম্‌পা তেল্‌ ১।। পাইরীপানে মীপুঙমকে হায়রাপাতা।। মাফম আতুতা হয়রুক্‌ ২।। পাল্‌না তাঙ্‌কা ২।। কোন্‌য়াইপু ২।। মোইপুঙ খুচী ২।। মোইপুঙ খুতোপ্‌ ২।। খোইরু থাউমই ২।। আসিনা লাৎলো লাল্‌ঙময়ে খঙ্‌আো।। ১তি সাকি মাসক্‌নে।। মাচুতি ঙৌয়ে। মামিংতি লায়হিংচা নুহিংচী কৌয়ে।। নিংথৌ পুল্‌সীনিআো পুলসীপানে।। পোৎয়াউতি হয়রুক্‌ আরেমপা ১।। পালনা সেল্‌পাক্‌ আরেম্‌পা ১।। থাউমই ১।। কোন্‌য়াইপু ১।। নিংথৌকি ফিরোয় আসুপা ১।। আসি কৎনা নীচাআো ফাপানে।। ।। ১সুঙ্‌ হায়কে নিংথৌনা য়ুম্‌চাউতা।। সাপোৎ লালপোৎ সেৎতানা।। চৎলম্‌ লম্‌লাক্‌তানা পল্‌লান্‌তাপীতা।। মামি কৌতানা থাঙ্‌হাইরমআো।। খোঙ্‌ফম্‌তি ৩ না লাল্‌কক্‌ থেংকৌ সারম্‌আো।। আতুকা চৎলম লাক্‌আো।। খুল্‌পী নুঙ্‌থোঙ্‌চীঙ্‌তা।। লালমী কৌতুনা থাঙ্‌হাইরম্‌আো।। আতুকা চৎলক্‌তুনা নোংচুপ্‌ থেল্‌লেল্‌ তুফম্‌তা।। লাল্‌মী ৭ য়ুংআো।। ৬ না ৩ লেংসাআো।। ১ না নোংপোক্‌লম্‌ খুৎপোম ১ চৎথোক্‌না য়ুংআো।। ।।

হয়রুক্‌ ৭।। পাল্‌না তাঙ্‌কা ৭।। খোইরু থাউমই ৭।। মাখোঙ্‌তা থাআো লাল্‌মী কৌআো।। লাইমিংতি  মী মী সানা মিরেল্‌ হুপ্‌ কিঁম্‌

[১৪] চীৎত্ৰংকাতা ১সুং ক্লাপী :- (১) আসম্বা কুম্‌পাবা ১সুং য়েংখোম্‌ শাগৈলোন্‌ ১৯৮২, (২) পাখংবা ১৯৮৫: শ্ৰী য়েংখোম ভাগ্য।। (৩) আঙোম্‌লোলনে খুৎই, লাইরিক্‌ খরা আসিদা কৎলিবা আদুগী মাৱোং ৱারীদো সম্‌পৎনা সম্‌জিল্লাগা:- কোল্‌সৌরেল্‌ তাংঙা লাংঙোল পাখঙপা/ লিল্‌ নিংথৌরেল্লী নুপী লাইয়েক লাইখুৎ চানু থাদোল্‌ লৈমা, কুপ্‌ত্ৰেং ১সুং সেলত্ৰেংগী মমাবু চিত্ৰাঙ্গঁদানি হায়না কৎলি।। ঐখোইগী লমদম আসিগী আহল লামন্‌সিংনা হিন্দু লাইনিংদা থাৱাই হেন্না পুক্লিং লূপ্‌সিন্‌মন্‌খিবানা মহাভারতকী ৱা পুসিল্লাগা হান্নাগী আসেংবা মীংথোল্‌দো নম্‌সিল্‌খিত্ৰা খনজে।। আদুনা ক্লাপী/ক্লুবী আসিসু লিলৱাই ফাংলৌ লাইমাকোল্লী তাংজা লিল্লা পাখংবাগী নুপী হাঙোই কোনথিং নুরাবী আদুরা? আখং আহৈসিংগী মীৎয়েং চিংসিন্‌জরী।। ।।

অংকা হায়ি কৌয়ে।। থাব্রায় কৌরউ নিংথৌনা খোঙ্ফম্ ৭তা।। লাল্ফা থেংকৌ সাতানা।। লাল্মী নেৎলাকা লাল্মী য়ান্কানি।। থাঙমিংতি হাঁই মাপা থাঙ্ চীরাইপা।। মাপু থাঙ্ চীনাইপা।। হাঁইসানা মীরাক্ থাঙ্ নাক্সম্পা।। হাঁই খ্রিঁ স্রোং হাঁই চ্রি অংকা মীরেল্ তুপ্ নাক্সম্পা।। হাঁই হাঁই তংআে।। আসি হায়না য়ান্লো।। খুতম্ রুকাতানে খঙ্আে।। আতুকা কংলাতা লাক্থা লাল্মিং থাআে।। য়েন্পঙ্ হুয়রোয় চললো।। কংলা থেল্তা লাল্নেৎ থেংকৌ সারম্আে।। নুঙ্কোইপীতা লুচল্লম্আে আসিনা লোইরে।। পঙ্না তৌকানো তৌহৈতে।। মাথক্ মাখা মাচা চাতা নাউতা (থারা) কক্পা ব্রানে খঙ্আে।। ।। থেংকৌ খোঙ্ফম ৩ নে খংকানি।। আহাল্পাকি লইনীক্ কিতী ৩ লক্ নীক্কানি।। মায়ায়তা হল্চিল্কানি।। আতুকা য়ান্কানি খঙআে।। ।। ১সুঙ্ হায়কে ফালতোল্তাকি নুঙ্ ৭ সুপাতা।। হুয় নাউমাচা ১পু মাকোক্ কক্তানা।। লালমীয়ান্লো লাইমিংতি।। মী মী অংক মীরং ক হ রে রে।। হায়না লাল্ঙময়ে।। ।।

১সুঙ্ হায়কে নোংহুম্ সঙ্ কি মামাঙ্তা।। নোংহুম্সঙ্তাকি খুতুপ্ ৬ কি মাতম্তা।। সুরা পাউতাক্ পুঙ্ লৈপানে।। য়ীরাৎ তি হুয়রুক ।। পাল্না তাঙ্কা ১।। খোইরু থাউমই ১।। খুপোম্ ১পাক্পা।। খুপোম্ ১ লূপা তাউআে।। য়ীসিং থল্না হাপ্আে।। কোন্য়াই থাআে নাকোঙ্ রুপ্না তাআে।। লেপ্না তাপানে।। ।।

১ সুঙ্ হায়কে পাউতাক্ ১ তি।। খুরায় থোঙ্কি নোংচুপ্তা খুতুপ্ ১।। খুতোল্ ৪ কি মাতমতা পাউতাক্ পুঙ্লৈপানে।। পোৎয়াউতি হুয়রুক্ ১।। পাল্না তাঙ্কা ১।। খোইরু থাউমই ১।। কোন্য়াইপু ১।। লইপাক্ খুপোম্ ১ পাক্পা তউআে।। য়ীসিং থল্না হাপ্আে।। কোন্য়াই হুললো পাউতাপানে খঙ্আে।। ।।

হৌচিক্তি লাল্মি য়ুংপাকি ব্রা হায়কে ।। মং আহাল্পানে।। মংলেলনে।। থেল্ আহালপানে আসিতি ১ য়ুংআে।। পালথোইপী খাংচেংনে।। কুরুখাংচেংনে। য়াংকেল্ পুঙ্নে।। থোঙ্লেল্ ৪ মানে আসিতি২ য়ুংআে।। তমলেল্ ৯ মাতি ৩ য়ুংআে।। থেল্ ৯ মানে।। মংলক্নে

আসিতি ৪ য়ুংআে।। আসিনে খঙ্আে।। নুঙ্কোইপীতি সল্তুফমনে।। কেক্রুপাল্নে আসিতি ৭ য়ুংআে আসিনে খঙ্আে।। লাল্মি য়ান্লাকা।। নিংথৌনা সাপোৎ লালপোৎ সেৎতানা।। কুচু মাথক্তা থাঙ্ হাইআে।। মায়কই ৮ মাতা পোৎয়াউতি।। কুচু কুপ্না পা ফিঙৌ ১।। খুথা কুপ্নাপা ফিঙৌ ১ হয়রুক্ আথেম্পা ৫।। পাল্না ক্বা।। খোইরু থাউমই ৫।। ফিরাল্ ৫।। কোন্য়াইপু চাউপু ৫।। ✻।।

✻ কোনুং মানুংতা তীসঙ্ লাইসঙ্ কন্লাপাতি।। আরাক্ আখং তৌকানি হায়লাপাতি্ য়ীরাৎ কাতাপা মাফম্তি।। থোঙ্ ৪ মক্নে।। নোংচুপ থোঙ্লেল্ লাখোঙ্তা নৈপা লাইতী।। থোঙ্ঙারেল্কুরুনা লৈয়ে।। মামায়তী আব্বাং আেন্না লৈয়ে।। মানা সুপা থাঙ্তী থাঙ্চাউ কোইরেম্পা।। চইসু থাঙ্নে।। থাঙ্নে।। থাঙ মামায়তী। নোংচুপ্ব্রোন্না ঙাক্য়ে।। লাংকোই মোইসায়ানা থোঙ্থিংয়ে।। থাঙ্লেল্ য়াসাপানা পৌরোন্লে।। য়ীরাৎপোৎ য়াউতি।। ফমফি ১।। ফিরাক্ ২। থাখল্ ১।। রুচী ব্বা ৪। খোইরু থাউমই ৫।। ফিরাল্ ৫।। লাফোয় ব্রোম্পোৎ লাফাং ১।। ক্বামাতোন্ চোংপা ১।। পাল্না মানা ৭।। চুঙৌ মাতাং ৩।। লইসং মারোং ২।। চু হয় আহাউ আথুম্ আয়াম্পা।। নিংথৌকি ফিরোয় আসুপা।। য়ীহয়তানা লাৎকানী।। য়েলহিং খোঙ্সী নাসী হাপ্তানা থাকানি।। সানা পারই।। লূপা পারই।। সানাচুপ্।। লুপা চুপ্।। সেল্কি নুংথং ১।। আসিয়াউনা না লাৎলো।। ✻।।

খাকি থোঙ্ঙাক্পাতি।। ব্রাঙ্পারেল্না লাইথাঙ্ তোল্কোন্পা পায়তানা।। মামায় মাখা পাংনা ঙাক্য়ে।। লাৎনাপা পোৎয়াউতি।। ফম্ফি ১।। ফিরাক্ ২।। থাখল্ ১।। ফিমুখাব্রোন্ ১।। থাঙ্ ১।। তা ১।। রুচীব্বা ৫।। খোইরু থাউমই ৫।। ফিরাল্ ৫।। য়ীরোই থারোপা ১।। য়োৎপাক্ কাপ্লেল্ পাকপা।। খুপোম্ কুইপা ১।। ঙাক্লউ।। সেংকম্ পৌরোন্ নুংথং।। চু হয় লাফোয় লাতং।। আহাউ আথুম্।। ক্বা পালনা।। লৈসং মারোং ২।। য়েল্হিং থাআে।। খোঙচী নাসী হাপআে। কোন্ য়াইতি ফৈক্কনা হুললো।। মাইপা।। আসৈপা ২ মানা চেৎনা থোঙ্ থিংপীআে।। মাতীন্ মারাইচঙ্ তাপানে হায়না খঙআে ।।✻।।

নোংপোক্ থোঙ্ ঙাক্পাতী।। নোংপোক্ আপাল্পানা থাঙ্ তেম্ সাপা পায়তানা। মামায় নোংপোক্ পাংনা ঙাক্যে।। লাৎনাপা পোৎয়াউতী।। ফমফি ১। ফিরাক্ ২।। থাখল্ ১।। য়োৎ ২।। সেল্ ২।। লইমা নিংথৌ ২ মাকি ফিরোয় আসুপা ১।। রুচীরা ৫।। থাউমই ৫।। ফিরাল্ ৫।। কা মাতোন্ চোংপা।। পাল্না মানা ৭।। লাফোয় আম্পোৎ চং থোক্পা লাফাং ১।। লৈসংমারোং ৪।। চুঙৌ মাতাং ৭।। সংখোম্।। চুহী খোইহী।। য়ীরোই আঙৌপা লাপা ১।। হামেঙ্ চীলইপা মাচিন্ সেংপা ১।। কাংঙা ১।। ঙানু আঙৌপা ১।। খুনু আঙৌপা।। য়েল্ আঙৌপা। সেক্পীল্ আঙৌপা।। চোঙ্ আঙৌপা।। হামেঙ্কি য়ীনা লাৎকাতানে।। হামেঙ্তি সায়াঙ্খায়তানা।। লই নোং তা ইকানে।। থাঙ্ ১।। তা ১ লইমা নিংথৌকি ফিরোয় আসুপা১।। সানা ফৈকক্।। লুপা ফৈকক্না কোন্য়াই চল্কানে।।⁂।। আরাংথোঙ্তা ঙাক্পাতী।। মারাচীঙনা সাকোন্ মোরাতোংতানা।। লাই থাঙ্ কানাইপা লাইসম্ থাং পায়তানা।। মামায় আরাং রোল্তানা ঙাকয়ে।। লাৎনাপা পোৎয়াউতী।। ফম্ফি ১।। ফিরাক্ ২।। থাখল্ ১।। হাউফি ফৈচোম ১।। ফিমু য়াইথাংপা ১।। রোক্ ১।। য়েল্ ১।। সাকোন্ মোরালাপা।। পোৎলোই আসুপা ১।। রোকতী সারেল চল্কাতানে।। চেঙ্চীন্তম্পা চাংলেল্ ১।। য়ীরোই আঙৌপা ১।। সানা লোঙ্খুম্ লুপা লোঙ্খুম্ হুক্তানা।। য়েল্হিং থাকাতানে।। লাফোয় লাতং।। চু-হয়-আয়াম্পা লৈসং মারোং ৪।। রুচীরা ৫।। খোরু থাউমই ৫ ফিরাল ৫ সারম্ ৭।। ঙারম্ ৭ না থোংতানা সারোই খাঙকাতানে।। পুক্যু লাইয়ু হয় পী মানা সিংচু য়াউকাতানে।। হায়খিপা আসিপু থাচানা লাৎলাপাতী।। লইমা নিংথৌ পুল্সীয়ে।। কুরু ৫ মানা হায়রমপা।। রারী আচেৎপানে।। নাউথীঙ্খোংতা সিল্না রময়ে।।⁂।।☼।।⁂।।

হৌচিক্তি কংলালোল্ য়ীরাৎ হাইরক্কে।। তাইপং পালপা মাপু সিতাপানা।। পাখংপাতা নিংথৌ পিখিপা মাফমতি।। থিংক্রুঁ চীংতা ফম্হললে।। আতুকা কুরুনা নিংথৌরেল্ লইপাক্ খৈম্পিক্মকসুং সিল্নাপীরে। নিংথৌ আোইহললে।। পিপীরে থৌরি কোংকোই য়াই

আোইপাসু পিরে।। নুমিৎ সুং থা সুং।। সুক্ য়াইআোই পাসুং।। য়াইআোইপুনুঙ্সুং।। চুংনে থাংনে য়োৎসুক্সুং পিরে।। চীংমান্ তমলেল্।। চিরংলেল্ কিংনাইপাসুং আখাক্পা লৈতানা পিরে।। আতুতাকী তারংসুং পিরে।। আতুকা তাইপংপাল্পা মাপু কুরুনা হাইয়ে।। তারো আপাল্পা নংকি।। নিংথৌ মিংলেল্ আথোইপা থোল্লাকে।। হাইনা কুরুনা মামিং থোল্পা আসি খঙ্আো।। পাখংপা নামিং আসি নিংসিংতুনা তাইপংপাল্পাতা হাইরাপা আসিনে হাইরাকে।। ꧁ ।।

꧁ মিতোংলেল্ মীমানিক্ তারিংপা কৌয়ে।। হে নিংথৌ তাইপং পোং আোইপা চেৎনা খঙ্চৌআো। পাখংপা নিংথৌকী মামিংলেল্নে।। কুরুনা চংখিরে।। মামিংলেল্তি ꧁ তুম্মিল্ হিং মীহিংচি কৌয়ে।। মারম্ আসি খঙ্না সোল্চারাপাতি।। তাইপংপাল্ নিংথৌ লাইয়িংথৌপু পুল্সিপা মামিংনে খঙ্আো।। য়ীরাৎতি থিংকুরুচীংতা লাৎলো।। চেৎনা চান্না তৌআো।। হে নিংথৌ আথোইপা আসি খঙ্আো।। নিংথৌকী ফিলোই আসুপানে।। স্নানে লূপানে।। কোল্চল্ য়াইচন্ য়াউনা নিংথৌ পাখংপাতা।। কৎনিংপা মারম্না কৎতুনা নিআো।। পুম্নামক্ পিকানি য়ীফম্তি নিংথৌ আোইপা।। ফম্পাল্ ফংপা চারোন্ আহুম্ তাল্ফংপা।। সুরোল্ ৭ ফমপাল্তাকী কুম্তাপা পিনৈয়ে।। পুল্সিনি পাসুং নিংথৌ আোইপাসুং।। লইপাক্নিপাসুং ফম্নাইপা তু নাইপা লোইনা পিকাতৌরীপানে।। আচেৎপা ব্রারম্পু হাইরাপা আসিনে খঙ্আো।। হৌ হৌ হাইনা থম্লম্লাপা আরুপা খৈপিক্।। নাপোক্ খংনাপা মারম্ খৈপিক্মক্পু হাইরম্লাপানে।। কুরুকী মাফম্তা চংচৌআো।। আতুপু কাউরাপাতি নিংলিপা খৈপিক্।। তান্ফম্ ফংনাপা হোৎনাপাতা আোইকানিয়ে।। আচেৎপা ব্রাকী মারম্ আসি খঙ্পাতা।। অইহাক্কীমাফম ফমপাল্ থোইরাপানে খঙ্আো।।꧁ ।।

꧁ হৌচিক্তি কোনুং হাইপাতি কংলালোল্ য়ীরাৎ হাইকে।। কংলা নোংহুমনে।।১।। থিংক্রুনে মাফম আনি।। সঙ্কাইনে।।৩।। হিরুসংনে।। ৪।। মালংনে।।৫।। চীংমুনে।।৬।। কৌনানে।।৭।। আোক্সঙ্নে।।৮।। নুংকোইপীনে।।৯।। ক্রত্রানে।।১০।। লিতাংনে।।১১।। কোংপাৎনে।। ১২

মক্‌না খুৎতম থোক্‌লাপাতি।। স্নানে।। লুপানে।। লৈসু আথুম্‌ আহাউ।। ফিরোই আসুপানে।। নুমিৎ নিংথৌকাপাতা লাৎআো।। লাইমিংতি ❀ অোঁ হা স্না পুম্‌ হে তারংকোল্‌ কৌয়ে।। লাইমিং আসিনা লাৎলো নিংপা খৈপিক্‌ থুংয়ে।। য়েখাইপা লৈতারে খঙ্‌না য়ীরাৎলো।।❀।।

❀ য়াইকানে।।১।। নোংতমনে।।২।। ঙায়ালনে।। ৩।। লাইচিংনে।।৪।। চিল্‌ফুনে।।৫।। লাংসঙ্‌নে।। মৈতান্‌নে।।৭।। নুখ্রানে।।৮।। মানে।। সামুনে।।৯।। লইমানে।।১০।। পাখংপাসঙ্‌নে।।১১।। মিংলইমানে।।১২।। আসিকী য়ীরাৎ পোৎয়াউতি।। চাফুনে ব্রুয়ালনে।। ফিরো ই আসুপানে।। পুখুম্‌ তেংকোৎ লৈসু আসিনাচিংপা আথেল্‌পোৎ।। মাথাক্‌ মাথুম্‌ লাৎলো।। লাইমিংতি ❀ হা খাপুং মানিক্‌ কালা কৌয়ে।। লাইমিং আসি সোল্‌লো।। নুমিৎনা য়ীরাই নুমিৎতা লাৎলো।। নিংপা খৈপিক্‌ পাংথোক্‌কাতাপানে।। নিংলিপা খৈপিক্‌মক্‌ থুংকাতাপানে খঙ্‌আো।।❀।।

❀ খুল্‌থোংয়াইনে।।১।। মোংপানে।।২।। য়োৎলইমানে।।৩।। পুল্‌সিনে।।৪।। নোংসাপানে।।৫।। নাতায়াইনে।।৬।। নুংচেংনে।।৭।। ফৈতেল্‌নে।।৮।। সুম্‌লইমানে।।৯।। ব্রাংকোল্‌নে।।১০।। লাইথুংনে।। ১১।। নুংনাউনে।।১২ আসিতি স্নানে লুপানে।। লানে।। ফিরোইনে।। লংসূংনে।। লাফোইনে।। লৈসূনে।। হই-ঙা-চেং আসি য়াউনা লইপাক্‌পোক্‌পা নুমিৎতা লাৎলো।। লইপাক্‌ ফানাপানে।। লইপাক্‌না কাইরাপা আনা আয়েক্‌ তিন্‌থুং লাইথুং আকাইপা লৈরাপাতা।। লইপাক্‌ ফাপা য়াইয়ে।। নিংথৌ মাফম্‌সূ চেৎলে খঙ্‌আো।।❀।। লাইমিংতি আসি সোল্‌লো ❀ অোঁ তে চীংলেল্‌ মানিক্‌ রো রো।। আসি সোল্‌তুনা য়ীরাৎ থৌনিরাপাতি লইপাক্‌কী পিরা ফৈয়ে।।❀।।

❀ লাইস্নানে।। ব্রাহৌনে।।২।। চিংপীলইমানে।।৩।। আসিথেল্‌নে।।৪।। য়ীথম্‌লাল্‌নে।। ৫।। লাইথুংখোংনে।।৬।। থৌকোক্‌ পুঙ্‌নে।। ব্রাথোক্‌পুঙ্‌নে।।৮।। খুল্‌থোংয়াইনে।। ৯।।মীকৌথেল্‌নে।।১০।। কুম্‌তম্‌ পুঙ্‌।।১১।। মংতাইপুঙ্‌নে।।১২।। আসিতি পোৎ চংতি।। ফিরোই আসুপা ১।। কেকামনে।। ঙানে।। লৈনে।। কোল্‌য়াইস্নানে লুপানে

কোন্য়াই আসিপিনা।। থাংচা নুমিৎতা লাৎলো।। লাইমিংতি ওঁ চি, ঙ, স্না অম্ তারেংপা ররর।। লাইমিং আসি সোল্লো।। আসিতি থৌরম্ খৈপিক্ নিংপা মাহৈয়াল্কানিয়ে।। নিংথৌ মাফম্ তাউপা হল্চল্লি খঙ্ও।। ।।

সঙ্কাই পুল্সিপানে।। কুম্সঙ্নে।।২।। সারিপুংনে।। ৩।। খমচীংনে।। ৪।। য়াইপোক্পীনে।।৫।। সঙ্লাংমৈনে।।৬।। কংলানে। ৭।। কুম্চীংনে।। ৮। পুরুম্চীংনে।।৯।। নোংফাইনে।।১০।। সূলানে ।।১১।। লাল্পুঙ্নে।।১২।। আসিতি পোৎচং স্নানে।। লুপানে।। লৈনে।। আথুম আহাউনে।। আসি য়াউনা লাইমিংসি য়াউনা লাৎলো।। ওঁ ত্রুঁ তেম্পা পুই তুং ব্রাইমা।। য়ীরুসাতেংলাপাকা।। চাক্চা তম্পা চাউপা কোল্ও।। আসিকী লাইমিংসি সোল্তানা য়ুম্সাকইসা নুমিৎতা য়ীরাৎও।। আসিনা তাইপংনিংথৌনা আমম্পা ফৎতাপা লোইনা চোইতৌপা য়ীরাৎনে খঙ্ও।। ।।

হৌচিক্তি কোল্ য়াইনে।। সংকোম্নে।। চুহিনে।। চেংনে।। ঙানে।। ফিরোই আসুপানে।। ফিতোন্নে।। পুখমনে হইকল্লাকলনে।। আসিনা লাইফম্ খুতিং লাৎনাপা তৌও।। লাইমিংতি আসিনে।। ওঁ য় কাচি য়ক্কা মিমেং চি য়ে ত্রং চিং ও ররর হাইতানা লাৎও খঙ্ও।। ।।

আমাতি নিংথৌনা মংথিরাপাতি।। মংচোইরাপাতি মংতাইপুঙ্তা লাৎলো খঙ্ও।।।।

আনা আয়েক্ তৌরাপাতি ।। নাতা য়াইতা।। সিতাপুঙ্তা কোক্না পুঙ্তা।। মাফম্ আহুম্তা লাৎও।। ।।

আমাতি লাইথুং থুংলাপাতি।। লাই থুং ফৎতাপা থুংলাপাতি।। সল্লাই ৭ তা ।। লাইকোক্ফম্তা।। তোন্থাফম্তা।। মাফম্ আহুম্তা লাৎলো খঙও।। ।।

সা-ঙা খোংলাপাতি।। সাখোংপুঙ্।। সা তাইপুঙ্।। মংলাপুঙ্।। মাফম্ আহুম্তা লাৎও।।।।

আমাতি ঙা-থুম।। চাক্ তাঙলাপাতি।। ঙাহোঙ্পুঙ্। হোঙ্নাপা পুঙ্।। ক্রম লইমা মাফম্ আহুম্তা লাৎআো।।ꯀ।।

আমাতি ব্রাথোক্পা।। সা-লাল্ য়েক্নাপা ঙম্চাকে হাইরাপাতি।। নোংতম্ পুঙ্তা।। আতৈতি লম্তাই পুঙ্তা।। ব্রাঙম্ পুঙ্তা।। মাফম্ আহুমমক্তা লাৎআো।। ঙমকাতানে।।ꯀ।।

আমাতি মাচা পোক্তারাপাতি।। চাপোক্পুঙ্তা।। আমাতি পিনাপুঙ্তা।। থৃ নাফম্তা নিআো।। (পিনাথেল্।। নানাপুঙ) ।।ꯀ।।

হৌচিক্তি কংলালোল্ ব্রাইসিং লম্সিং।। খুতুপ্নাচিংপা হাইরক্কে।। মিৎ নাহাকী আমুপা মায়ুং আতুকা।। আমুপা আতুকী মাফৈ ৩০ না খুতুপ্ ১ আোইয়ে।। খঙ্আো।। আতুকা খুতুপ ৩ মাখাইনা কংলাকী ক্রখুল আোইয়ে।। ক্রখুল্ মারক্তি খুতুপ্ ২ না আোই মায়াইকী কাতি খুতুপ্ ১২ নে আতুকা কা ১তি।। খুতুপ্ ৮ নে।। মাফৈনা খুতুপ ২৩না আোইপানে।। মায়ুংনা খুতুপ্ ৩২ আসিনে।। য়ুমশীতি য়ুমশী ৮ নে।। খঙ্কাতাপানে।। মামিংতি ব্রাংপারেল্নে।। কৌপারুনে।। থাংচিংনে।। মারাচিংনে।। আতিয়া সিতাপানে।। আতিংকোক্ সিতাপানে।। কোল্চিন তিংথোক্পানে।। আসিপানে।। ৮ মক্ আসিপু কৌয়ে।।ꯀ।।




---

**নিংসিংজাবা:-** লাইয়েক মাব্রোং আসি কংলা য়ুমশী ৮ গী ক্রখুন্দা লাই ৮ লৈহললমমে, আদুনা কাগী য়ুমশী আসি থিবা হৌবাদি লাইরিক্সিগী মাতুংইন্না ব্রাংব্রেলদাগী হৌরে।। মাথংদা কৌব্রু।। আদুগা থাংচিং, আমুক্ মারজিং।। ৫সুবা আতিয়া।। ৬, আতিংকোক্, ৭সুবা য়ুম্শী কোল্চিন্, ৮সুবা আসিপা আসুম্না কাব্রন চোংনা থিংবাগী কাংলোল্ ওইনা উরে।। আদুনা লাইয়েক আসি অহানবাদা নোংচুপ্ ওন্না য়েংবা, আদুগা আব্রাং ওল্লগা য়েংবা আদুগা আমুক্না মাখা ওন্না য়েংবা আদুগা আসুক্সু মাখা ওন্না য়েংবা, হাযবাদি আনিবক মাখা ওনগনি।। ব্রাফম ১না মাসি মানুং মাপান্ নাইবা ব্রারোল্ কাংলোল্ সোয়দানা লৈরম্থিবা তাই, আদুনা লোইসঙ্ মাইচৌসিংদা হংবীয়ু মাখোয়না লেপ্পানা ওইরাসুনো।।ꯀ।।

আতুকা মাইকৈ লেপপা মারম্ হাইকে।। নোংপোক্ য়েৎতা থংপাতি।। আতিয়াসিতাপানে।। ।। মাথং আেইথংপাতি আতিংকোক্সিতাপানে।। নোংচুপ্ য়েৎথংপাতি আসিপানে।। আেইথংপাতি কোল্চিনতিংথোক্পানে।। খা নোংপোক আেইতি ৱাংপারেলনে।। খা নোংচুপ্তি থাংচিংনে।। আৱাংনোংপোক্তি মারাচিংনে।। নোংচুপ্তি কৌপারুনে।। আসুম্না খঙ্আে।। ।।

কংলা ৱুখুল্ ৮ কী।। লাইতি ৮নে।। মামিংনে লাইৱাতি আসিনে।। আতিয়াকী মামিংতি আেঁ স্না পা লিং খম্ নায়া কৌয়ে।। ।।

আতিংকোক্কী মামিংতি ত্রীং আেঁ লইহিং ফাপা লইফা আে কৌয়ে।। ।।

আসিপাকী মামিং মিংখৈ তি।। আেঁ হে মৈচিং সৃং স্না তুলিক্পা কৌয়ে।। ।।

কোলচিন্ তিংথোক্পাকী মামিংমিংখৈতি।। আেঁ লইনোংয়াং।। তারং ফাপা চাতেং আে কৌয়ে।। ।।

ৱাংপারেল্কী মামিংমিংখৈতি।। আেঁ মিংলেল নুংতারেংপা তিং নুং নুরেংপা কৌয়ে।। ।।

থাংচিংকী মামিংমিংলেলতি।। আেঁ য়কত্রীং কংলিং সংতে মোইলিক্পা হোংসে কৌয়ে।। ।।

মারাচিংকী মামিং মিংলেল্তি।। রি রিং ৱাই স্না পারিং সেংপা কোল্তে মানিক্ কৌয়ে।। ।।

মারম্ ১ হাইরক্কে।। কংলাকী য়ুম ফম্কী য়ুম্পীতি।। মামিং লৈতে।। আসি সোল্তানা ৱুখুল্তা।। স্নানে।। লুপানে্ লৈসু হৈনা লাৎআে।। আতুকা হৌআে কংলাকী মামিং লাইমিংতি আসি সোল্লো স্না মানিক্ লইতাহিং স্না নোং কৌয়ে।। মারম্ আসি আরুপা ৱানে। পঙ্না হাইহৈতে খঙ্আে।। ।।

❋ য়ীপুথৌ কোরৌনা কোক্লেলনে।। মাললেম্না স্না হক্চাংনে।। কোরৌ মাললেম্ আনিমক্ য়ীমাকী লইসা আেইরিপা।। য়ীফম্ ফমথৌনা নায়া আেইরিপা।। নায়াথংনা তিং আেইপা লেপ্না মাংফাতাপা য়াথংনে।।❋।।

❋ ব্বারম্ ১ হাইকে।। মানিক য়াইসিতাপাকী হাইকে।। ❋ আঁে সে সে মৈরি সে।। আঁে সে কৌয়ে।। আতুকা মাইকৈ ৮ মক্কী নুঙ্লোল্ হাইকে।। কংলাকী মারু আেইপা হাইহৈতাপা নুঙ্নে।। পাখংপাকী নুঙ্তি ৭ নে খঙ্আে।। আঙাংপা ১।। আমুপা ১।। আসংপা ১।। আমেল্পা ১।। আঙৌপা ১।। হিকোক্ ১।। মাকোংলোইয়াম্বা ৭ আসিনে।। ❋ ।।

❋ আমাতি।। স্নামাহীকী নুঙ্তি ৭ নে খঙ্আে।। নুঙ্ঙাংনে।।

❋ ব্বাংপারেল্কী নুঙ্তি আমুঙপানে ।।❋।।

❋ কৌপারুকী নুঙ্তি আসংপানে।।❋।।

❋ থাংচিংকী নুঙ্তি আঙাংপানে।।❋।।

❋ মারাচিংকী নুঙ্তি আঙৌপানে।।❋।।

❋ পুলৈলোমপাকী নুঙ্তি আঙৌপানে।।❋।।

❋ নোংসাপাকী নুঙ্তি নুঙ্ঙাংনে।।❋।।

❋ পাখংপাকী নুঙ্তি ৭ নে।। সল্লাই ৭ মাতি নুঙ্নে।।❋।।

❋ মারম্ ১ তি ।। তিল্লি।। লাইয়ী।। খায়ী।। যুতাউ।। তাউলোই নুঙ্ ৫ নে খঙ্আে।।❋।।

❋ পাখংপা নুঙ্তি কংলাকী মাচি ৪ তা নুঙ্ ৪ লৈয়ে।। মামিংতি নুংমুসিতাপা নুং নাংনাতাপা।। নুংকাং মাহারাপা।। নুঙপিলেল্ পি নাইপা আসি কৌয়ে।। পাখংপাকী য়েৎকী মাখুৎতাকী নুঙ্ পিলেল্ পিনাইপা পোক্য়ে।। আতুকা য়েৎতাকীনা ঙাউরাপাতি।। স্নানে লুপানে।। ফিরোইনে য়াউনা লাৎআে।। লাইমিংতি ❋ আঁে সি সি সিতা নুঙ্আে।। তে তে তে।। অ অ।। আসিতি চাফূ ফিরোইনে।। লৈসু য়াউনা লাৎলো।। লাইমিংতি ❋ আঁে লইতারেং নুঙ্ তারেং তাকুপ্ তাকুপ্ কৌয়ে।। আসিনা য়েৎকীনা ঙাউপা ফানাপাকীনে খঙ্আে।।❋।।

আোইকীনা ঙাউরাপাতি।। লাইমিংতি নুঙ্কাং মাহারাপা কৌয়ে।। য়ীরাৎতি ম্নানে লুপানে হুই লৈ ফিরোইনে আসিনা লাৎআো।( মামিংতি লাইমিংতি আোঁস্রে ল সে কৌয়ে।। আসি হাইতুনা য়েৎকী মাখোংতি নুঙ্মু সিতাপা কৌয়ে।। য়ীরাৎতি চাফু ৭।। ফি ৭।। লৈ ৭।। আসিনা লাৎআো।। লাইমিংতি আোঁ ত্রীংসা সালিংসা কৌয়ে।। আসিনা আোইতা থোক্লাপাতি।। মামিংনে খঙ্আো।। আসিনা ঙাউরাপাতি।। ফিরোই আসুপানে।। লৈসু হুই ক্বা মানা।। ম্নানে লুপানে কোন্য়াই থানা লাৎপিয়ো।।।।

আমাতি মামিংতি আোঁ মিংসেল চি সেলতারেং আসিনা লিক্লাইনে খঙ্আো।।।।

আমাতি মামিংতি অতম্ফা মানিক্ সেল্রেংপা কৌয়ে।। আসিনা লোইনাপাতি সোকরু সারুতাপা কৌয়ে।। আতুকা সাতোংতি নোংসিৎনে।। চিল্চাকতি আোইনম্পা চাইয়ে।। লিংচেল্তি খোইথুমনৈয়ে।। খুৎসুতি থাংকক্ তোল্কক্ কৌয়ে।। মাচাতি খুতুপ্নে।। নাউয়োম্তি নুমিৎনে।। খুনেৎতি চায়োল্ ৭ মানা আোইয়ে।। মাইকৈনা ফিসেৎ আোইয়ে।। হাল্না থুংলাপা মাফম্তি সঙ্লাংমৈ কৌয়ে।। থুংলাঙৈকী মামিংতি হাঁং হোঁং হেং মীপুং মানিক্ মেল্চি কৌয়ে।।।।

আতুকা আোই য়েৎ খুৎ ২ মাতি নোংসি নোংতম্ ২ থোক্য়ে।। আতুকা মেল্লাংয়ে।। মেল্লাংতাকী থোকপা মামিংতি ৭ নে।। তিললিরেল্নে।। লাইয়ীলেল্নে।। খাইয়ীরেল্নে।। য়ুতাউলেল্নে।। লিথৌলেল্নে।। তাউলোইনাই পিনাইতাপী আসি ক্বৌয়ে।। আতুকা মেল্লাংকী লাইমিংতি আোঁ ম্না ঙাংতুরেং সেলত্রেং আসিনে।। লাইমিং ১ তি হিলেল্ম্নানে।। মেল্লাংম্নানে।। মেললোংম্নানে।। ৩ মা থোক্য়ে।। হিলেল্তাকী লইমালেল্ থোক্য়ে।। আতুকা মেল্লাংতাকী নোংথাংলইমা থোক্য়ে।। মেল্লোংতাকী য়ুম্চাউ লইমা থোকয়ে।। ১তি লইমালেল্তি হিলেল্মিংখৈতি ম্না হোপ্তাকুপ্ রেং নুং কৌয়ে।। মেললোং মিংখৈতি আোঁ ম্না সৈ তং মানিক্ আোঁ স্রেং কৌয়ে।।

মেল্লাং মিংখৈতি ওঁ হীং সেং রেং তং কীং ত্রং কঙ নোংথাংলইমা মামিংতি ওঁ রি হুপ্চঙ্তাকুপ্ কৌয়ে॥ পাল্থোইপী মামিংতি ওঁ লইপুপী লইহিং তারংপী স্না হুপ্ কৌয়ে॥ লইমালেল্ মামিংতি লইস্না মুহেন্নু নোংস্না মানিক্ তারং কৌয়ে॥ ফমপাল্ লাং কাপাতা মিংলেল্ মিমেংচি আ তারংচিফা মানিক্ স্না কৌয়ে॥ ॥

পাখংপানা লইসেম্পা লোইরাপাতা॥ লইপাক্কী মাখোইতা পাফল্ আইনা য়েৎকে।। নিংতুনা পাফল্ মায়েক্তি য়েক্ ৭ সল্লাই ৯ মক্নে॥ সল্লাই কৌপাতি আসিনে॥ হায়েংনে॥ হংচিৎনে। মাসেমনে॥ মারৌনে।। মাকাপ্নে॥ মাসিৎনে॥ হলনুনে॥ কোকাইনে॥ আসি কৌপানা নুংসিৎনে॥ হায়েং কৌপানা য়ীসিংনে॥ হংচিৎ কৌপানা মৈনে।। মাসেম্ কৌপানা লইপাক্নে॥ মারৌ কৌপানা নোংথৌনে॥ মাকাপ্ কৌপানা আহিংনে॥ মাসিৎ কৌপানা নুংথিল্নে॥ আসিনা ৭ মা কৌযে॥ আসিপু কোকাই কৌয়ে॥ কোকাইতাকী সল্লাই খাইরে॥ হল্নু কৌপানা আসি আচংপা খাইয়ে॥ কোকাই কৌপানা তাইপং সেম্পা মাপুনে॥ ৯ মাপু সূপ্না পুরিপা লাইমক্নে খঙ্আে॥ সল্লাইতি য়েক্নে॥ য়েক্তি ৭ মক্নে খঙ্আে॥ মাঙাং, লুৱাং, খুমল, সারাং, লইসাংথেম, ঙাল্পা, মোইরাং, আসিনে॥ আসিনা পাখংপা কী মায়েক্ আইরিয়ে॥ ৭ মা আসিনা মাচু ৭ মানা য়েক্লিপা লাই আসিনে॥ আতুনা পাফল্ কুরুপাখংপা কৌয়ে॥ খঙ্আে চায়োল্ ৭ সুং থা ১২ সুং পাখংপাকী হক্তা চংলে খঙ্আে॥ হে মী আইপাসিংআে হাইহৈতে খঙ্আে॥ ॥ হে মী আইপাসিংআে হাইহৈতাপাপু হাইহৈতে ৱা আসিতি মী ফৎতাপানা তাখিকানে॥ লইপাক্সিল থুংনা নামুংপা ৱা আইকানি খঙ্আে॥ ॥

হৌচিক্তি তাইপং সোরারেল্ নামুপোংহল্পা লাইয়িংথৌকী পুল্সিনাপা ৱারম্ সুখাইনা হাইরক্কে॥ নিংথৌনা সাতা লাল্তা ঙম্নানাপা মারম্ য়ীরাৎ তৌনাপা লাইফম্ হাইরক্কে॥ ॥

খাখোং মারুকী য়ীসিংনে॥ মারোংখোং মারুকী য়ীসিংনে॥ খাখোংকী য়ীসিং সোক্পাতা॥ নোংপোক্লম আল্পা লা ১ অ থোইত্থিং ৩

নে।। চেং খুচোক্ ৩ হাপ্পুনা থারমআে।। আতুকা খুরুম্তুনা সোক্আে।।ꣿ।।

ꣿ লাইখোংমারুতা লাতোল্ মাখারম্ আেলপা ১ তা।। তিংথৌ ৭ থোইতিং আমুপা ৭ খুৎনা খোক্পা চেং ৭ হাপ্তানা থারমআে।। খুরুম্তানা সোক্আে।।ꣿ।।

ꣿ মারোংখোং মারুতা লা নোংপোক্লম।। আেল্পা ১ তা লাংথ্রে মাপোপ্ ৭।। নোংপোক্লৈ মাপোপ্ ৭।। তৌতোল্ ৭ হাপ্তানা থারমআে।। খুরুম্তুনা য়ীসিং সোক্আে।। লাতোল্ নোংপোক্ পাংনা থারমআে।। য়ীসিং ৩ তিল্লাপাকা লাই ৩ মাকী মামিং সোল্লমআে।। লাইমিংতি ꣿ হুঁ আেঁ ৩ মাকী মামিংনে।। লাইমিং সোল্লাপাকা য়ীরুহললো।। আসুম্না লাৎলাপাতি সা-লাল্নাচিংপা ঙমচাকে আেইয়ে।। হে - লাইয়িংথৌ পাখংপাপু চেৎআে।।ꣿ।।

ꣿ আমাসুং হাইকে।। নিংথৌনা ফম্পাল্ কুইনা পুল্সিনা আেইনাপা হাইকে।। আেক্সঙ্কী লইপাক্নে। সূমসঙ্কী লইপাক্নে।। হইপোক্ মাতোল্ আৱাংপাকী লইপাকনে।। আসি লৌপাতা চেং খুৎনা খোক্পা ১/২ থারমআে। খুরুম্না লৌরক্আে।। আতুকা তেংকোৎতা ৱফুল্ আেইনা কুপ্হল্ আে।। লাইমিংতি ꣿ হঁ রঁ হিঁ মী হিঁ আসি সোল্আে।। আতুকা লাইয়িংথৌকী হক্চাংতা তৈহলআে।। ৭ নি তৈআে।। নুংচেংকী য়ীসিংকা য়াল্তানা থক্হলআে।। পুলসিনা য়েক্লাপা খুতুম্ চল্পানে খঙআে।। হে লাইয়িংথৌ তাইপং সোরারেল্ নামুপোংহল্পা চেৎনা থাচৌআে।।ꣿ।।

ꣿ হৌচিক্তি ৱারম ১ হাইরক্কে।। পোপ্তেক্কী আৱাংতা খুতুপ্ ৪ ৱাই ১ খুতোল ৪ মাফৈতা তোক্ পুঙচীং লৈয়ে।। লইপাককী আঙম্পানা ঙাউরাপাতা।। লইপাক্সু আঙক আঙাউ আেইরাপাতা।। লাইকী মাফম তি তোক্পুঙ্তা লাৎলো ফাপানে।। আতুকা য়ীরাৎতি কোন্য়াইপু ১।। স্নানে লুপানে লৈ-মারম্ ৩ নে।( হইক্রু ৭ নে ফিরোই আসুপা ১ নে।। আতুকা লাৎআে তোক্পানে।। হল্না পুঙ্তা লাৎআে।। লৈপা খৈপিক্ হল্কাতানে।। আতুকা লাতা চেং ৭।। থোইতিং ৭।। লৈ

আঙৌপা ১।। কোন্য়াইপু ১।। স্নানে লুপানে য়াউহললো।। লাল্সু হল্খিকাতানে খঙ্আে।।❋।।

❋ নিংথৌনা পুল্সিনাপাতি।। য়ীমচাউনে।। ঙালেলনে।। আনিতা লাৎআে।। মামিংতি ❋ আোংলৈলেল্ কৌয়ে।। আসি সোললো।। পাখংপাকী মামিংনে।। ফি ১ হইমানম্ নাইপা ১ ।। লৈ ১ স্নানে লুপানে য়াউনা নিআে।। নিংথৌ পুল্সিপানে খঙ্আে।। হে লাইয়িংথৌ নামুপোংহলপাআে। চেৎনাতাআে।। নাপুক্ থাচাতাপা তৌকানো।। পাখংপা কী য়াথংনে।। থাচাতানা নিংপাতী লাই থুং থুং আে। হাইলময়ে খঙ্আে।।❋।।

❋ হৌচিক্তি কংলাকী ৰুয়ুং হাইরক্কে।। পাখংপাকী ফাল্খোংকী ৰুয়ুংতি ৪ নে।। খঙ্আে।। পাখংপাকী নিংসা সোরাতাকী খোংকাপ্ আেইনা পোক্লে।। খোংকাপ্তা কী মিকুপ্ পোক্লে।। মিকুপ্তাকী নাহুম পোক্লে।। নাহুমতাকী পুক্নিং পোক্লে খঙ্আে।। ১তি মিৎকুপ্ ৩২না পাখংপাকী খুতুপ্নে খঙ্আে।। আতুকা মিৎকুপ্ ১২৮ না পাখংপাকী লমচৈনে লম্নে খঙ্আে।। মিৎতি সোইপাসুং লৈতে।। নিংসাসোরতি হায়িনে হাইহৈতাপা ৰানে খঙ্আে।।

হে-তাইপংপালতা ফাউনা।। নামুমীআেইপাকী নিংথৌ আেইপা।। হে লাইয়িংথৌ সিতাপাআে।। লুনা চান্না খংকাতাপা।। ৰারম আচেৎপানে।। কুরু ১২মক্না লেপ্নারাপা ৰাকী মাচং খংলাপা কুম্পা ৰারমনে।। হাইনা লাউরম্লাপা লাইপাউনে।। থাচা

তারাপাতি নোংথক্তাকী।। সিংচংনা খাইকাতানে থাচৌআে।। আরেপ্পা লাইসিতাপা কুরুকী মাতিক্নে খঙ্আে।।❋।।

❋ ফাল্খোং ৪ মক্তা হাইকাতাপা ৰাতি।।



হ স্নালেমপী থোরক্লো॥ খুপাক্ লাইকা সাপিকে॥ খুপাক্ লাইখল্ সাপিকে॥ পপ্ পপ্ হুপ্ হুপ্॥ মারমতি আহাল্পাতা ফালখোং তেল্চৈ ৪ মক্তা॥ ৱাহৈ ৯ /৪ আসি আমাতা অোইনা ৪/৪ রক্ খুতুনা ৱাহৈনা হাইনা ৪ রক্ খুকানি ॥ আতুকা মাথংতা ৱাহৈ আসি আমুক্ হাইরাকা॥ খুপাক্ আহুম্লক্ খুতুনা কোন্ য়াই স্নানে। লুপানে হুল্লু ফাল্খোং নিক্সিল্লাকানি॥ নিক্লক্কানি নিক্ত্রিফাউ সোললো খঙ্অো॥ ॥

৺১৬ তাউলোইনাইপুঙ্তা তৌকাতাপা মারম্॥ চাইরেল্ পুখম্ হাইপাতি॥ কাম্পী আপাক্পাপুনে॥ আতুতা য়ামনে হাইপাতি মায়াইতা

---

৺১৬ **তাউ লোইনাইপুঙ্/তাউরোইনাইঃ-** হায়রিবা আসি লাইয়িংথৌ আসিপা স্নামাহীবুনে॥ মাদুদি ১বা মীৎয়েং "আতিয়া কুরু সিতাপানে॥ আসিপানে॥ আপাল্পানে॥ লাই ৩ মা না॥ থোক্পীলক্তুনা॥ থাৱাই আয়ামপা সেম্পীকে হাইপাকি॥ সেম্পীরে॥ সাকৈ সল্লাই ৭ মা॥ নুমিৎ চায়োন্ ৭ মা॥ থা ১২ মা থাৱাল্ পীচাক্ ২৭ মা॥ পুং খেল মীকুপ্ নাহুম॥ পাল্লিপা আসি খৈপীক্পু সিলথোংঙম্না য়াৎপীরারে॥ সেম্পীবাতুনা আসুম তৌনা সেম্পীবাকা॥ লাইয়িংথৌ অপাল্পাতি মামিং "ক" স্না পাখংপা কৌনা॥ মীসূ লাইসু ৱোইনা লইপাক্কী চাক্চা ৱোই॥ লইপাক্কী মাপু ৱোইনা ফম্পাল্কী চাক্ চানা লোইরেল্লোক্তা য়াকাবে।। আসাই লাক্পা লাই ২ মাতি॥ লাই ১না পাখংপাকী মামা ৱোইনা লৈরে। আসিপাতি "তাউবোইনাই" সাতূনা লইপাক্ পু-পূ না মামৈপু মায়ানা চীক্না কোযনা॥ পূতূনা লৈরে॥ আতুকা পাখংপানা ফম্পাল্ ৱোইনারে॥ মাফম্তি কংলানে॥ আতুকী কংলাকী মেন্ মাখাপু লইরোল্সুং॥ নোংলোল্সুং ৭ খল্না॥ খোং ৭ সেম্না ফাৎলিপানে॥ খোংলম্ ৭ মানা কোয়না চেল্লিযে হায়পাকী কোনুং কৌয়ে॥"

**২ সূবা মীৎয়েংঃ-** "তাউরোই নাইনা মারু মায়াঙ্॥ হিক্থানা লৈরুরে॥ আতুতা পাল্থোইপীনা লাইরুরা ৭ মাকা॥ লাইপাখং ৯ মাকা লোইননা তেংথাখিয়ে॥ য়ীপল্ নঙ্পু। নাতীক্ নৎতানা চইপীতানা॥ নারুনায়াঙ্ কিন্তা চোইথাবাপা॥ নারুহিক্থাপাপু॥ নাথা নানা সেমচিল্লক্অো॥

নাতোং চোইখিবাপাপু॥ নাথানা খোলচিলকঅো॥ চিরেল লাংলেন ৭ মাপু॥ নাথানানা পালখংলকঅো॥ হাইতানা মামিং সোল্না সোল্না॥ য়াম্না সাকানি। লইপাক্ পুরিপা॥ লইবোল্ খঙ্না॥ তাউরোইনাই মাথং মানাউ কায়হাল্তানা। সাতানা তৌখিয়ে॥ য়োয়রেল্সঙ্ নামুংনা ফম্পী খোঙ্হাপ্পানা॥ চিংপা মাকি মাসিল্ তৌয়ে॥ আসৈ পল্মাপানা মালমেল্ চিথেক্ ৪ মক্॥ মাইকই ৮ মাতাকী মীকোন্ চিল্ লক্য়ে॥ কোন্তে খুৎচুম্ মায়না লাই মামিং সোল্তানা॥ লই-নোং ২মাপু তাইসোন্ হাললে॥ পাখংপানা তাউরোই নাইতা নেৎতানা তোংলে হাইবাকা॥ পাখংপাতি মামিৎ পানলে॥

নুমিৎনা থোক্পা কুম্না ঙাললে॥ তাউরোইনাইনা লৈতারাপাতি॥ পাখংপাসূঙ্ লৈনীঙ্তে॥ কোইনা চৎনীঙ্ঙে। তাউরোইনাইনা কোইনা পুইয়ে॥ পাখংপাপু ঙাউহল্পাসু মানানে॥ নুংঙাই হাল্পাসূ মানানে॥ লইপা খৈপীক্ মাঙহাললিপাসূ মানানে॥ লইপা খৈপীক্ লায়থুং থুংহাল্লিপাসু মানানে॥ লইপা খৈপীক হোঙ্হল্ চাউহল্লিপাসু মানানে॥ তাইপঙ্ পাল্পা কুরুকী মাতিক্ মায়াই পুরিপাসূঙ্ মানে॥ পাখংপাকী নুংঙাইনাফম্নে॥ চেৎনা চানা খঙ্না তৌঅো॥ খঙ্তানা তৌরাপাতি নাহাক্ তুম্মকা তাপানে"॥

(সাকোক্লমলেল্ আরিবা খুৎই ১সু তাউরোইনাই সিতম্ নাতম্পা খুৎই)॥ ॥

খারা হাপ্তুনা।। য়েরুম্ ১ য়াম্ মাথক্তা খিলপীয়ু।। আতুকা কোন্য়াই স্নানে লুপানে।। কোন্য়াইরোল্ সোল্তুনা হুললো।। আতুকা মিংখেরোল্ আসি সোল্লো।। ✱ স্নাহিং মিকোল্পা।। স্নাহিং মিকোল্পা।। স্নাহিংমিকোল্পা ।। স্নাহিংমিকোল্পা।। ব্রাহৈ আসি হাইপাতা থোক্কানিয়ে।। আতুকা তাইনাপা লাইব্রা হাইকে।। ✱ রে রে।। লাইব্রা আসিনা হাইতুনা তাইরম্কাতাপানে।। আচেৎপা তাইপং মাপুসি তাপা তাউলোইনাইপু নিংচারো পিনাপিরাকানী খঙ্আো।।✱।।

✱ সাচিক্ পুঙ্তা লা-লাতোল্ ৩ থারো।। আতুকা লাইকী ব্রাহৈতি আসিনে খঙ্আো।। ✱ তাউলোই নাইকী মামিৎ আনিমক্না।। ১ না সাচিক্ আোইয়ে।। ১না থাপা আোইখিপানে।। আতুনা নাপাম্চাক্ চারারো।। লাউ ২ থোরক্আো।। থোক্লক্আো সাচিক্ থাপা আোইখিপা।। আসি নুমিৎ আসিতা কৌরিপানে।। কৌথোক্লক্লিপানে।। থোক্লক্কানী লম্ ২ রোম্ লাপ্নানা। অইনা চৎথোক্লাকা য়েংআো।। মৈকী মাতৌকুম্না ব্লুরাকানী।। হে মাইচৌ লাইকী মাতিক্ খংনা তাইকাতাপানে।। খংতানা তৌরাপাতি সাচিক্ মাতুংয়ীন্।। থাপা মামৈ ব্রাইখিকানী খঙ্না তাইচৌআো।। তাইপং নিংথৌ আোইপা আপাল্পা।। ফম্আোইতুনা ফমপাল্ আোইকানী।।✱।।

✱ চারাইপুঙ্তা কোন্য়াই স্নানে লুপানে।। হুললো আতুকা নাতুং আোন্থোক্তুনা।। ✱ হিং হিং লাইমিং আসি হাইনা য়েংআো।। চারাই কুরু ব্রুকানি তাইরো খঙ্চৌআো।।✱।।

✱ নুমিৎ পুঙ্তা চাইরেল্ পুখম্ ১ তা।। হুপ্ হাপ্লাকা য়াম্ খারা চাইয়ো।।✱ তমফা য়াই আহল্পা ৮ লক্ সোললো।। লাইব্রা আসি হাইতুনা কৌথোক্আো।। আতুকা লম্ ৮ চৎথোক্ লাকা য়েংআো।। য়েংপাতা সোইতানা নুমিৎ আোইপা লাইনা।। কোরৌ মাল্লেম্ তুনা লৈরাকানী।। নিংচারো আরাইপানে খলকানো।। তাইপং মাপোক্ আসিতা আনিসূপা ব্রারম্ আোইতে।। য়ীফম নিংপা লোইনা পিরাকানী খঙ্চারো।। নিংপা থুংলা কানীয়ে।। পুল্সি লইচু ১ সুরোল্ ফাউপানে।।✱।।

আতিয়া কুরুসিতাপাকী য়াথংনে।। হে তাইপংমী অোইপা সিতা য়াইনে।। নাতায়াইনে খঙ্অো।। আনিসূনা খঙ্অো হৈতাপা ৱানে।। মাতিক্পু হাইপা ঙমতাপা ৱানে ।। কুরু খলচাতুনা তম্চাপা মীসিংনা চালোল্ ৭ সুলোল্ ৭ তান্ফংতাপা নিংপা পুম্নামক্ থুংঙে।। কুরু ৪ মানা খংঙমতাপা ৱানে।। পাফল লোলসূং হাইকে।। মেল্লোং মেল্লাং ৱাসু হাইকে।। যুমপীলেল্সুং হাইকে।। কংলালোল্সুং লাইথোং তিন্থোং য়ীরাৎ থৌনি পুম্নামক্ হাইকে।। যুমপী ৮ মাকী মায়েক্ ৮ মা।। আতুপু কোরিতা অোইরাপাসুং য়ীতানা স্না তা লুপাতা য়ীতানা ফিরোইনে।। স্না লুপা লৈ য়াউনা লংমাইচিং নুমিৎতা।। লাইয়িংথৌকী মামিংতি সান্নাতানা ৮ মা।। আতুকা লোয়নানা কুম্ চাহি ৪০ আতু চুপ্না।। লাইয়িংথৌ মামিংতি নোংতারেং স্না মানিক্ কৌয়ে খঙ্অো।। ।।

য়ীসিংনে চাহি ৪২নে।।

| | | |
|---|---|---|
| প | ক | ন |
| ত | পাখংপা<br>য়ুম্পী ৮ নে | স |
| চ | ভ | খ |

লমচৎ ফৈয়ে।। লাক্চাতে।।
থা ২ অোইয়ে।। ৱায়ময়ে।।
চাক্হাক্য়ে থোইয়ে।। ।।

মইনে চাহি ৪২নে।।

| | | |
|---|---|---|
| ম | গ | ত |
| চ | পাখংপা<br>য়ুম্পী ৮ | ন |
| ব | স | র |

মাচৎতি মই য়ীসিং য়াল্নৈয়ে।।
মলতালে ৱায়ামনা থোক্য়ে।।
মাচিপা লাইথুং চাউয়ে।। সাউকল্লে কেথোক্য়ে।। ।।

নুংসিৎনে

| | | |
|---|---|---|
| ফ | ম | ল |
| চ | লাইয়িংথৌ<br>স্না য়ুম্পী ৮ | চ |
| য় | র | খ |

মাচৎ ফৈ।। লাইপু খংচায়ে।। মারুপ্ চৎনৈয়ে।। লাইপুনিংয়ে।। মারল্ লৈয়ে।। চাহি ৪২ নে।। ।।

তারংনে চাহি ৪২ নে।

| | | |
|---|---|---|
| গ | চ | ন |
| প | লাইয়িংথৌ<br>স্না য়ুম্পী ৮ | শ |
| ক | চ | ৱ |

মাচৎতি ফৎতে।। পুল্সিতে।। মীনা ৱালা নুংঙাইয়ে।। মী সিনাপা তৌয়ে।। ঙাকী মাচৎনে।। লাইথুং য়াময়ে।। ৱালেপ্তে।। লৈপা খৈপিক তাংয়ে।। ।।

তারংনে

| | | |
|---|---|---|
| চুপনে | ব্রাংপারেলনে | সেঙ্নে |
| কৌপালুনে | লাইথোং যুমপীনে।। লইসেমপা | মারাচীঙ্ |
| হাইনে | থংচীংনে | হোমনে |

চাহিতি ১০০০নে।। মাচৎতি খোইথুম্নৈ।। আথোই আহেল্ লৈতে।। য়ীকাইলৈ পুল্সিয়ে।। লাইথুং আনা আয়েক লৈতে।। ꯁ।।

মইনে

| | | |
|---|---|---|
| ঙ | ক | স |
| চ | পাখংপা যুমপীনে | ম |
| প | ত | ন |

মাচৎতি ঙৌয়ে।। চিল্চাক্ চাউয়ে।। চিল্লৈয়ে।। পুল্সিয়ে।। থা ৮০ নে ।।ꯁ ।।

য়ীসিংনে

| | | |
|---|---|---|
| ত | খ | ম |
| হ | স্না লায়য়িংথৌ যুম্পীনে | র |
| স | খ | ল |

চা ৪০ নে।। মাচৎতি তাপায়ে।। মাহৈহৈয়ে।। লাইপুনিংপাতি ফৈয়ে।। মারম লৈয়ে।। চাল্নৈয়ে।।ꯁ।।

নুংসিৎনে

| | | |
|---|---|---|
| ফ | ঠ | ত |
| প | পাখংপা যুমপীনে ৮ | ন |
| র | ম | চ |

মাচৎ ফৎতে।। সিকল্লে।। ব্রাথোক্য়ে।। আহোংপা লৈতে।। লাল্য়াম পাময়ে।। মামা মাপা খংতে।। লাইপুনিংপা লৈতে।। চাহি ৪২ নে।।ꯁ।।

ꯁ নিংথৌ মাসক্ মামিং হাইকে।। পা।। রাং।। রাং।। তাল।। তাল।। পা।। পা।। ত্র।। ত্র।। চিৎ।। চিৎ।। সিং ।। সিং।। ত্র।। ত্র।। সিং।। সিং।। চীৎ।। চীৎ।। রে।। রে।। পা।। পা।। তি।। তি।। আসুম্ ওইয়ে।। ৭মা লাইরোংপানা নিংথৌওই।। লাইরাপানা ওইয়ে।। মিৎতাংপানা ওইয়ে।। মালৈলোম্পানা ওইয়ে।। মায়া তেক্পানা ওইয়ে।। মাখোং কোল্পানা ওইয়ে।। সাপাম্পানা ওইয়ে।। লৌসিংপানা ওইয়ে।। চক্ ১০০০ ওইয়ে।। মাইপাক্পা লাল্থিপা নে।। লাইপু নিংপানে।। মাহে হৈপানে।। লাইলোইনাপানে।। লইপাক্সেম্পানে।। লাইপু খঙ্পা ওইপানে।। থাংকলপানে।। ১৮।। কুম্সিং ৮০ ওইয়ে।।

১১৮ ৱাচুম হাইপানে ।। কিকোং লোক্‌পানে।। মীয়াম্ য়োক্‌পানে।। মৈসা লাংপানে।। ৱাপৈ হাইপানে।। য়াউচা য়াউথক্‌নাপানে।। আকন্‌পানে।। কিকলপানে।। ৮ আসিনা কুম্‌সিং ৪ নে ।। চাহি ৩ নাউপুপা খুৎসাংপা লইখা নোংখানে।। লইসেম্ নোংসেম্‌পানে।। নাপংপানে।। ফৈচোম থোক্‌পানে।। লাইমিং সোল্‌পানে।। লইসেমপানে।। খুৎতেক্‌পানে।। খোংতেক্‌পানে ।। ৮।। আসিনা চাহি ৪নে।।❁।।

কাইথৌপানে।। লৌসিংপা নোংতোল্ য়েংপানে।। আরেপ্‌পা লৈতাপানে।। লৌসিংলৈতাপানে।। ৱালেপ্‌পানে।। মানম্ পোল্‌পানে।। লাইথুং থুংপানে।। চাহি ৭ সুপা আঙাংতাকা লোইনাপানে।।৮।। আসিনা ৪ নে।।❁।। ৱাখংতাপানে।। থৌরাং চাউপানে।। লাল্‌তা থৌপানে।। মীমাংনাপা তৌপানে।। লাইলাপানে।। মীপু চালপানে।। লাইপু নিংপানে।। মামল লৈপা ৱাখল ফাপানে।।৮।। আসিনা চহি ৪ নে।।❁।।

লাইপু নিংপানে।। লল্‌কাম্‌পানে।। মালৈলোম্‌পানে।। মামীৎ সোইপানে।। কীকন্‌পানে।। লাইরাপানে।। মীআোৎপানে।। মাচা পোকতাপানে।( ৮।। আসিনা চাহি ৪ নে।।❁।।

মামিৎ তাংপানে।। লাইপু নিংপা মাচৎ ৱাৎপানে।। লিংচেল খাপানে।। মাপুক চাউপানে।। লাইপুনিংপানে।। আপক্ খুরল্‌চলপা মাচৎ তৌপানে।। মাকোক তাংপানে।( মীয়াম্ সোক্‌পানে।। ৮।। আসিনা চাহি ৪ নে।। লাইয়িংথৌ পাখংপা য়ুম্‌পী।। লাইয়িংথৌ স্না য়ুম্‌পীকী ৱারম হাইখিপা আসিনে খঙ্‌আো।।❁।।

❁ হৌচিক্‌তি পোইরৈতোল্ থোক্‌পাকীৱা চাহি পাল লম্‌পা লম্‌চৎ হাইকে।। আতুকী চাহিতি লাইনা মীপুকিয়ে।। চাল্‌সুং চাল্‌য়ে।। ৱাহাই ফৈয়ে।। মীপুয়োকয়ে।। পাংকললে।। ঙা চাক্ হোঙ্‌য়ে।। পুল্‌সিয়ে।। লাইথুং লৈতে।। আতুকী মাতুংতি চাহি ৪০ তি লাইনা চাললে।। মীনা য়েংথি লৈয়ে।। চাকললে থক্‌কল্‌লে।( নাপা য়ামযে ৱাতি ফৈয়ে।। মী মাপুক্ তপয়ে।। চাক্-ঙা হোঙ্‌য়ে।। মাহৈ কোইনা থিয়ে।। মীপু নুংসিং হৈয়ে।। চিল্‌চাক কাময়ে।।❁।। আতু মাতুংতা চাহি ৪০ তি লিলখা।।

ব্রাথোক্ য়াময়ে।। চাক্ তাংয়ে।। লইপাক্ আতৈনা লাক্য়ে।। নুংসিংপা নংয়ে।। লিংচেল্ মাল্নাতে।। য়ীসিং নুংসিৎ কললে।। সা-ঙা-হোঙয়ে।। মীয়াম্সি আপক্ মাহে তৌয়ে খঙ্আে।। আতুকী মাতুং চাহি ৪০ তি ব্রাসুং থোক্য়ে।। নুংঙাইপা ফংয়ে।। লাইপু নিংয়ে লাইনাসুং চাললে।। ব্রা হাই লমচৎ ১ নে।। চিল্চাক চাউয়ে ফিচেৎ হোঙ্য়ে।।꧁।।

চাক-ঙা হোঙ্য়ে।। মাচু ফৈয়ে মাহে হৈয়ে।। আতুকি মাতুংতা চাহি ২০ তি কে থোক্য়ে।। চাক-ঙা হোঙ্য়ে।। চৌয়ে ব্রাপা নুংঙাই য়াল্নৈ।। লিংচেল মালনাতে মাতিক্ চাউয়ে।। ব্রাথোক্ খংতে।। মীয়াম্ সিয়ে মাচা মাসু খংতে।। থাব্রাই নুংসিপা লৈতে।। সারি লাইকিতে খঙ্আে।। আসি মাতুংতা চাহি ২০ তি লইপাক্ আতৈনা লাক্চৈয়ে।। চাক্ তাংয়ে।। মীপু নুংসিতে-মীয়াম্সিয়ে।। লইপাক্ আতৈ য়াম্না ক্রুই পুক্নিং তপতে।। নুংসিপা য়ামনা নংয়ে।। মামা মাপা খংতে।। মৈচাক্ য়াম্য়ে।। লাইনাতি য়েংথিয়ে।। সা-লাল্ কললে।।꧁।।

আসি মাতুং চাহি ২০ তি মীয়াম্ চাল্নৈ। সোইপা লাক্পা য়াময়ে।। ব্রাচুমতে লল্ পাময়ে।। ঙা-থুম্ তাংয়ে।। লিংচেল ফাৎতে ব্রা য়াম্য়ে।। স্না লুপা হোঙ্য়ে।। সাপাউ লাল্পাউ কললে।। আসি মাতুংতা চাহি ১০ তি চাক্ ঙাতি য়াইফৈয়ে।। মী ফৎতাপা হিংচাপা য়াম্য়ে।। আচা আথক্ লল্ পাম্তে লাই কুরু আহল্ কীতে।। চাপা থক্পা হাউয়ে মীকী মাচা মাতু পাম্কলয়ে।। য়েক্না কল্লক্ য়াম্য়ে।। খোইচেল্ লিংচেল্ তিল্নাতে লাইথুং য়াময়ে।। আব্রা আনা আয়েক্ য়াম্য়ে।। ব্রাথোক্কললে।।꧁।।

꧁ হৌচিক্তি লাইয়িংথৌ পাখংপাকী পুরুম্ থৌনিপু হাইকে।। হে য়ীপুংঙো পাখংপা য়ীপুংঙোকী মিংখৈরোল আরুপা ব্রারম্ আচেৎপা খাইরক্কে।। ꧁ স্না কুপ্তা কুপ্তা কুপ্তারুপা কুম্।। আরংপা মেরুপা কুরু পুল্সিপানা।। কংলাকী চিথেক্ ৪ মক্তা ফমলিঙৈকী নামিংতি।। মুকসিল্ হৈপা কৌয়ে।। হেয়ীপুংঙো পাখংপা নংনা।। নোংলৈ চিন্তানা মেল্কী মাথক্তা ফম্লিঙৈকী।। মিংলেন্তি ꧁ মেন্মানিক্ কৌয়ে।।

꧁ হে য়ীপেম্মা লাইস্না নংনা।। লুরেল লৈচাউ চিন্তানা য়ীপুংঙো

পাখংপাকী আইতা ফম্পাল্ থক্তা ফম্লিঙৈকী।। নামিংমিংলেল্তি ✱ অাঁ পোক্পি কৌয়ে।। অাঁ পোক্পিতু।। তাকুপ্ তাকুপ্ আে।। হাউকপ্ হাউকুপ্ কৌয়ে।।✱।।

✱ হে য়ীপুংঙো থাংচিং নামিংলেল্ আরুপা লাইৱাপু হাইকে।। হে থাংচিং হে থাংচিং হে থাংচিং য়ীপুংঙোনা।। চৈ নাং খুৎতা পাইঙৈকী ৱারম আচেৎপানে।। লইমারেল্না নোংলৈসং লৈসং চিন্ঙৈকী।। ৱারম্তি নামিং ১ তি আংকা কৌয়ে।। তিল্লি সিতাপা।। লাইরেল্ সিতাপা।। তাউলোইনাইনা থৌরিকুম্। থৌরি মাসুং মাসুং মাসুং তাপাকুম্ তারম্ঙৈকী লাইকী ৱারমনে।। মাঙাংকুরুনে।। লুৱাংকুরুনে।। খুমল্কুরুনে।। কুরু আহুম্মক্না কংলাকী মেন্তা লৈকা য়াকা চিক্ রো রো হুম হুম লাইমিং আসি হাইতুনা পুরুম চৌ আে।। মিংলেল্ ১ তি ✱ স্না লইহিং সং সং লইপুল্ পা তম্ফায়াই লইপুল্পা রা রা।। লাইকী আরুপা লাইৱা আসি হাইতুনা পুরুম লইপাইতুনা হল্লক্লো।। ৱারম্তি নিংথৌ য়াউনা পুরুম থৌনিকা তাপানে।।

পুংফম্তি আহিং নোংয়াই মাতুং আচিক্পা মাতমতা থৌনিকাতাপানে।। আরুপা ৱারমনে।। চেক্সিন্না লুনা থাচানা সেংনা ফিসেং সেৎতুনা।। য়াহিপ্ চাক্চা।। য়ু থক্ফাতানা থৌপুকাতানে।। থৌনি খুৎথিল্ আসি আচেৎপা খুৎলাইকী।। লাইকী মায়াই কাইফারোই।। লইমানে নিংথৌকীনে।। লইপাক্কীনে।। লইপাক্ সেম্না কোল্ সল্ কাতাপা ৱানে।। নিংথৌকী ঙম্তাই থৌনিরোল্।। আসি য়াৱা হক্না চাউফারোই।। ✱[১৭]কোনোক্ থেংক্রা।। লৌরেম্পা কুরুলাংআেল্ আচেৎপা।। লইতাই ঙম্তাই ঙম্পা লাক্য়েল্ ৪ তাইনাৱা।। খাংচেং য়ীরাৎ থৌনি ৱায়েল্ ৱারম্ খৈপিক্ খংচারো।। হে নিংথৌ আথোইপা আনি সুনা সিন্না ফারোই। নোংমল্ লইকুম্কানি কুরু অইকী খোইমোং তাউকানি।। হে থেংক্রা অইনা থুপ্নাফম্ নোংমাংখা মাখোংতা থুপ্নাসি।। থৌনি থৌতা পুরাপা মাতম্তাতা।। থৌনিচাপাপু কাউফারোই।। হে নিংথৌ আথোইপা।। চেক্ মক্ চেক্ কুরু কুরু কুরু কোল্চিন্

---

✱[১৭] হিরম আসিগী নৈনা-ৱারোলদি লাঃ৭৬/৭৭তা য়েংবীয়ু।।

তিংথোক্পাকী মিংলেল্ ❀ ওঁ লইনোং য়াং তারেংপা চাতেং কৌয়ে।। আসিনা কোল্ চিল্ তিংথোক্পা পাখংপা নিংথৌকীনে।। লাইলইমা লাইস্না লইমারেল্কীনা।। ❀ লইপুপি পিৎ সং পুপি পিৎ কৌয়ে।। ❀ ।।

❀ হায়ি হায়া হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ স্না নাখোং খুয়ালেন থমপাল লইঙাং লইকা মানপাপু হন্না হন্না পুরুম্না কংলা পাফল আরিপা তুপি মাথেক লইরোংসা-না কোম্থা য়াহিপতাকপা ৰারমপু নিংসিংচারককে তাথি সোইনাইপিকানো হায়তুনা হন্না হন্না থৌনি পুরুম চারকপানে।। ❀।।

হে কুরু সিতাপা লেংফাতাপা নায়াথং খোংফই ১মা চোংথোকপাতো খোংকাপ ১মা কানথোক ফাতাপা নিংথৌ লইপাক ঙমতাই য়াংপী ৰানে হায়ি হে।। ৰুসোই য়ীরাৎফমতি কুরুনে।। লাইয়িংথৌ খৈপিকনা কারন ৪ মকতা হায়নাখিপা ৰারমতি।। কৌপারুনে, মারাচিংনে, ৰাংপারেলনে, থাংচিংনে।। ৪মকনা লইথকনে লইখানে তুনা ফমপাল লাংপাতি চিরা ১মাতা লাইয়িংথৌ কোং কোংচিলেন্না লৈকিং লাই কৌনা ফমমে ঙাকপাতি কোংনিংথৌনে ।। চিরা ১মাতা লাইয়িংথৌ কোনসংলেমনা লাই কিংনাইপা কৌনা ফমমে।। ঙাকপাতি কোংচিলেননে ।। চিরা ১মাতানা লাইয়িংথৌ আপুমপ্না ৰায়েল হায়ফাতাপানা পোকপি সানোই সিংখাতৎ কৌপানা ফমমে ঙাকপাতি য়োইঙাইপানে।। চিরা ১মাতা লাইয়িংথৌ সোরারেলনাসানাকী থমপালতা ফমপাতি আসিপানা সাৰাং নোংফুরেন কিংখিং কিংনাইপা কৌনা ফমমে।। আসুমনা লাই ৪মকনা চীরা ৪ মকতা ফমলাপাতা কুরুকা আপালপাকা কৌনাপা ৰুয়ুং মায়াই লইপাক নোংথৌতুপাকী মাতোলতা নোংনাংলেল আপোকপা কৌনা ফমমে হায়রিপা মারম আসিতি কংলাকী ফমপাল তোংপা মাতমতা ফমপাল থোংকী মাতমতা ফমপাল থোং চিরা ৪ মককী পুপা লাইকী মাসকনেখঙৰো।। ❀।।

❀ আপালপা হায়পা ৰাহে আসিপু নিংথৌৰোইপাপু হায়পানে।। ৰুয়ুং মায়াই হায়পাতি লইপাক নোংথৌ তুপাকী মাথাকতা হায়পানে আতুপু ফমপাল সুরুংতাকী থোকলকপা নিংসা সোরকী মাথকতা ফমপানে নিংথৌপু আপালপা হায়না মিংহুনপাকী মারমতি লইথক লইখারোল পুয়াতা

য়েংঙো, কুরুকা আপালপাকা কৌনাপা হায়না লইপানে আসিপু পাখংপানা নিংথৌ ফমপাল ফমখিপাতি কুরু সিতাপাকী মাফমতা তাইপং পালপা পুমনামক্কী হৌরকফম মারু লিংপাপু নিংসংচাপাতাকী পাখংপা মিংহুন আসি থোনতুনা কুরুনা মাচাপু মাল্লেম থক্তাকী কোনখৎতুনা কুরুকী ফমপাললাংতা থাংকৎতুনা কুরুকা তিললুক ৱোইনা ফমতুনা ফমপাল পোৎলোই পুমপা সিন্নাতুনা ফমপাল মিংহুন তম্বীয়ে।। মাসিপু খঙচারাপাতি লেপনা মাংতে।।ॐ।।

ॐ কংলা পাফল আরিপা তুপি মাথেক লইরোং সানা কোনপাৱা লাইরেল য়াহিপখুতোন পান য়ীমচাউ কংলাতাকী পুপা লাইতি। সলথোং লাইকী খুতোননা খুরাই খুলফমলেলয়ৌখিপাপু খংনা হাইকে।। তাউলোইনাই কুরু সল ৱোইপা আতুনা মাথানা ঙায়াননে।। হকচাংতি য়ীমচাউনে।। থাপাক্তি কংলা চৎলমনে।। চিরকতি ফমতোংফমনে।। সেনতি লুতোংফমনে।। মামিৎতি নুংকোইপীতা লইপা পাৎ আতুনে। নাতোনতি খাপুং লাইপুংনে।। ক্রফোংপাৎনে।। পুংকোইপাৎ ২মকনে। নাকোং ২মকনা সোরোক থোং নুপী থোংনে।। খায়াৎতি লুচামফমনে ।। নাখাংতি আয়াং সিনথাফমনে।। নামাতোনতি খোংসংনে হায়পাতি নিংথৌ ফমপাল তোংফমনে। মায়াতি লুৱাং নোংহুমসঙনে।। মারইনা নোংমই কাপ্পা লোইসঙ পাৎ আতুনে।। লইতোননা কাংপোকপীনে।। খুমাং ১মানা কোনলইমা য়ৌনা লইপানে। খুমাং আমানা চৌপৃপুঙ য়ৌপানে।। মাসমনা সমতোং লুপাৎ য়ৌপানে।। মাচি ৯ পানপা আতুতাকী মাচি ৫তি কুরুনা ফুকতোকখ্রে।। ১তি ফুংকাতা য়োৎসাপি মাখোং ৩ ৱোইনাখিয়ে।। আতুকা ১না য়ীমপীরেন ৱোইখিয়ে।। ১না চিরংলেন ঙাং-ঙাং আতিংঙা কুরু সিতাপাকী খুৎসু ৱোইতুনা থমখিয়ে।। ১তি ৱাংকোন পুপ্সিতা থুপখিয়ে।। ১তি লানসঙতা থুপনা লইপানে।। মাচি ৫ আসি লাই য়াম্না কুরুতা থিতুনা থৌরম মারম আসি সিন্নাখিয়ে।। লৈহৌপা মাচি ৪ না কোইনা চাইরিপা আসিনে মাফম খংত্রাপাতি মী মাংঙে।। খংলাপাতি ফমনাইপা নুংঙাইপা য়াইফাপা ফংঙে।। নিংথৌসু ফমপাল তোংপা ফংচৈয়ে মারম আসি থিতুনা নিংথৌ ফমপাল তোংহলকানি।। তাইপং

মাল্লেম পুপা লাইতি আসিনে।। য়ীরাৎফম খংচারাপাতি তিনথুং লাইথুং কোক লাকাতাপানে।। মাইকই ৪ সুংতাই ৮নে ক্রোংচীতা লৈপাতি মাকার সরুবোরদা য়াতাপানে।। ✻ তারং লইসানা লইতোনসি কংলা পাফল স্না কৌপানে খঙআো।। ✻।।

✻ কংলা পুঙমায়োল কংলাতাকী য়াহিপলকপানা কংলই সিন্না থুংনা শাংথা লেমথানা পানঙাকপা।। তুপি মাথেক লইরোং সানা লাইয়িংথৌকী মাথেক তুথুপ ২৫ থোক্লা য়াতাতুনা কংলই পুঙমায়োল পুম্নামকপু সেমপিপা।। মাহিস্নারেল তাইপং মাল্লেম পুরিপা লাইয়িংথৌনা কংলই স্না লইপাক কংলই নুংনাংপাল মইতই স্না লইপাক চিংনা কোইনা পনসাপা হি-য়াইনা থোইপা লইপাকনে।। লইকাই ৪ থোক্লা খাইঙমলমকে নিংলাতুনা নোংথৌতমনা নিংসা সোরনা কামলয়ে।। খুতক আতুতা নোংথৌ আৱাংপাতা য়িলং লংনা নোংথাং লইমানা পাইপাকুম্না লইঙমলে।। আসুম্না লাইয়িংথৌ আসিনা নিংসা সোর আমুক চিংসিনলাতুনা হিয়াইকী মাসক কুম্না তাকুপ তারংপা মাসক আতুনা নোংথৌ অৱাংপাতাকী মাল্লেম লইতা লইথারক্কুনা লইতারারে।। মাল্লেম থকতা য়িরং লংনাতাতুনা লইপা আসিপু নামু পোংলম পোংখাংনাপাসিংনা ৱুরাতুনা হি কারিনো নোংথৌ মাথকতাকী হি য়াইকুম্পা আরংপা আমা তারকতুনা লইরে।। আতুতা কারি অোইরিকাপা হায়না লইপাক আসিতা লইরিপা তাইপংসিং আসিকী মাইকই ৪ সুংতাই ৮ তা লইপা পুমপা তাইপং মাখই লাকতুনা হিয়াই কুমপা আতুপু কোইসনতুনা য়েংনৈয়ে।। মাইকই ৪ সুংতাই ১৬ মাইকই ৮ মককী তাইপুং খ্বাই পুমপা হুপ্লা তিনতুনা য়েংনাহৌয়ে হায়তুনা লমতম লমলেল মাইকই আতুপু খ্বাই পানা চিথেক ৪ মাইকৈ ৮ সুংতাই ১৬ না তিন্নাফম অোইয়ে। হায়তুনা খ্বাইনা পন সাপা মাফমপু খ্বাইরমপন হাইনা কৌতুনা তেংথানৈয়ে।।✻।।

ঙমতাই মেরুপা মিংখৈনা স্যাউ হায়না তাইঙমকানিয়ে।। আতুকা চুকতি মাসক ৮ নে।। আতুকা তাইকাতাপা মাফমতি আহুম খকনে।। স্নানে, লুপানে তাংকানে আনি আসিকী কাকুপ অোইপা মাফমতি

কাংপোকপীনে।। ফইতাপুঙনে আনি আসিনে কাংপোকপী কৌপাতি কংলাতাকী সোরোক থোং নোংচুপ লোমতা লাকপা আহানপা আৱাংনে ফইতাপুংনা মাখারোমতানে।। আতুতাকী লাকপা লমপেলনা নামপুল লাকপা আসিতি লোকলাউ পুঙকা ৱাংথোনপীকা লাইচা য়ীতাইনাপা নোংপোক পাংপা খোংতা আৱাং লৈঙমতা লাইচানুংতা লইপা কংলই লইপাককী লংতাই চুকমাখোং আহুম কৌয়ে।। আসিতি লইপাক্কা কাইঙমলপাতি মাখোং আহুম মকতা তাইঙমচৌঅো খ্বাই পুম্নামক তাইপং খৈপিককী খোংকা খোংথেমনাফমনে চেৎনা খঙঅো।।꧁꧂।।

নোংথৌ মাথকতা পাইরাতুনা চৎখিপা হিয়াই আরংপা আতু লাইয়িংথৌনা আমুক সোর চিংসিনরকপাতা লমলেল মাইকই আমাতা আমুক তাতুনা য়িলং লংনা লইরকলে।।মাতম আতুতা তাইপং মীয়াম চংতুনা য়েংনাপাতাকী লইপাক থকতাকী খুনকৎতুনা খুৎনা পাইরাতুনা কারিঅোইরাপানো কারিনো ।। হায়তুনা য়েংনাতুনা লইরকলাপাতা মাতম খুতক আতুতা লাইয়িংথৌনা নিংসা আমুক হোনতোকলকপাতা তাইপং মী আতুকী খুৎতাকী আসুমনা পাইখিরিপা হিয়াই আতু খুৎতাকী নানথোক্তুনা য়িলাই লাইনা নোংথৌ মাথকতা পাইতুনা চৎখ্রে ।। লমলেল আতুপু খুৎতাকী লাইনা নানথোক্তুনা পাইখি।। আতুকা খুৎনা পাইপা ফংঙে হায়তুনা খুৎতাকী খুৎফংলে। হায়পাকী খুরাই খুলফমলেল হায়না তেংথানৈয়ে ।। খুৎনা খুরাইনা খুৎফংঙে হায়পাকী লমতম আসিপু তাইঙম্পাতি খুতোন পাৎ হায়পাতি খুরাই খোইতোল পাৎতা মেরুপা নাউসুমতি খুরাই তোমপোক মানিনোং কৌনা নাউথেমখিয়ে।।꧁꧂।।

লাইয়িংথৌনা কামপা নিংসা সোরনা য়িপোম য়িথিন কনমলখিপানা হিয়াই আরংপা আতু য়িলং লংনা নোংথৌ মাথক্তা পাইপা আতু ঙমখই লৈতানা ৱাংনা পাইরক্তুনা লমলেল মাফম আমাতি হেনতোক্তুনা চৎখ্রে ।। তাইপং মায়াম্না য়েংপাতা মাঙাল সেংনা ৱুঙমতে মাঙাল মাসেন্তা মঙখি মাতুতা তাইপংসিংনা ৱাংপাকী য়াৎতা ঙমখই লইতনা ৱাংনা পাইখিপানা হিয়াই আসিকী মাসক মাঙালপু সেংনা ৱুতারে হায়খিয়ে কারম্পা মাখল আতুতাকী খৈনা ৱাংনা পাই ঙমখিপা ৱাংপাতা ঙমখই লোমখারে।।

ব্বাংখই হায়না লমলেল্ আতুপু মিংথোন্তুনা ঙমতাই লইতাই মিংহুলনা ব্বাইরোক্ কৌনা নাউথেম নাউসুম্খিয়ে।।ꫝ।।

আসিতাকী নোংথৌ আব্বাংপাতা ঙমখই লৈতানা ব্বাংনা পাইতুনা লাক্ঙম্বা আরংপা হি য়াই আতু লাইয়িংথৌনা নিংসা স্বোর আমুক চিংসন্পাতা মাল্লেম মাথক্তা তাতুনা লইলে ।। লম্লেল্ আতুকী তাইপংসিংনা থোক্তনা হিয়াই আতুপু খুন্চাতুনা য়েংনাখি।। মাতুতা তাইপং আহল ব্বোইপা আমাকী মাসক্ ব্বোইনা লাইয়িংথৌনা লেংথোক্লক্তুনা হায় হায় তাইপং নাখোইনাতি লাইয়িংথৌনা সকব্বোং মাতৌ আমা সাইব্বোল্লাক্া সান্নারিপা আতুতি নাখোইনা খঙঙম্লারোই।। য়াইপুঙ্তাকাকী আহেনপা য়াই মারুনে ।। আতুনা তাইপং নাখোইকী।। নারান্য়াইতা থমচাপাতা য়াইফা নুংঙাই আহেন্পা য়াইপীরেল্ ফংপা ঙমপা য়াপা য়াই আনিনে।। আতুনা য়াইতি ১তা ফংনিংপাতি।। তাইপং নাখোই মাসক্ কায়া য়ামখ্রাপা।। আসিনা য়াই আসি মুন্নাপা য়াপা য়াই নংতে ।। ।। আতুনা খুন্নাপাতা তাইপং নাখোইনা মাখৈ।। খোইচং খোইতানাতুনা চাইনা খোংফেন্নারাপাতি।। আতুনা য়াই আসি মাংখিরাপাতি তাইপংকী আমাংপা ব্বোইনারানি।। আতুনা নাখোই মায়ামতা নংতাপা তাইপং খুতিংনা নিংচাপাতা হেকতা মাঙান য়াইপী মিহুন ফংলাপাতি।। মাফম আসিতা পাংতা থমমো।। নাখোইনা কারিকুমপা থোকলকপা মাতমতা য়াই আসিপু ব্রুপা ঙমলাপাতি মাতিক মাঙাল চাউনা ফমথোল নাইচাতুনা মীকোক থোংপা ফংঙমচৌব্বো হায়না তাকপিতুনা য়াই আতুপু তাইপং খুৎতাকী লৌতুনা লমলেল আতুকী পাৎতা থাতাখ্রে।। পাৎ আতুতা থাতাপাতা য়াইকী মাতিক মাঙাল পুমপা মাংখ্রে।। ব্রুপাসু ফংত্রে।। থিপাসু ফংত্রে য়াইকী মাঙাল মাংখিপা পাৎ আতুপু য়াইখু য়াইচম পাৎ।। হিচম য়াইচম পাৎ হায়না কৌয়ে।। মাকী মারমতি হায়ঙমলারোইয়ে।। মাপুক ফৎতাপানা খঙফাতে।।ꫝ।।

য়াইপু খুৎনা খুল্লী হায়পাকী লমলেল মাকী মামিংপু য়াইসাকুল হায়নাখিয়ে।। ঙমতাই মিংলেল মেরুপাতি ꫝ লে স্যাউ হিং নাখাফা হায়না নাউথেম নাউসুমখিবা চুক ৪ মানে।। লাইথকনে।। লইখানে চুকফা

ৱানে।। ❦ মাল্লেম লইমা লইপাক্কী মামিংতি "কং" কৌয়ে।। ❦ নোংথৌ নাহাক্কী নামিংতি "কোং" কৌয়ে।। ❦ ফালখোং নাহাক্কী নামিংতি হিসানা মানিক তপ সেংপা পুরেমপা কৌয়ে।। ❦ লাইসানা নাহাক্কী নামিংতি আচিপী কৌয়ে।। মারমতি স্নানে লুপানে তাংকোই আনিনা মাইকই লইকাই চুথেক ৪ মা লইথক লইখা তু না ফালখোং সোকনা নিংথৌ লইপাকপু তুনা ঙমতাইরাপাতি নিংচাপা মারম লইঙাকপা নিংথৌ ৱোইপা ফংচৈয়ে।। আসুমনা ৱাহৈনা খিচিকতং কাংলমপানে হায়িহে তাইঙমচৌৱো।।❦।।

❦ তাইপংপালপাকী মাপুনা লৈপাতি নোংহুমসঙতা লৈপানে।। ফিথুপ মাৱোংতি ৩ থোকনা থুপতুনা লৈরিঙৈকী মিংলেন মিংতি ১তা ঙাইপাকী মামিংতি ❦ ঙালতুম হিং চিং কৌয়ে।। আসিকী মাতুংতা লইপাককী কৌরোং ৱোইরকলে।। মামিং মিংলেনতি ❦ লাইতংলেল লিলতাং সাংপা কৌয়ে।। আসিতাকী নোংথৌকী কৌরোং আমুক ৱোইরকলে।। মামিংতি ❦ নোংতংলেল নোংতাং সাংপা কৌয়ে।। আসুমনা কৌরাপাকী মামিং আনিমকতা কী লেংথোকলকতুনা ফোল্লাং ৱোইনা ফমপালমেনকী মামিংতি ❦ ঙালতুলেং কৌয়ে।। আচেৎপা ফমপালনে।। আনিংপা খৈপিক তাইরাপানে খঙনা য়ীরাৎচৌৱো।। লইপাক তাইনাপা কৌরোং তাইরাপা আরেপ্পা মাপু মাহাকনা থৌচাল ললকুপীতুনা পানচাবা ঙমলাপা মিংলেল য়াইপী সিতাপা মিংলেলনে খঙচৌৱো থৌনিচৌৱো।। ফালখোং কাইফাতাবা মাপুকী ৱানে।। ❦ লুপা কোনফুনুংতাকী লুপা কোলুরেল সিতাপা।। সানা কোলুরেলতাকী সানা কোনফুসিতাপা।। নিংসাসোরনা মৈপী য়াই মৈপীরেল ৱোইনা ঙাল্লিপা।। নামিং মিংখৈতি তাউলোইনাই কৌইতো কুরুকী ফালখোং ঙুমতাইরে।। কাইফারোই মাংফারোই মাংফাতাপা নিংসা সোরনে।। নামৈপু নায়ানা কক চিকসনপীয়ো।। সোইফাতে লেংফাতে ফালখোং ঙমতাইনে কংলা লোল য়ীরাৎতি আসিনে খঙও।।❦।।❦।।❦।।

কংলালোল আসিকী মাখাতি কংলাকী নোংসাল(মেপ) মাখল খারাকা লোয়ন্না লাইয়িংথৌ কুরুপাখংপাকী লাইয়েক সুং ৱুৎচারী:-

কংলা য়াইপীনে।




১৯৪৩।৪ য়ীং আসিদা বৃতিস্ গর্বনমেন্ট সাহেব্কা জাপান্‌গা লান্ সোক্‌নাবাগী মাতম মাচা য়ীবুংঙো মাহাবাজ মাহা মাহির্ম শ্রীযুক্তা বুদ্ধচন্দ্র স্না হাক্‌তক্তা জাপান্না বোম্ থাদাবাদা লম্‌জেংথোং বাজাইসঙ্‌লি মুৎস্ত্রে।।ঞ্চ।।

☞১৭ **কোনোক থেংক্রা ১সুং লৌরেমপা কুরু লাংঅোল:** - হায়রিবা ব্রাফম আসি কংলৈম্না লৈপাক্কী চীংঙু কুরু মাইচৌনি।। মাখোয়নাচিংবা ১দি মাথক্কী কুরু মাইচৌসিংনা কংলৈ নিংথৌসিংদা কংলা লাইফমলেলগী মারম তাকপীখিবানী হায়বা আসি লাইরিক আসিনাসু লাইনা খঙবা ঙমলে।। আদুনা মাইচৌ আনি আসি কাবম কারম্না নিংথৌসিংগী মাতমনো? হিবম আসিদা থিজিনবাগী ১বা মিৎয়েংদা কোনোক থেংক্রা য়ীমু মাইচৌ আসি "মাইচৌ লাংঅোল লাসৎ" কৌবা পুয়াদা, মৈতিংঙু চালাম্বা খ্:কুম:১৫৪৫-৬২ গী স্না হাক্তা মানাই নুপী খুমল চানু থারৈমানা নিংথৌ নুপী(নিংথেম নুপী) ওইবাদা হাথাদুনা পোকপানি হায়বী।। আদুনাদি মাইচৌ মাহাক আসি নিংথৌমাচানি।।

মাইচৌ আসিনা মামিং ফাউখিবা ১সুং নোঙ্গাখিবাসি মৈতিংঙু লাইয়িংথৌ খাগেম্বা খ্:কুম: ১৫৯৭-১৬৫২ গী স্না হাক্তানি।। কোনোক থেংক্রা মাইচৌনা নোঙ্গাদ্রিঙৈদা কংলা কোনুংলেলগী লাইফমসিং ১দি ইরাৎ থৌনি তাকলম্বানী মাসিদা চিংনানিংঙাই লৈতে।। মাইচৌ আসি মাতৌ কমদৌনা নোঙ্গাখিবাগে হাযবা ব্রাফর্মসি সিংখল/সিংখল লাংহৈ, খাকেমপা লাংঅোল, মাচিরেল, মিয়াৎনাচিংবা আতৈ লাইবিবকসিংগী মাতুংইন্না নিংথৌ খাগেম্বানা কুরু ৯/৫ মক্তা সিদায়াই নাদায়াইগী লাইব্রা তাকপীয়ু হায়বা ব্রাফমদাগী, নিংথৌ খাগেম্বানা আতৈদা হায়খিগানী খন্দুনা থাংলোল চন্দুনা কুরু মাইচৌ ৫ লোইসিনখি।। মৈতিংঙু খাগেম্বাগী সাবৌলাং মারৈদা লোইখিবা মাইচৌসিংদুদি (১) আপোইমাচা নৎনা (২) সালাম সানা (৩) খাইতেম তেমপা (৪) যুমনাম তোমপা (৫) কোনোক থেংক্রা আসিনী।। মাইচৌ ৫ আসিগী মানুংদাগী আপোইমাচা নৎনা আসিসু মৈতিংঙু চালাম্বা নিংথৌগী মাচানুপানি।।

মাদুদি মৈতিংঙু চালামপা নিংথৌকী হাকতকতা আঙোম চানু তম্ফা লৈবাংপীনা লৈবাংয়ে।। মাহাকনা পাউতাক হিতেনতা কুমলকয়ে।। যীক সান তেংকে হায়না লাকলময়ে।। লাইচা যীবেল খোংপান্ আতুতা লাইয়িংথৌ পাখংপানা আঙোম চানু তম্ফা লৈবাপীতা হৈ-লৈ চিনমিন্নাতুনা নুংসি নুং ওননাখি।। আসুম্না লাইয়িংথৌনা পোইথোকলক্তুনা পোকপা মাচানী হায়দুনা "আপোইমাচা" কৌখি হায়না মাইচৌ লাংঅোল লাসৎ, পুয়াদা ইবী ।। কুরু আপোইনানা মাচা/আপোই মাচা নৎনা, মাহাক্ আসি "খোংনাং থাপা আপোই মাচা" হায়না লুব্রাং নোংহুমসঙুনা খ্: কুম: ২০০৪ দা পুথোক্খিবা "পাখংপা নাউযোম, ফালখোং ১সুং য়াঙ্পী" কৌবা লাইরিক্কী লা: ২৮ দা কুরু ৫ মক্না খাকেমপাতা হাইবাতুনা লইসাং হিতেন্তা পাখংপা নাউথেম্খিবাগী মাতাংদুদা পল্লী আদুনা মাহাক্ আসি খোংনাংথাপা আহান্বানী।।

## কংল[illegible]লোন লাইক্রমনে

মাতুং নিং[illegible]খাগেম্[illegible]আনিরক্সুবা ওইনা নিংথৌচম্ ক্যাম্পা, লৈসাংখোং ।।/ ব্রাংকোই খো[illegible]লৈসাংখোংতাবা লোংজম্ খোম্মা) লাংকোল্ লুখোয়, [illegible]ইচৌ ৪ আসিবুসু থাংলোল্ চন্নানাবা হোৎনাখি।। আদুবু [illegible]নিংথৌচম্ ক্যাম্পা ১সুং লৈসাংখোং খোম্মা মাইচৌ মাখোয় আনিনা মৈতিংঙু খাগেম্বাদা মৈতে লৈপাক্কী লাইফম্ তিন্‌ফমসিং আমাদি পাখংবাগী মারম্ তাক্পিখি হায়না থিরেল লায়াৎ/লৈসাংখোংথিরেল্, পাখংপা থিরেল্ য়ুম্পী, মিয়াৎনাচিংবা লাইরিক্সিংদা ইবী।।

আনিসুবা মিৎয়েংদা, লৌরেম্পা কুক লাংঅোল ঃ- হায়রিবা আসি লৌরেমপম মাইচৌনি মাহাক আসি মাল্লেম্ লৈসেমলোল্ আবিবা, আমাদী মাতম্গী খোংলৈ তাক্পা পুয়াসিংগী মাতুংইন্না মৈতিংঙু তুবী চাবাইরোংবা খ্:কুম: ১৬৯৭ - ১৭০৯, আমাদি মৈতিংঙু পামহৈবা/গাবিবানিবাজ, খ্:কুম: ১৭০৯-৪৮ গী মা হাক্তক্তা লৈরম্বা চীংঙু মাইচৌনী।। য়ীয়ু মাহাক্কী মামিং আসি "যিমোইন্" কৌবা খুৎই লাইব ও "লউবেমপম্ খেলেমপা" হায়না পল্লী, লোয়ন্না "খেলেম পাকী লাইনিংতি লৈমালেন্ সিতাপী ম্নাখোংনাং লইমাপু নিংচায়ে।। পোইলৈনা চীংঙু মিংথোংপা।। ব্রাংঙম্ লৈপাক নিংথৌনা য়িপু হায়না কোলোইনাপা।। চীংঙু খোঙ্নাংথাপা য়িপু" মাসিনা মাবম্ ওইদুনা কুক আসিগী মামিং "খেল্লেমপা" কৌই।। আতোপ্পা আমানা মাথক্কী পাখংপা নাউয়োম, ফালখোং আমাসুং য়াঙ্পী গী লা: ২৯ দা "কুক লৌরেমপানা মাইচৌ আসুপপা খোংনাংথাপা কৌনা সিচিননারক্পা ব্রারমনে" আসিনী আদুনা মিংথোন আসি লৌবানী, মাসিদা চিংনানিংঙাই লৈতে ।। মাহাক আসি আনিসুবা খোংনাংথাবানী।।

লাইরিক আসিগী মাতুংইন্না কংলা লাইফমলেল্ কোনুংগী মারম্ তাক্পীখিবাসি আহানবাদা কুক ৫ মকনা মৈতিংঙু নাউথীঙুখোং খ্: কুম: ৬৬৩-৭৬৩গী ম্নাহাক্তক্তা তাকপীদুনা সিন্নারম্মী।। ব্রাফম আসি মাথক্তসু পঞ্জপ্রে।। আনিসুবাদা মৈতিংঙু খাগেম্বা, আহুমসুবা আকোনবাদা কুক লৌরেমবম্ খেলেমপা/খোংনাংথাবা, কুক লাংঅোল হনজিল্লকপা মাইচৌনা মৈতিংঙু তুবী চারাইরোংবা আমাসুং পামহৈবা নিংথৌ মাপা মাচা আনিদা তাক্লম্বানী হায়না খন্‌ফম্ থোকই।।

আহল লামন্সিংনা হায়নাবা লৈ, লাইনিং লাইসোলগী চুপ্লীদি কুক মাইচৌসিংনা পাই।। লৈঙাক চুপ্লীদি আঙৌপালবা ১সুং মৈতিংঙু আপালবানা পাই।।

নিংথৌনা কুক মাইচৌদা খুরুম্মী, মাসিগী খুদম, লুব্রাং কুরুদা মৈতিংঙু নাউথীঙখোংনা খুরুমজৈ, ফমপাললোল্ পুয়া।।

মাইচৌ লৈখা তাহনখিবানা কংলৈ খুন্নাই মাঙথারকলী।। ❋ ।। ☼ ।। ❋ ।।

(১) খুনুং লাইরোল থৌকললোল লাইসোল মমল লুপা ৭৫

(২) লাইহারাউবা খুন্থোক থৌনিরোল মমল লুপা ১৫৫

(৩) পাখংপা নাউয়োম, ফালখোঙ আমাসুং য়াঙপী মমল লুপা ৪০

## মথং মথং পুথোক্কদৌরিবসিং

১. লাইয়াৎলোল লাইখুন্তা (প্রেসতা লৈরিবা)

২. থৌকললোল নিংথৌকী মাসিলনে (প্রেসতা লৈরিবা)

৩. চিংথংখোমবা তেখাউ চঙপা (প্রেসতা লৈরিবা)

৪. সঙ কাই তালালবী মিং হুননে (প্রেসতা লৈরিবা)

৫. সুপিকা লাইসাপা লাইসোল

৬. পাখংপা স্নামাহী নোংসাপা ৩ মাকী লাংব্রোল

৭. আপোকলোল লাইহুই
(আপোকচাতা লাইহুই)

৮. লৈখারোল

৯. লোইয়ুমপা সিনয়েল

১০. লাংথাবাল লোলকী
নোংচুপ হারম নোংপোক হারম

১১. য়িতিহাস (পুব্রারী)